# উত্তররামচরিতম্

( মণিপুরী অনুবাদ )




ছন্দোকচবা :

শ্রীঅরিবম ব্রজবিহারী শর্মা

কাব্যব্যাকরণ স্মৃতিতীর্থ



ফংকম

ও: কে: ষ্টোর

পাওনা রোড, ইম্ফাল।




মমল লুপা ৪·০০

# ৱাহৌদোক

উত্তররামচরিত হায়বা নাটক অসি সংস্কৃত ভাষাদা ইরবা করুণ-রসগী নাটক অমনি। মসিবু ইরম্বা পণ্ডিতনা ভবভূতি নৈ। মহাক উদুম্বর হায়বা ব্রাহ্মণ পরিবারদা পোকপনি। মহাকী লৈকল বিদর্ভ লৈবাকী পদ্মপুর হায়বা মফম অদুনি। মফম অসিদা মহাকবি ভট্টগোপাল কোব বাজপেয়যজ্ঞ কৎখিবা কশ্যপ গোত্র চৎপা ব্রাহ্মণ অমা লৈরম্মি। মাগী মচানুপা নীলকণ্ঠনা জাতুকর্ণী কৌশী ভার্যাদা ভবভূতিবু পোকখিবনি। মহাক অসি ভট্টগোপালগী মশূনুপানি, অমসুং ব্যাকরণ, কাব্য অমসুং ন্যায় শাস্ত্রবু মুম্না তম্বা পণ্ডিতনি। "শ্রেষ্ঠঃ পরমহংসানাং মহর্ষীণামিবাঙ্গিরাঃ। যথার্থনামা ভগবান্ যস্য জ্ঞাননিধির্গুরুঃ" হায়বা মহাবীরচরিতকী প্রস্তাবনা শ্লোকসা [illegible] ওইদুনা ভবভূতি, জ্ঞাননিধিগী শিষ্যনি হায়রি। কয়াগুম্বশিংনা ভট্টকুমারিলগী শিষ্যনি হায়রৈ। "শ্রীকণ্ঠ" হায়বা বাতৈ অসি মহাকী উপাধিনি। শ্রীঃকণ্ঠে যস্যসঃ হায়বা বহুব্রীহি সমাসগী ৱাক্যগী মতুং ইন্না মহৌরিদা সরস্বতী লৈবা হায়বা মিংথোল অসি ফংখিবা কবিনি।

মহাকী অসাধারণ ওইবা (তৌপ তৌপ্ত) বুদ্ধি, বিদ্যা, ব্রাহ্মণগী লমচৎ কবিত্ব শক্তিনচিংবা সদ্‌গুণশিংনা মথম ওইদুনা মাগী ফজবা মিংচৎ অসি মায়কৈ খুদিংদা শীত্রক্রমদা মাইহৈ মশিংগী পুক্নিং চঙবা মীগী অথোইবা মগুণবু থম্বা কাব্যকুন্তী মিংথৌ যশঃপ্রাবল্য লেপনা মাগী সন্দা ঈকাই খুম্নবগা লোয়নবা ভবভূতিবু লৌশিনখি।

মসুঃ অসিদা বীর মহক্কগী অথোইবা কাশ্মীরগী নিংথৌ ললিত্ দিত্যন যশোবর্ম্মগ করিগুম্ব মরম অমদগী লাম্থোক্নখি। মতুদা যশোবর্ম্মদেব মায়থীখি। লানগাম্লবা ললিতাদিত্যনা মাগী সভাদ ভবভূতিনা অমুক্কং থোঙদাবিরবদি সক্তি তৌসি হায়ব খাকম অসিদা য়াম্লখি।

ললিতাদিত্যন কাশ্মীররাজ্য চাক্লম্বা মতম খৃষ্টাব্দ ৬৯৩ দগী ৭২৯ কাওবনি হায়রৈ। যশোবর্ম্ম দেবন্থ মতম অদুমক্কদা কান্যকুব্জ চাক্লম্মী। মরম অসিনা মহাক্কী সভ পাণ্ডিত ওইব মহাকবি ভবভূতিন্থ যশোবর্ম্মদেবনা লৈপাক চাকপা মতমগী অহানবা শরুক্কা পোকখিবরা মৌতিঙ, অদুনা খৃষ্টাব্দ ৭০০ কী মথৈদা ভবভূতি পোকখিবনি হায়না লৌপ্লে। মহাক্কা ইরম্ব লাইরিক অহুম্নি। (১) মহাবীরচরিত; (২) মালতীমাধব; (৩) উত্তররামচরিত।

উত্তররামচরিত হায়বা নাটক অসি রামায়ণগী উত্তরকাণ্ডগী থোদেক অদু লৌদুনা ইরবনি অচেকপা মশক কংব নাথক নাহিকাগী চরিত্র অদু য়েক্কুবা রশগা লেপ্লনা পুম্নমক্কী মক দ থহেনব হায়বসি কবিশিংনা কাব্য লেংবগী মক্কওইবা মরম্নি। মী পুম্নমক্কী মিত্তা ফজনা উৎসমবগীদমক মহাকবি অসীনা রামায়ণদা তৌরিবা বর্ণ নাদগী থর থরা কোংদোক্লি। নাট্যকারশিংন মীগী মকমদা থোক্লোক অদু চপচানা উৎকদবদা থরদং সুকডাইতে, অমসুং মতৌক চাদে হায়রা থরবদি সুকচাইনবা ফজনব থরা কোংদোক কোংজিন তৌরে। কবি-শিংনা হায়রবন্থু লৈরি "যৎস্য দমুচিতং বস্তু নায়কস্য রসস্যবা বিরুদ্ধং

তৎ পরিত্যাজ্যমন্যথাবা প্রকল্পয়েৎ ॥ বমগী মতুংদ' বাসন্তীগা রামগা থেংনবা, সীতাবা রামগী রাজ্যদগী থাদোকপা, বাল্মীকিগী আশ্রমদা বশিষ্ঠ, অরুন্ধতী অমসুং কৌশল্যামচিংবী রামগী মমাশিংনা লৈবা, লবগা চন্দ্রকেতুগা লাম্থোকনবা অমসুং রামগা সীতাগা মমৈদা উনবা পূরমক অসি রামায়ণগী বারীগা থেংনবদি। রামায়ণগী মতুংদদি উত্তর-রামচরিতদ উংলিবা মতাং অসিদা ওইবা শম্বুক হাৎপা লবণ হাৎপ'দ য়াওদে।

বাল্মীকি রামায়ণদদা মতম রামগী বারী মহাভারতদা অমসুং পুরাণ শংদসু বর্ণন তৌরি। অদু ওইরবসু রামগী উত্তরচরিত (মতুংগী বারী) দি য়াওদে। পদ্মপুরাণগী পাতাল খণ্ডদা বর্ণন তৌরিবদা রামনা সীতাবু থাদোকপা, রামগী অশ্বমেধ যজ্ঞ, বাল্মীকিগী আশ্রমদা কুশ অমসুং লবনা যজ্ঞগী শগোলবু কাবা, বাল্মীকিনা মখোয় অনীগী অওইবা পরিচয় রামদা তাকপা, সীতাগা রামগা উনবা (থেংনবা) অসিনি। পদ্মপুরাণদা বর্ণনা তৌরিবা রামচরিতকা উত্তররামচরিতদা বর্ণন তৌরিব রাম চরিতকা খরা খরা থেইনৈ। পদ্মপুরাণদনা অশ্বমেধগী শগোল ঙাকপদি ভরতকী মচানিপা পুষ্কলনি, অদুগা উত্তররাম-চরিতদনা লক্ষ্মণগী মচানিপা চন্দ্রকেতু পদ্মপুরাণ মহর্ষি বাল্মীকিনা কুশ অমসুং লবদা খুৎলাই তম্বিবা, উত্তররামচরিতদনা কন্নামসু তম্বিবা লৈতনা খুৎলাইশিংনা কুশ অমসুং লবগী মকমদা মরম্লাই চললকপা, পদ্মপুরাণদনা লববু চন্দ্রকেতু মত্রুগা পুষ্কলগী তেন্দোলনা কাহুনা বন্দী ওইনা থম্লবা মতুংদা কুশনা তেন্দোল পুম্নমকপু মায়থীবা পীরকপা লববু থাদোকপা। মসি উত্তররামচরিততদি য়াওদে। মসিগী মতুংদা

রামনা যজ্ঞদা লৈমা লৈমা মথের অমিগী থুংকম পাঙ্গনবগী পাউ তাবা। বাল্মীকিনা অমীগী মশক তাকপা। সীতাবু অযোধ্যাদা কৌশিল্যবা অমসুং বাল্মীকিগী য়াংং মতুংইন্না রামন সীতাবু লোমীনব। উত্তররামচরিততদি বাল্মীকিগী আশ্রমদা সীতাবু লৌশীনবিব ম।

"উত্তররামচরিত" ভবভূতিগী অথোইবা নাটকনি। মসিদা মহাকবি নাট্যকলাগী অমসুং কবিত্বশক্তিগী মপূঙ্ ফাবা মতৌ উবা ফংই ভবভূতিনা উত্তররামচরিততা শ্রীরামচন্দ্রগী মমৈথংবা পুন্সিগী চৌদোক লেংবান। নাটক অসিদা করুণরসনা মপুঙ ম। অঙ্ক তরেংনি।

**অহানবা অঙ্ক**—শ্রীরামচন্দ্রগী রাজ্যাভিষেকক মতুংদা লাকপা অতিথিশিংগী বিদায় শ্রীরামচন্দ্রন তৌনা। মতম অসিদা মহারাজ দশরথগী মমাকনিপা (মচানুপী শান্তাগী মপুরোইব) মহর্ষি ঋষ্যশৃঙ্গন অতোপ্পা মফমদ যজ্ঞ তৌদুনা লৈ অমসুং শ্রীরামচন্দ্রগী মমাশিংসু বশিষ্ঠ অমদি অরুন্ধতীগা লোয়নন যজ্ঞমহোৎসব অদু য়াওনব লেংথ-তুনা অযোধ্যাদা লৈতে। শ্রীরামচন্দ্রদি গর্ভিণী (অহানপুরবী সীতাগী পুক্নাং হরাও নুংঙাইনব তাযনা অযোধ্যাদ লৈরগা শুরুজনশিং থাং-নবদগী রারবী সাতাগী পুকন্দুন লৈ। মতম অসিদ ঋষ্যশৃঙ্গগী আশ্রমদগী অষ্টাবক্রমুনি লেঙ্গলকই। কঞ্চুকীগী লৈঙদগী মনা য়াথং ফংদুনা রামচন্দ্রগী নাক্ত চঙলকই। য়ুইক নুংঙাইগী ঈ-পাউ হংনরব। মতুংদ অষ্টাবক্রনা তমকই—"নহাবসংঠনা মহার অমসুং মহারানীদ আশীর্বাদ তৌরকই অদুগা প্রজানা য়ামবা চৎপনা মহারাজগী খবক্কি হায়নবু তাকপীরকই।" বশিষ্ঠনা সীতাদা আশীর্বাদক লোয়নবা তাকপীরকপা অমনা অচৎচত্তুধিবিকপু পুন্নিবা য়োক্লবী পুন্নিবীনা নংবু

পোকপীনি, প্রজাপতিগুম্ব রাজর্ষিজনকনা 'মচুবু পোকপনি, রঘুবংশ ঋষিগী মোনি নচাক্পা। সূর্য্য অমস্তুং ঐনা বংশ অসী গুরুনি। অতুনা ঐনা আশীর্বাদ পীখি—"অকনবা অশোবা মচানিপা পোকগনি" হায়না শ্রুতি দুহীশাম্বানা রামচন্দ্রদা-চেন্নকপা সীতানা শীমা অপাম্ব পূর্ণমক থুংচনগদবনি হায়বা পাউমা হন্নৎলে।

অস্ট বক্রগমথনর' লক্ষ্মণনা চিত্রপট অয়েকপা লাই পুতুনা য়োরকই। চিত্র অতুদা য়েংক্লবদি শ্রীরামগী পুন্সিগী থৌদোক শং অতু ন। শ্রীরামনা মাতৃ উবাংদা সীতাগী মপুক্কীড চুশ্চাইনবগী উপায় অমনি চক্লাতুনা চুশ্চাইখি। মতম কদায়ফাওবগী চিত্রদো চংবদ লক্ষ্মণনা দৈবকেবীগী অগ্নিপরীক্ষা ফাওবনি হায়না খুমখি। মতু তাবদা সীতাগী পুক্লাং চুশ্চাইতবা য়াই খল্লতুনা শ্রীরামনা সীতাবু অমেমবো য় চৈনা থেমই। মথং মথং চিত্র উংপা চৌখি। লক্ষ্মণনা জৃম্ভকাস্ত্রনা ভ্রম্ম নচিংবা গুরুশিংগী মশাগী তপস্যাগী তেজগী মশক ওইনা চেংথোক্লকপদু উৎখি।

রামনা জৃম্ভকাস্ত্র শিংসিবু সীতাগী মচা শিংনা ফংজরকগনু হায়না আশীর্বাদ পীরে। সীতা লুহোংবগী মতাংদা উবদা সীহান নিংশিংলা লৈশাকপু শীংশিংলকই পুক্লাং চমাওলক্লবা সীতানা লক্ষ্মণনা ফংশিন্ন চৌই। পরশুরামগী মাপল মৈথোকপগী মতাংদা য়োংকপদ রামনা মমশীংগা অতোপ্পা থৌদোক উহনখি। রামনা বনদা চৎপা সীতাহরণগী চিংনা দৃশ্যশিংবু লক্ষ্মণনা উৎলি।—বনবাসকী তোঙ্গানবা দৃশ্যশিং উবদা সীতাগী পুক্লাং হংগো অমুক মোরকই। সীতানা বনবু

য়েংব' অমস্তুং ভাগীরথী স্নান পাস্লিন্মি। সীতাগী পামজবসি থু'হন্নব-গীদমক রামন লক্ষ্মণদা দোলাই শেমশানবগী য়াথং পীরখি। লক্ষ্মণনা দোলাই পুডুনা লাকই। মিতুংথোক্ত মর্য্যাদা রাম অমস্তুং সীতা চত্ত-লকই, সীতা ভুখিং লাক্কুনা রাবণগী ভম্প কা থোন থাডুনা ভুম্মি।

মতম অসিদা নৈপাক্কী ই শাস্ত্র খজেনবগীদমক থাক্লবা দুর্ম্মুখ কৌবা দূত লাক্কুনা শ্রীরামদা হজংনৈ। মতুদি মহারাজবু প্রজাশিংনা য়াম্না শাংনৈ; অদুবু রাবণগী মথুং চন্দুনা নৈক্লরবা সীতাগী চরিত্রগী মরমদদি চিংনৈ। রামনা মতু তাবদ পুক্লিং থাবনম্ন বাদো প্রজাগী নবুক থুংহনবনা ঐগী ইথৌনি লেপখি। দোলাই শেম্লগা সীতা পুডুনা বনদা থাদোক্লবগী থা লক্ষ্মণদা থজহল্লু হায়না শ্রীরামনা দুর্ম্মুখদা শিন্নখি। মতু তাবদা দুর্ম্মুখ য়াম্না নুংঙাইতনা চংখি। শ্রীরামম্না নুংঙাইত্রবডুনা সীতাগী মাক্কগী হন্নোকখি। মতম অসিদা ঋষি ময়াম লাক্কুনা যমুনা মপান্দা নৈবা ঋষিশিংবু লবণ-কিংচাবনা ওংনৈনে, অদুনা ঋ ষ শিংবু কনবিয়ু হায়না শ্রীরামদা চজংচরৈ। শ্রীরামনা লবনাস্থর হাৎনবা শত্রুঘ্ন থাগে হায়না লেপখি। শ্রীরামনা লেহ-প্তবদা সীতাদেবী মিকপ থোক্লক্লে, শ্রীরামবু উত্ত্রবদা য়ম্না রাখি। মতম অসিদা দুর্ম্মুখ লাক্কুনা সীতাদা হজংলয়ে লক্ষ্মণনা দোলাই পুরক্লে, দোলাইদা লেতথংশিনসি হায়না।

অনীশুবা অঙ্ক:—মসিদা দণ্ডকারণ্যগী দৃশ্য য়াওরি। পঞ্চ-বটীগী বনদেবতা বাসন্তী অমদি আত্রেয়ী অনীমক থাম্নী থাভাই শারি। আত্রেয়ীনা বেদগী শরুক তাইবা উদ্গীথ তম্বগীদমক বাল্মীকিগী আশ্রম-দগী অগস্ত্যগী আশ্রমদা চংলি। কয়িগীদমক মকম অসি থাদোকপনো

হায়রম' বাসন্তীনা হংবদা আত্রেয়ীনা খুমকই মকম অসিদা কনাগুম্বী লাইহৈবী অমমা মমাগী মথোম থাইবদা তাররিবা মিপামচা অমীংক মুমক্কুনা লয়রে। মথোয় অমীগী মমক উবদা জীব পূম্নক মুংশিবন' পূমহক হকই। চহী ১১শুরকপদা বাল্মীকি ঋষিনা ক্ষত্রিয়মচাগী ভৌকম ঙীপাকপ' উপনয়ন (লুগুণ থাংবা) তৌবিরগা বেদ তম্বিবা হৌরে। অমা ঙাসিমা মবুদ্ধি কম্মথিবনা কনাগুম্বা অমত' মথোয়গা তম্বিমন হৌরে। ঙসিদসু মতুমা ব্যাধ অমগী তেমা, ক্রৌঞ্চ হায়রব উচেক লাংনা অমোমগী মসুহৈদা লাবক্ হাংপা উরবদা মহর্ষিগী চান্দগী কয়বা নৈপেরেং অমা থহৌদমা (কং লাউমা') থোকখি—

মা নিষাদ প্রতিষ্ঠাংত্ব মগমঃ শাশ্বতীঃ সমাঃ।
যৎ ক্রৌঞ্চমিথুনাদেক মবধীঃ কামমোহিতম॥

কবিগী কাব্যবাণী তাবদা ব্রহ্মানা পেমবিরক্লুনা বাল্মীকিদা অহানবা কবি ওইযু হায়রনা বর অমম্ভুং রামচরিত লেংবনবগী য়াথং পীনবিরম্মি। য়াথং কায়দননবা মহর্ষিনা রামায়ণ লেংবক্লু উরক্লুনা লাইহিক তম্বগী অকায়বা মরম অমনি থম্লক্লুনা আত্রেয়ীনা অগস্ত্যমুনিগী আশ্রমদা চংখি। পঞ্চবটীগা অত্রেয়ী লাক্লে হায়রবসি বাসন্তীনা খঙ্খি। পঞ্চবটীনা খেঙ ওইদুনা মহাক্না সীতাবু নীংশিংলক্কুনা য়াম্না কাখি। মহাক্না সীত মোঙ্গাপ্রে হায়রনা তমখি সীতাগী পাউতাবদা বাসন্তীম্বু ঋাম্বীদুনা মাগী মরমদা হখি। আত্রেয়ীনা সীতা থাদোকপগী মরম অছু বাসন্তীদা তমখি। বাসন্তীনা মথংগী য়া হংথরকপদা আত্রেয়ীনা থক্রে হায়রনা খুমখি সীতাগী থুদোংথিহনখিবদগী বশিষ্ঠনচিংবা গুরুজনশিংদি পাউতুনা মপাজদ নৈথে হায়রবসিন্থু তমখি। সীতাগী মূর্তি সনানা শাজুনা রামচন্দ্রনা অশ্বমেধ যজ্ঞ ভৌরি হায়রবসিন্থু থহৈনখি।

যজ্ঞগী শগোল তাক্লবা লক্ষ্মণগী মচানিপ চন্দ্রকেতুবু কাম্মী তেঙ্গোলগা অমসুং শগোলগা লোয়ননা থায়। মতম অ'সন ব্রাহ্মণ অমনা অশিবা মচানিপা পুবক্লগা রাজদ্বারদা লংশিল্লে অমসুং হায়রকই ব্রাহ্মণগী অরাবা থেক্লে।" মিংথোগী রাঘেল চুনদন নত্তনা প্রজাগী মপুণ্ডা মতম চাদনা শিবা মাবাদি পোক্লোই হায়না রামনা খনখ্রে। মতম অসিদা আকাশবাণীদা হায়রকই—"শম্বুক হায়বা শূদ্র অমা তপস্যা তৌরি। হেরাম! মাগী মকোক কক্কনা ব্রাহ্মণ চবু হিংগনু" মদু তাবদা রামচন্দ্রনা পুষ্পক বিমান তোংদুনা মাইকৈ পুনিংদা শম্বুবু থিখি। অত্রেয়ীগী বা তাবদা বাসন্তীনা হায়রকই শম্বুকনা দ বন অ'সদা তপস্য তৌরি। অদুনা রামচন্দ্র, পোয়দনমক বন অসিদা পোক্নাবরাখেগ'ন। মতুংদা আত্রেয়ী বাসন্তী অনীমক চৎখ।

অত্রুদগী রামনা বিমান তোংদুনা লাকই। য়েংথংবা মখুং য়েংদুনা হায়রকই "মরম সি লৈতবী সীতাবু থাদোকপা ঙম হানগী নপা খুইদগী নংগন্দা দয় লৈবর" রামনা শূদ্রকবু হাৎলবদা শূদ্র শম্বুকগী মগুন দগী দিব্যমূর্তি অমা পোক্লকুনা রামদা ভক্তি তৌখি। দানব মহেন্দ্র অমা অমত লৈতবা লোক কাংজেল হায়না তাকপীখি ঐনা পোক্লবা তপস্যাগী মহিমা কাংলমদবা লোক যংসগদবা নত্তে, নহাক্কী কুপ হৈলনি, তপস্যাগী মহৈনি লাপথুবা অযোধ্যাদগী দণ্ডক অরণ্য তাপ্না লেপ্তবরকপা অসিনি হায়রবা শূদ্রকগী ময়াহে তারগা রামচন্দ্রনা মমাইকৈগী পোদোক পূম্নমক মীশিংলকখি। মমাইকৈগী থবকশিংহু উবা সীতাবু মীংশিংলক্কুনা অরা নৈপা লাখি। রামগী রাথং

ফংলদুনা শম্বুক থক্লমজরম্লগা চংখি। মতুঙদা রামনা মমাঙতৈদা উখিবা লমদম পুম্নমক উবদা সীতা সীংশিংলক্কুনা বাম্বিতৈদা শম্বুক অমুক হাৎকনা হঙ্গৎলে—"মহর্ষি অগস্ত্যগী আশ্রমদা লোপামুদ্রা, মহর্ষি পুম্নমক্না ইবুংঙোবু ঙায়রিবা লৈরি। অদুনা থীন্দনা দর্শন পীবিয়ু।" শ্রীরামচন্দ্র বিমান তোংদুনা অগস্ত্যগী আশ্রমদা লেখি। মফম অদুগী দৃশ্য পুম্নমক শম্বুকনা উৎখি।

অহুমশুবা অঙ্ক:—মসিদা তমসা অমসুং মুরলা নদীদেবতা অনীনা উরে। মুরলান তমসাদ হায় মদুদি অগস্ত্যাশ্রমদগী লোপা-মুদ্রানা গোদাবরীগী মকুমদা মাবু (মুরলাবু) পাখোন শীখি। মদুদি সীতা থাদোকতৈদগী রামগী অরাবদ্রু মশীগী চীঙলেম্বনা মরম ওই-দুনা মপাঙ্গোংদা পংকোং কোংদ্রবন্নু থম্মোইমুংদগীদি ওমচারদুনা লৈবনা রাম তিনগং য়াঙ্গংখ্রে। খোইদোক হেন্দোক্ল তপ্না চীঙলেম্বা ওইরবন্নু পঞ্চবটীগী মমুঙদা হয় হয় বাম্বরবা য়াই। মরম অসিনা চেকশিন্না মহাকপু ঙাকশেনগদবনী।"

তমসানা মুরলাদা হায়—হান্না মোংম মোংমগী গর্ভনা লূমথ-রকপনা রামনা সীতাবু বাল্মীকিগী আশ্রমদা থাদোক্লম্লগা লক্ষ্মণ হনখ্রবদা প্রসববেদনা (মাউরেককী অবাবা) ফংলবী সীতানা গঙ্গাদা চোংথখ্রগা ঈসুঙদা মচানিপা অনী পোকখি। ভগবতী গঙ্গা অমসুং পৃথিবী দেবী অনীনা সীতা অমসুং অঙাং অনীবু রসাতলদা পুখি। গঙ্গানা মশামক্না খোম থাইরবা মতুঙদা মহর্ষি বাল্মীকিগী মফমদা অঙাং অনীবু শিন্নরে। মতম অসিদা সম্বুগী মচিন্দগী রাম্না জন্ম-স্থান (দণ্ডকারণ্য) দা লেংলকই তাবদা মহাকী (রামগী) থুদোংথীনা

খোকনি থনবনা কন্নিগুম্বা থবক অমগী হায়রিজন্দুনা গঙ্গাস্ন সীতাগা লোয়নবা গোদাবরীগী মাক্ত লাকই। গঙ্গানা সীতাদা হায়রকই মাচুদি "হসি লব কুশ অনিগী তরাক্নিখোয়গুবা মপোক মুমিৎনি। মরম অসিনা শাগৈগী গুরু সূর্য্যদেববু মথুৎমক্না হেক্লক্লবা লৈরাংনা পূজা তৌ। ঐগী ইতিকনা থুমহৎলবা মংনা বনদেবতাস্ন উনা কংলরোই, মীওইবগী বাকমদি থম্বু থর্মখিসি।" তমনাবুস্ন গঙ্গানা সীতাগী মতাংরোয় হুইনা থাখি। মুমলামা রাংরোল অসি লোপামুদ্রাদা তম্বা চৎলি। য়েংবদা, সীতাবু হায়মিংঙাই লৈতনা রাঙ্গংলবী অমস্নং তোম্প্রবীগী শক্তমদা উবে। তমসাস্ন মতাঙ্কা লোয়রৈ।

রামমস্ন বিমান অথোয়বা পুষ্পকদা মকম অচুনা তামনবা মন্নাথং পীরকই। সীতামদি মতাক্তী খোঙ্গেলবু থজলমই। রামগী মৃৎখমন্ত্রবা অবা-মৈচাক অমুক হন্না হৌরকলে। মহাক্না জানকীবু নীশিংলক্তুনা বিলাপ তৌরকই। মতম অসিদা বাসন্তীনা অরাপ্পদগী হায়রকই—"সীতাদেবীনা য়োকচরকপা শামুমচাদা অতোপ্পা শামু অমনা হোৎচল্লক্তুনা ওৎলবে। অচুনা মাবু কল্লু।" বাহে অসি সীতা অমস্নং রাম অনীমক তাখি।

রামগা সীতাগা উন্নবে। রাম, সীতা অনীনা শামুমচানা চেন্নে হায়বচু উবদা হরাওবে। মচু উবগা সীতানা কুশ অমস্নং লববু নীংশিংলক্তুনা রাখি। তমসানা মচোম্দা তাক্লকই—"মচা হায়বসি মপা মমা অনীগী পুক্নীংবু কানবরা লাংনি।" সীতানা হৌক্লম্না উচেক রায়া শাশিংবু উরকপদা রাম রাহুনা অচাওবগী পান্দমগুন কপখি। রামদা বাসন্তীনা খিন্নম্না হায়খি—হেরাম! ইবুংঙো মহাক্না সীতাদা তাকপিখিবদাই,

মহাক্না ঐগী থবাম্নবি, মিৎমহানি, হকচাংনা ঠৈবা অমূভবি" অসি তাকপিথুগা মহাকপু কৰিগীদমক থাদোকপিদ্রি? অসিদগী হেন্না ৰুজদবা মিংচং করি লৈরিবগে?" বাসন্তীগী ৱাহৈ অমাবতু তারগা রাম বাড়ুমা তেংথাখি মহাক্না হায়খি থম্মোই অসি কায়নীং কায়নীং তোক্লে। মুংগী মৈশানা হকচাংবু চাক্লে, উৎতি ওইত্রে। হয়না হুনা মূর্চ্ছাদি ওইরে, থবায়দি মাওত্রে। সীতাগা চহী তমানিথোই চপ্প কায়নরবা কাওবা ঐনা হিংডুনা লৈরিবা! অসি হায়ডুনা রাম-বান্থবদা মশক উদবী সীতানা থংনা মান্নুনা রামবু অয়াব তাহনখি। সীতাগী মংৎনা ঐবু শোক্লে হায়বসি রামনা খন্থি। বাসন্তীমদি চোইরোলমি হায়খি। রামনা বাসন্তীদগী বিদায় লৌরি। বাসন্তীনা তম্না লেগবিমবা হায়জব। তমনা সীতাদা কুশ অমসুং লবগী চরীগী তারকপা অম্মতিথি পূজাগীদমক ভাগীরথীগী মাক্তা ঐথোয়সু চংলসি হায়খি।

মারিশুবা অঙ্ক:—অঙ্ক অসিগী বিষ্কম্ভকতা মহর্ষি বাল্মীকিনা অমসুং মাগী শিষ্য সৌধাতাক অমসুং ভাণ্ডায়ণগ শারখিবা ৱারী-দগী থওবদি মহর্ষি বাল্মীকিগী আশ্রমদা মহর্ষি বশিষ্ঠ, অরুন্ধতী, কৌশল্যা অমসুং রাজর্ষি জনক লাকই। বাল্মীকিনা মতৌক চানা সেবা তৌই। জনকতি বশিষ্ঠগা লোয়ননদি লাক্লবসু মতোমদা কুইনা তিন্নরকুবা মরূপ বাল্মীকি মুনিগা উরবা লাকখি। অতি-থিশিং অসি লাকপদগী আশ্রমদা লাইরিক লাইমু তমবগী থবক লেপখি। বশিষ্ঠনা অরুন্ধতীবু কৌশল্যাগী মকমদা থাখি। মতোম্দা তাক্লিবদি মহাক্না কৌশল্যাদা হায়রু মহাক মশানা চত্নুনা জনক উরক্। জনক আশ্রমগী মপান্দা উগী মথাদ কমডুনা লৈরমগনি।

জনকনা সীতাগী দুর্দ্দশাগী রা তাবদা নুঙঙাইতব ৱাৱা। মহাকপু উন্নবগীদমক অরুন্ধতী অমসুং কৌশল্যা লাকপা। জনকনা অরুন্ধতীদা থুরুমখি, অদুগা কৌশল্যাদা ঈ-পাউ হথিখি। কঞ্চুকীনা হায়খি রামনা সীতা থাদোকখ্রবা মতুংদগী কৌশল্যানা ৱামবু উদ্রে। মী পূম্নমক্না অৱাবা হেল্লকই। কৌশল্যানা হেক হেক ৱংঙ্ঘ্যকপা মতমদা জনকনা কমণ্ডলুগী ঈশিংনা হেক হেক থীকপদা কৌশল্যা স্ত্রান তাবকই। বিলাপ তৌৱিবী কৌশল্যাদা অরুন্ধতীনা হায়খি— মহর্ষি বশিষ্ঠনা আশ্রমদ হায়খি—শোয়কদবদগী থোকাখবনি, মতুঙদদি য়াইফরকনি। মহর্ষিশিংগী য়াথংদি কদোউবেদা শোয়ব হৌনদে। নিলথোংনা শায় শায়না লাকপ অচাংশিংগী মসুংদা রামগী শকনাঙবা বিদ্যার্থী অচাং অমা উবদা কৌশল্যানা রামগী শকনাঙব অচাং অসি কনানো হায়না ৱাথল তৌই। অরুন্ধতীসু অসুম তৌনা মতায়। কঞ্চুকীনা মেথলামচিংববু উবগা হায় "মসি ক্ষত্রিয়গী নিপা-মচা অমনি।" জনকনা মাবু বাল্মীকিগী মফমদা অচাং অদুগী মরম থজমনবা থাখি।

লবনা গুরুজনশিংবু মাঙ্কা চঙশিল্লক্কুনা থুরুমজৈ। অরুন্ধতীনা তম্পাক্কা পন্বী। জনক অমসুং কৌশল্যানা অচাং অদুগী রাম অমসুং সীতাগা মান্নবা শককয় অদু উবদা পুক্নীংদা থজনিংবগী ৱাখল হেনগৎলকখি ৷মতম অদুদা লান্মী:শংনা লাউন থোংনরকখি মতুংদা থজখিরম্মি—লক্ষ্মণগী মচানিপা চন্দ্রকেতু রামগী অশ্বমেধ যজ্ঞগী শগোল চাক্লগীদমক তেঙ্গোল পুদুনা লাক্লে অমসুং মহাক্না তেঙ্গোলদা লাও-থোকখি—মদুদা নৈব. তাপসশিংদা অৱাবা পীজোয়দবনি। আশ্রমগী

বিদ্যার্থীনা শগোল অচুবু উবদা ঙক্লচুমা লবগী মমাক্তা লাক্নুমা শগোল অচুগী মওং মতৌ পুম্নমক তৌরে। মচু লবনা কাবগা মক্ম অচুদা পুখি। তেঙ্গোলনা লাউরকপ মরোল অহুম ঙম্বা রাবণবু হাৎপা ঙম্ব রামগী শগোলনি হায়রব নাপল খোল্লাউ তাবদা লবনা শগোল অচুবু কাখিবনি।

মঙাশুবা অঙ্ক:—শগোল কাবা লব মথন্তুনা চন্দ্রকেতুগী তেঙ্গোলগা লম্নেংনখিরে মতম অচুদ' চন্দ্রকেতুস্ত সুংম্লগ লোয়নমা মক্ম অচুদ লাকই। মচুদ তেঙ্গোলগী পাঙ্গল হেক্সৎলকপা পুক্নীং লুংজরকপা। লবগী মথোর অচুবু চন্দ্রকেতুন থাগৎলকপা। সুমন্ত্রনসু অঙাং অচুগী অঙকপা মথৌনা অচু উবদা ঙকপা। লবনা মাগী তেঙ্গোলবু মথং মথং হাৎচিল্লক্লবদ' পরপ্‌ পরপ্‌ মক্ম অচুদা চঙশিল্লকপা। চন্দ্রকেতুনা লবদ লানগীদমক শীংনচুমা কৌরকপা। লবসু অকি অথং নৈঙন মাগী মনাক্তা চঙশিল্লকপা। চন্দ্রকেতুগী তেঙ্গোলনা ফুক্তিল্লক্লদ লবনা জৃম্ভকাস্ত্র শীজিনবচুনা তেঙ্গোলবু পঙথমবা। লবনা কদ মদগী জৃম্ভকাস্ত্র কংলকপমো হায়না সুমন্ত্র ঙকখি। ভগবান্ বাল্মীকিদগী লবন জৃম্ভকাস্ত্র কংলকপনি হায়না চন্দ্রকেতুনা হায়খি। মচুঙবা সুমন্ত্রনা হায়খি—"হৃৎলাই অসি কৃশাশ্বদগী বিশ্বামিত্রন', বিশ্বামিত্রদগী শ্রীরামচন্দ্রনা কংবনি।" চন্দ্রকেতুনা হায়—মন্ত্রগী অর্থমুম্না খঙব ঋষিদি পোৎশক পুম্নমক লোইনা খঙবনি। মতুঙদা চন্দ্রকেতু অমসুং লবনা মহৈ মহৈ অমনা অমবু থাগৎনৈ। লবনা নৈপাকথক্তা লেপ্লা উবদা চন্দ্রকেতুনা মথদগী কুমথচুনা লানথেংনমিংবদগী সুমন্ত্রগী রাথং নিখি। সুমন্ত্রনা তৌকম খোকপনি হায়খি, আশীর্বাদসু পীখি। চন্দ্রকেতুনা

মোলাই তোঙথৎলু হায়রবা লবমা হায়খি। লবদস্ত চন্দ্রকেতুনা মোলাই তোঙথৎলু হায়রবদা লবমা ঐদি মোলাই তোংবা হৈমরক্তবনি খুমখি। সুমন্ত্রনা হায়খি—শ্রীরামচন্দ্রনা লববু উররবদি মাগী থম্মোই অতু বাৎসল্য প্রেমনা থুঙ্কাংলমগদবনি। চন্দ্রকেতুনা লবদ হংখি—"ভগবান্ রামচন্দ্রগী থৌইদোকপা মতীক মগুণ তাবদা শাউবরা?" লবনা খুমকই—"রামদি মাপল লৈতবনি ই ত্রয় খুতুম চনবনি। অতুবু লাম্মী-শিংগী মাপলগী রংভাং তাবা ভমদে। ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মবু মী অমত্তদা অতম্নব লৈবরা?" মতু তাবদা সুমন্ত্র শাউত্তুনা হায়রকই—শ্রীরামচন্দ্রদি ভগবান্ পরশুরামবু ভম্বনি। লবনা খুমকই—"চৌন্দদা কনবা ব্রাহ্মণবু ভম্লগা মাবু অকনবা মিপামি হায়গের? মহাক্না অমুকস্ত শ্রীরামচন্দ্রনা বালী হাৎপগী মরমদা মিন্দ তৌখি। মতু তাবগা চন্দ্রকেতু শাউত্তুনা মখোয় অনী লাম তৌনবগীদমক শেম-শানখি।

তরুকশুবা অঙ্ক:—অঙ্ক অসিগী বিষ্কম্ভকদা বিদ্যাধর অমসুং বিদ্যাধরীগী ভংনরকপ বাত্তাংনা চন্দ্রকেতু অমসুং লবগী অকমবা লান-কমগী মওং উৎলি। চন্দ্রকেতুনা কাপ্পকপা আগ্নেয়াস্ত্রনা মায়কৈ পূম্নমক্ত মৈগী মৈরী শীনহনখি। লবনা বারুণাস্ত্র কাপ্তুনা মাতু মুৎহলখি। চন্দ্রকেতুনা বায়ব্য স্ত্র কাপ্তুনা নোংয়াম অতু হুমদোকহনখি। মতম অসিদা শম্বুক হাৎলুবদগী শ্রীরামচন্দ্র হল্লক্তুনা অনীগী লান অতু লেমহনখি।

মতুঙদা শ্রীরামচন্দ্রনা রথদগী কুমথরগা চন্দ্রকেতুবু কেন্দুনা র ইক মপাউ হাংখি। লবগী মশক উবদা থম্মোইদা প্রেমগী ঈচৌ চৌখি। লবনা চন্দ্রকেতুদা রামগী মরমদা হংখি হংবদা চন্দ্রকেতুনা লবদ

মহাকপু পোকপনি তাকখি। মতুংদা লবনা হংলম্মি—অপোকপা মরিগী মমুংদা কনাগে হায়বা হংলবদা চন্দ্রকেতুনা খুমখি—অহলনি হায়না। লবনা শ্রীরামবু খুরুম্মি। রামনা মহাকপু কোমবিরে অমসুং নামলেপ্লে। রামনা লবদা হংলকই—জৃম্ভক'স্ত্র কদায়দগী ফংলকই। লবনা খুমকই—মথন্তনা চঙলকপানি, খুৎলাই অসিবু ফংবা ঐখোয় ইচিল ইনাও অনীনি। মতম অসিদা কুশনা লানবাউ তারক্তুনা খোংনাগা লোয়নবা মরুম অদুদা লাকই, লবনা ঐগী ইন্নাম্বা অহলনি চায়না তাকই। লবনা চত্তুনা কুশদা খেমজিল্লি, অমসুং হায়—ঊর্মিলাগী মচানিপা চন্দ্রকেতু মহাক্কী মরূপ ওইরে, অদুনা চংলগা শুকনি খন্দুনা রামচন্দ্রবু খুরুম্বিয়ু। কুশনা চত্তুনা রামদা খুরুম্মই, রামনা মহাকপু মতম্পাক্না পমই। রামনা মাগী মশাদা রাম অমসুং সীতাগী শক মায়বদু উখি। রামনা মখোয় অনীগী মশকা রঘুবংশগী অঙাংশিংগী মশকা অমসুং সীতাগী শকক্মগা মায়বদু উবগা সীতাবু বাল্মীকিগী আশ্রম ময়াদা থাদোকপা, সীতাগী গর্ভ অনী শুই হায়না খঙবা, অদুগী মথক্তে মখোয় অনী কাইবোক মচীন মমাও ওইরম্বা জৃম্ভকাস্ত্রনা মখোয় অনীদা থন্ফাও ফাওববা, মমাঙৈদো চিত্রদর্শনগী মতমদা জৃম্ভকাস্ত্রনা চাদ চঙলকসনু হায়না সীতাদা বর পীখিবা পূম্নমক অসিনা অঙাং অনি অদু সীতাবা পোকপনি হায়না খঙলম্মি। লব-কুশনা সীতা রামগী প্রেমগী ওইবা শৈরেং খরা তীরকপদু তারগা রামনা হেন্না হেন্না রাখি। মতম অদুদা বাল্মীকি, বশিষ্ঠ, দশরথগী মহারাণীশিং, জনক অমসুং অরুন্ধতী অহল ওইমনবুনা খুদি খিনা থিনা উকপু উকথুমন লাক্লি হায়না মেপথাদা লাউরকপা।

**ওরেৎশুবা অঙ্ক :**—অঙ্কগী অহৌবদা লক্ষ্মণনা লাউখোকই —বাল্মীকিনা লেংবা লীলা অম থক অপ্সরাশিংদা আশ্রমগী মনাক্তা গঙ্গাগী মপান্দা উৎহনগদৌরি। বাল্মীকিনা রাম অমসুং মাগী প্রজাশিংবু য়েংনমবা কৌরি। মহাক্ত তপস্যাগী শক্তিনা লাই শাগন্দুনা, মথৱায় পামবশিংবু য়ৌহল্লকখি। রাম লক্ষ্মণসু প্রজাশিংগা লোয়ননা মফম অদুদা লেংলকই। নাটক সূত্রধারনা লাউথোক্ত—মহর্ষি বাল্মীকিনা দিব্যচক্ষুনা নাটক অসিগী রাফম অদু তম্বং তম্বং উৎদুনা লেংবনি। মসি করুণরস অমসুং অদ্ভুতরসনা চিংবাম। রামগী য়াথংদগী বাল্মীকি আশ্রমগী মনাক্তা লক্ষ্মণনা শীন্দুনা সাত থাদোকপদগী নাটক অদু হৌরে। পৃথিবী অমসুং গঙ্গানা খুৎ শন্নরী সীতাবু উৎলি। পৃথিবী অমসুং গঙ্গানা হায়রি—সীতানা ঈশিং মনুংদা রঘুবংশ কুমার অনিবু পোকই। রামনা অসিগুম্ব করুণরূপ্য থাসবু উরগ রাম্ভখি পৃথিবীসু সীতাগী দশা অসিদ রাখ। রামগী মফমদসু শাউখি। গঙ্গানা খেমজুন লোৎনা পুকফাথখি। পৃথিবীনসু চংবি সীতাবিরহগী অরা মৈচাক কংলিবা রামনি হায়না ঐ খঙদি, ইচাগী থোক্লিবা দশা অসিগীদমক ঐনা মুচ্চইভবতনি। মতম অসিদা অরুন্ধতীনা অহাং অমীদা চোংশিল্লকই। মহাক্ত হায়রি—"চিত্রদর্শনগী মতমদা রামনা সীতাগী গর্ভদা লৈরিবা অঙাং অমিনা দিব্যাস্ত্র (লাইগী ওইবা খুৎলাই) কংনবা আশীর্বাদ পীরখি।" অঙাং অমি অসিগীদমক ক্ষত্রিয় মচাগী তৌকম থোকপা সংস্কারবু কমানা তৌবিগদগে হায়না সীতানা রাখল তৌখি। ভাগীরথী (গঙ্গা) না হায় অঙাং অনি অসি থোমথাইরবা মতুংদা বাল্মীকি ঋষিদা কৎশিল্লুগনি। মহাক্তা

ক্ষত্রিয়গী তৌফম থোকপা সংস্কার তৌবিগনি। লৌনা অহু উরগা লক্ষ্মণনা রামদা হয়রখি—লৌলাগী কুশ লব হায়রবা অচাং অনি অসু লৈরিবা অচৌং অমিনিসিনখি। বাল্মীকিগী আশ্রমদা লৈরি, মখোয়গী চহী তরা নিথোয় ওরে। সীতা পুডুনা পৃথিবী ভাগীরথী চংখি। রাম খ স্থুনা তাই।

রামনা খংহৈদৈগী মমুৎদা গঙ্গাগী ঈশিং মমুৎদগী সীতাগা লোয়নন গঙ্গ অমসুং পৃথিবী কাওগৎলকই। দেবী অনীমক্না সীতাবু অরুন্ধতীগী মখুত্ত শিন্নরম্মি অমসুং হায়রম্মি সীতা পুণ্য চেন্নবী মুপীখি। অরুন্ধতীনা সীতাদা হায়—রামগী মশাদা মখুৎনা লোক্তুনা রামগী লৌশিং লাকচল্লু। সীতানা মতুমক তৌবদ রাম লৌশিং ফংলে। মনাক্তা সীতা, অরুন্ধতী, ঋষ্যশৃঙ্গনচিংবা গুরুজনশিংবু উরকই। অরুন্ধতীনা রামদা ভাগীরথীবু উহল্লি। ভাগীরথী গঙ্গা) না হায়জরকই "হে জগৎকী মপু! রাম! চিত্রদর্শনগী মতমদা মহাক্না ভাকপীখি—"হে ইমা! ইবেম্মা! ভগবতী অরুন্ধতীগুম্না সীতাগী য়াইফ বাখল খনবিয়ু মন্নাথং অহু ওকচত্রবনি। পৃথিবী-মসু হায়জরকই—সীতা থাদোকপা মতমদা মতৌন্দা রামনা সীতা কনবীদবা হায়রখি। মতুদগী ঐ নাপ্তোকচরে। অরুন্ধতীনা পুরবা-সিশিংদা হায়রি সীতাবু গঙ্গা অমসুং পৃথিবীনা থাগৎলি, মমাংদো অগ্নিদেবনা সীতাগী মরমচৎতা কৌরিসু অমাংবা লৈতে হায়না লাউথোকখি, ব্রহ্মানচিংবা লাইশিংনা মহাকী মতীক মগুণ থাডুনা লৈশি লৈখোমখি? হৌজিক মরক অসিদা প্রজাশিংগী কহিনত

লৈবগে ? মহাক্না সীতাবু রামচন্দ্রগী মকমদা শিন্নজরে অমসুং বাল্মীকিদা হায়জরে—কুশ লববু পুবিরক্নো হায়বা। বাল্মীকিনা কুশ লববু পুরক্লে। পূম্নমক উরে। মতম অসিদা লবণাসুর হাৎলম্লগা শত্রুঘ্নসু মকম অদুদা থুংলৈ ! পূম্নমক উরবগী সুক্তোইবা কংমখি। মঙ্গলগী বাহৈগা লোয়নবা নাটক লোইশিনবা।

উত্তররামচরিতকী থৌদোকশিংগী মকম—অহানবা অঙ্কগী চিত্র দর্শনগী থৌদোক অযোধ্যাদ'। অনিশুবা অঙ্কগী থৌদোক দণ্ডকারণ্যদা মকম অদুদনি রামনা শম্বুক হাৎনবা চৎখিবা। অহুমশুবা অঙ্কগী থৌদোক পূম্নমকসু দণ্ডকারণ্য অমসুং পঞ্চবটীদা থোকখি। মরিশুবা মঙাশুবা, তরুকশুবা অঙ্কগী থৌবোক'শিংনা বাল্মীকিগী আশ্রমদা থোকখিবনি। বাল্মীকিগী আশ্রম গঙ্গা মপানদনি।

## নাট্যদা য়াওবা মীশক

### —নিপা কাংলুপ—

সূত্রধার— বাহৌদোকপা মকোক ওইব নট

নট— পরিপার্শ্বিক কোবা সূত্রধারগা শুণ মা ব কমাগুম্বা অমা।

রাম— সূর্য্যবংশদা পোকপা অযোধ্যাদ' পামবা নিংথৌ

কঞ্চুকী— লৈমকোনগী অকায় অতোই য়েংশিনব', শহল ওইবা ব্রাহ্মণ পণ্ডিত।

অষ্টাবক্র— মুনি অমা।

লক্ষ্মণ— মমা সুমিত্রানা পোকপা রামগী মনাও নিপা।

দুর্ম্মুখ— কমাগুম্বা গুপ্তচর অমা।

শম্বুক— শূদ্র লাইনিংবা অমা।

সৌধাতকি— লাইরিক লাইশু মপূং ফানা হৈতবা কমাগুম্ব মুনি মচা অমা।

ভাণ্ডায়ন— লাইরিক লাইশু মপূংফানা হৈবা কমাগুম্ব মুনি মচা অমা।

জনক— সীরধ্বজ কোবা মিথিল নিংথৌ।

কুশ<br>লব } রামগী মচানিপা অনী।

চন্দ্রকেতু— লক্ষ্মণগী মচা নিপা।

সুমন্ত্র— অহল ওইরবা সারথি

বিদ্যাধর— মমীং থঙদব লাইগী কাংলুপ্তা চনবা অমা।

বাল্মীকি— কমাগুম্বা মহর্ষি

মুনি বালকশিং—লবগা লোয়নবা আশ্রমদা লৈবা ব্রাহ্মণ মচাশিং

### —নুপী কাংলুপ—

সীতা— জনককী মচানুপী রামগী নুপী

আত্রেয়ী— সংস্কার পূরমক ভোগ্রবী ব্রাহ্মণী অমা

বসন্তী— বনগী লাইরেম্বী

তমসা } তুরেলগী লাইরেম্বী
মুরলা }

কৌশল্যা— রামবু পোকপী

অরুন্ধতী— বশিষ্ঠগী নুপী

বিদ্যাধরী— মমাং খঙদবী বিদ্যাধরগী নুপী

ভাগীরথী— গঙ্গা দেবী

পৃথ্বী— পৃথিবী

প্রতিহারী—লৈমকোনগী থোঙজাকপী

## নায়ক নায়িকানচিংবগী মশক তাকপা

শ্রীরামচন্দ্রনা—দিব্যাদিব্য ওইবা ধীরোদাত্ত হায়বা অনুকূল নায়কনি।

সীতানা— স্বীয়া, প্ররূঢ়যৌবনা হায়বী মধ্যা নায়িকানি। মমদা খংদোক্তিদৈদ স্বাধীনভর্তৃকা, থাদোকখ্রবদা প্রোষিত-ভর্তৃকা হায়বীনুনি।

রসনা— করুণ বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গারনা প্রধানরসনি।

রীতিনা— বৈদর্ভী রীতি।

গুণনা— মাধুর্য্য।

# নাটকতা য়াওরিবা লৈপাক্কী মমিং

| থাম্নগী | | | হৌজিক্তী |
|---|---|---|---|
| লঙ্কা | ... | ... | সিংহল |
| বিদেহ | ... | ... | ত্রিহুত |
| ঋষ্যশৃঙ্গাশ্রম | ... | ... | সিংহেশ্বর (ভাগলপুর) |
| মিথিলা | .... | .... | মিথিলা |
| অযোধ্যা | ... | ... | অযোধ্যা |
| পঞ্চবটী | ... | ... | পঞ্চবটী ( নাসিক হায়রিবা মফমগা তাইনবা ) |
| দণ্ডকারণ্য | ... | ... | নাগপুরদগী নাসিক কাওবা পাক শন্নবা মফম। |
| জনস্থান | ... | ... | দণ্ডকারণ্যগী শরুক অমা। |
| বাল্মীকি তপোবন | | ... | বিঠুর ( ব্রহ্মাবর্ত ) |

# উত্তররাম চরিতম

## অহানবা অঙ্ক

---

প্রচীন কবিখিবিকপু          থুরুমকে হায়জে ঐহাক্না
বিষ্ণুগী অংশ ওইরিবা          রস লৈবা অমৃতগুম
মতীকচাব রাহেশংবু          ফংজরগেকো চানবিয়ু ॥১॥

(নান্দীপাঠগী মতুংদা)

সূত্রধার—শাংলুহুনা কাদে। ঙসি ভগবান্ কালপ্রিয়নাথগী চহীগী মহোৎসব অসিদা সভ্যশিংগী কদ ঐনা নীংশিংজরী—কাশ্যপ গোত্রদা পোকপ "শ্রীকণ্ঠ" হায়বা রাহৈনা উপাধি ওইবা ভবভূতি কৌবা ঈকাই খুম্নাপ্চাই ওইবা কবি অমা লৈ হায়বসি খঙবিগনি।

সরস্বতী দেবীনা          মখাপোংনবী অমগুম,
মরাখংবু ঙাক্লিবা          অদুগুম্বা ব্রাহ্মণনা
লেংজবা মমৈ থংবা          রাম চারত উৎচগে ॥২॥

থৌদাংগী মতুং ইন্ন ঐহাক অযোধ্যাদা লৈবা মতম অদুগী মীওক অমা ওইজরবনি। (মায়কৈ খুদিং কোয়না য়েংলগ) হো ইবুঙোশিং পৃন্নমক। ঈকাই খুম্ননিঙ্চাই ওইবা পৌলস্ত্যবংশগী ধূমকেতুগী মশক ওইরিবা মহারাজ রামগী অভিষেককী মতম। মতম অসিদা হরাওকুম্মৈগী নুঙ্গইবনা তংলদোইদবনি।

অদুগ করিগীদমক রঙ্গভুমি অসিদা নটশিংগী মখোয় লেপ্লিবনো ? নট (চঞ্চলরূপা) ওঝা ইবুঙো ! মসিগী মরম হঙ্গৎচগে—লঙ্কাগী লান-ফমদা মতেং পাংখিবা পাংগল্লবা য়োংশিং অমস্তুং হিংচাবশিং, নোমা রাজসিংহাসন ফংলব মহারাজগী মফমদা সুগাইবা কোংদোক্লব-গীদমক মায়কৈ কয়াদগী লাক্লবা ব্রহ্মর্ষি অমস্তুং রাজর্ষিশিংনা পেল্লবগীদমক মহারাজনা সুমিৎ কয়ানি হরাও কুম্মৈ তৌরম্বনি। মখোয় অদু হৌজিক্কি অযোধ্যাদগী মহারাজনা থাগ্রে। মরম অমনা—

রামচন্দ্রনচিংবগী মমা ইবেম্মা কৌশল্যা
অসিনচিংবীখিবিকস্তু অরুন্ধতীবু মমাগুদা।
থাহল্লগা বশিষ্ঠনা শেনদুনা যজ্ঞগীদমক
ময়া নিপাগী আশ্রমদা লেপ্তেং লোইনা হুপ্তুনা ॥২॥

সূত্রধার— ঐনা মীয়েবাক মচা ওইবনা হংজরি—ময়ানিপ হায়রবু কনানো ?

নট— দশরথ নিংথৌনা পোকপী মচানুপীদি
মমীং শান্তা কোবীনি মাবু মপা নিংথৌনা
লোমপাদ নিংথৌদা মচা ওইজো পীরম্বি ॥৩॥

মহর্ষি বিভাণ্ডকগী মচানিপা ঋষ্যশৃঙ্গনা মাবু লুহোংতুনা লৌখি। মহাক হৌজিক চহী (কুম) তরানিথোই চঙ্গদবা যজ্ঞ অমা হোৎথ্রে ; মদুগীদমক্তা কৌশল্যানচিংবী গুরুজনশিংন. কুম থা গুরবী সীতাবু থাদোক্তুনা মফম অদুদা লেংখ্রবনি।

সূত্রধার—কয়ে, মসিদা নৈনরুদুনা করি কাম্নগদগে ?

চৎলি লাক্লো, ঐগী ঐগী জাতিগী নিয়ম মতুং ইন্না নিংথৌগী পোক্কদা য়ৌরুরসি।

নট—অদু ওইরবদি ওঝা ইবুঙ্গোনা নিংথৌগী মরীদা করাগদবা থাগৎৰাহৈ অমতং থমবিগনি।

স্মত্রধার—নট :—

মতম খুদিংদা ঐথোয়না — শীজিনজরগদবা—
মরমদা মথল খুদিংদা — তোকত্র' দোষ লৈতনা।
মীনা ফবদি হৌনদে — মুপী ওইবীগী মথক্তা
বাহৈশিংগীসু মশাদা — হেক্তা শীবনি ফত্তবা ॥৫॥

নট—থোইদোক্লা ফত্তে, হায়নসু মতিক চাবনি।

সীতা দেবী ফাওবৰু — মীনা ভম্মি পাওথোকপা
হিংচাবৈ'দা লৈক্লরে — অসিতমি থল্লিবা
তৌথি অগ্নি পরীক্ষা — অসিবু দি থাজদে ॥৬॥

স্মত্র—মীপাউথোক ফজদবসিনা মহারাজগী সনা মাকোং য়ৌরবদি অরাবা ওইগনি।

নট—ঋষিশিং অমস্তং লাইশিংনা মঙ্গল পীবিগনি। (থোঙথোং কয়ামুক থাংজুমা চৎলগা) হো কনা কনা লৈবগে? মহারাজনা হৌজিক কদোমদা? (তারগা) মীরাম্না অস্তম্না তাবেরি—

মিথিলা নিংথৌ জনকনা — রামমচিংবৰু চান্দুনা
পেঙ্গমসম্ন হায়জুনা — লেস্তবিরক্লগ' 'যোধ্যাদা
অদুনা কুইরবা মতমসি — লৈবিরক্লগা সুত্তাইনা
লেজপ্রে চলি মিথিলাদা — অচুবু শুক্লীং রারীমী—

সীতাগী পূক্লীং ক্ষানবা ইথিংথৌ শঙ্গায় লেঙশিনখ্রে ।।৭।।

(অমীমক চৎথি)

প্রস্তাবনা লোইরে।

(মতুংদা সিংহাসনদা লেঙশিন্দুনা রাম অমসু সীতা লৈরম্মী)

রাম – দেবি ! রাকুগনু গুরুজনশিংনা ঐখোয়বু মতম কুইনা হুন্দোক্তুনা লৈবা ঙম্বিরোই।

অগ্নিহোত্রমচিংনব— কর্ম্মগী শোয়নদবনা।
সাগ্নিক * ওইবা মীশক্লা পামদে মীয়ুমদা লৈবনু ।।৮।।

সীতা—আর্য্যপুত্র! খঙি। তৌইগুম্বসুং গুরুজনশিংগা কায়নবা হায়বসিমক্তবু অবাবগী মশক্লি।

রাম—চুম্মি, ঐসু য়াই দেবি! তাইবংপানগী কায়নবা লোয়নবনচিংবা পূম্নমক থম্মোই কায়বা ভাক্তনি; জ্ঞান লৈবশিংনা ঃ চামগু অমসুং মপোৎ মরল পূম্নমক হুন্দোক্তুনা বনদা চৎলগা পোত্থানরি।

কঞ্চুকী—(চঙলক্লগা) রামভদ্র (কিদুনা) মহারাজ!

রাম—(মোমোম নোক্ল') আর্য্য! গুরুজনশিংনা ঐতোন্দা রামভদ্র হায়না তাকপীবনা হৈম্নদুম ফজে। অদুনা হৈনবিরকপত্নদমক তাকপীগনি।

কঞ্চুকী—রাজ'! ঋষ্যশৃঙ্গগী আশ্রমদগী অষ্টাবক্র লেঙলক্লি।

* সাগ্নিক—নুমিৎ খু'দংগী কয়ুক অমসুং নুমিদাং রাইরমদা বেদগী বিধি মতুং ইন্না হোগৎত্রবা মৈদা হোম তৌবা মীশকপু সাগ্নিক কৌই।

সীতা— অহুদি খীনবিরগনু আর্য্য !

রাম—পরপ পরপ্না লেঙশিনবিহল্লকউ।

(কঞ্চুকী খোকখি)

অষ্টাবক্র — 'চঙলক্লগা) অশীমক য়াইকবা ওইয়ু।

রাম—খুরুমজরি। ভগবান্! অসিদা লেঙশিনবিসি।

সীতা— ভগবন্! খুরুমজরি জামাত * গা লোয়ননা গুরুজনশিং অমস্তং আর্য্যা শান্তাদেবী য়াইফরিদনা ?

রাম —ঐগী ইবায় সোমরস থকখিবা ভগবান্ ঋষ্যশৃঙ্গ অমস্তং আর্য্যা শান্তাদেবী ভুরৈ ইরৈ চেনহৌদেকো ?

সীতা -- ঐখোয়বু কাউবিদেকো ?

অষ্টাবক্র—(কয়গা) পূম্নমক য়াইফহৌরি, মখোয়বুস্থ কাউদে। দেবি ! ভগবান্ বশিষ্ঠদেবনা মঙোন্দ তাকপীরক্লি।

মতীক মগুণ চেন্নবী তাইবংপানবু য়োক্লিবী
ঈমা পৃথ্বী নৈনমা অমদি ব্রহ্মাগুরবা
জনকনা পোকপীনি, মখোয়শিংগী বংশদা
কোয়োহনবা মুমিৎনা ঐখোয়না গুরু ওইবা—
নিংথৌশিংদি অহুগী মঙনা কুলবধুনি ।।৯।।

অহুমা অভোম্না করম্বা আশীর্বাদ অমা তৌসিগে, বীর ওইবা মচানিপা পোকচবী ওইয়ু।

রাম—থৌজাল ফংজরবনি।

---

* জামাতা—নীংতেোল মচা।

সাধুশিংগীদি চুমগী বাহৈনা ইরৈ অর্থবু।
প্রাচীন ঋষিশিংগীদি বাহৈবু তাদৈ অর্থনা। ১০॥

অষ্টাবক্র—ভগবতী অরুন্ধতী, কৌশল্যাদেবীমচিংবী অমসুং শান্তা-
দেবীনা হন্না হন্না অসিমসু তাকপিরকই—"গর্ভগী মতম অসিদা
সীতানা চানীং থক্লীংবা পূম্বক থীন্দনা পাওখোকদবনি"

রাম—হায়রবদি পূম্বমক তৌজগনি।

অষ্টাবক্র—সীতাদেবীগী মমম্মগী মপুরোইবা ঋষ্যশৃঙ্গনা অসিমসু
তাকপিরকই—"ইবেম্মা কুমথা শুরবীনি হায়দুনা ঐগী আশ্রমদা
পূরক্কবনি মহাকপু। ইবুঙ্গো রামভদ্রবুসু মঙ্গী মবুক মেম্বব-
বগীদমক থম্মল্লবনি। অদুনা তম্পাক্কা মচানিপা পম্মথী মহাকপু
য়েংলখিগনি"।

রাম—( হয়াউ মথোন তৌদুনা ) মদুমক ওইগনু। ভগবান
বশিষ্ঠনা করি তাকপিরকই মনাইদা?

অষ্টাবক্র—তাবিসি—
জামাতাগী যজ্ঞ-গা ঐখোয় নৈরে পুন্দুনা
অত্তাংনিদো মহাকসু মৌরি নিংথৌ ওইবসু।
পূক্লীং চঙ্গদবনি প্রজা পেন্নবদা
অকনিংচংনা 'তুগী লম্রি' থোয়বা নখোয়গী ॥১১॥

রাম—ভগবান বশিষ্ঠনা তাকপিরকপা অচুম্বনি।
প্রজা মুক্তাইনবদা মুংশি' খোজাল' মুক্তাইবা—।
সীতাবুসু থাদোকপা ওয়েজগনি বাজরোই ॥১২॥

সীতা—মরম অদুমক্কা রঘুবংশগী নিংথৌশিংগী মপুংফগী লুচিংবা
ওইরিবনি।

রাম—মকম অসিদা কনা কনা লৈবগে ? ভগবান্ অষ্টাবক্রগী পোথমবা ভো—।

অষ্টাবক্র—( হৌগত্তুনা খোংচৎকম থরা চৎলগা ) এঃ ! কুমার লক্ষ্মণ য়ৌবিররক্লে ( অসি হায়রগা খোকথি । )

লক্ষ্মণ ( চত্তলক্লগা ) জয় ! মহারাজগী জয় । মহারাজ ইবুঙ্ঙো ! ঐখোয়গী পাউতাক মতুংইন্না চিত্রকার (লাইরেকপা মী ) না মহারাজগী চরিত্র পূর্ণমক কক্লংদা য়েক্লে ; মসি স্না মিৎয়েং তাবিসি ।

রাম—ইবুঙ্ঙো ! মহাস্তি মতৈমগী বারবা মপূক্লাউডবু কাথবা 'হৈকনি। অদুবু য়েক্লিবদি মতাঙ কদায় কাওবনো ?

লক্ষ্মণ—অগ্নিপরীক্ষা কাওবানি ।

রাম লেপ্লসি ।

পোকপদগী শেংজরকপী সীতাশেংনবা করি লৈ ।
তীর্থগী জলগা মৈগবু শেংবঃ হোনক্ক অমমা ॥১৪॥

যজ্ঞভূমিদা পোককম ওইবী দেবি ! পূক্লীং মুত্তোইতবা তোগন্নু । পূক্সি চুপ্লগদবনি ।

অকবা শাগৈদা পোকপশিংদা
মীপুম ভিংনা পেলহনগনি হায়বা
অরাবনি দেবি অসিমদি
মখোয়না হায়থি অরাবা রাহৈ ।
ঐখোয় অনীগী ইকমদা 'হুবু
মতীক চাদবনি মত্তোন্দদি

মহৌশানি লৈগী কোক্তা থেৎপা
ৎক্তে মাবু নৈহৎপদি থোক্তবা ॥১৪॥

সতী—হায়নজসমু ইবুঙো ! হায়নজসমু ! লেঙচুম লেঙশিন্নশি, চিত্র মিৎয়েং তাবিনবা।

( অসি হায়রগা থোঙ থাংই )

লক্ষ্মণ—(অয়েকপা লাই) চিত্র অসিদ লৈরে।

সীতা—( য়েংলগা ) মথক্তা চঙৎনবা লৈরিবশিং'সি কনা কনাগে। ?
মথোয়শিং অসি আর্য্যপুত্রবু থগ্নবগী মতাঙুম লৈরি।

লক্ষ্মণ—মথোয়শিং অসি মন্নগা কোয়রবা জৃম্ভকাস্ত্রনি। ভগবান্ কৃশাশ্বদগী বিশ্বামিত্রগী থুৎ য়োরগা মহাক্না অসুক তাড়কা হাৎলবা মতুঙদা আর্য্য ( রামচন্দ্র ) দা চানবিচুনা পীনবিখিবনি।

রাম—দেবি ! স্বর্গগী থুৎলাইশিং অসিবু খুরুম্মু।
ব্রহ্মামচিংবা লিরবা গুরুখিবিক্না বেদবু
ভাকে হায়চুনা তপস্যা তৌখি চহি লীশিং হেন্না
থুৎলাইগী মশক ওইরকপা তপকী তেজবু উরম্মি ॥১৫॥

সীতা—পুন্নমক অসিবু খুরুমজরি।

রাম—হৌজিক্তি মথোয় অসি নচাগী মথুৎ য়োরগদবনি।

সীতা—থৌজালনি।

লক্ষ্মণ—মসিনা মিথিলাগী থোদোক্নি।

সীতা—হায়না ! আর্য্যপুত্রগী মূর্ত্তি য়েক্তুনা লৈরে। চকুশানা শাৎলবা অশংবা থম্বালগী মতোঙুম শংবানবা মরেকমহাউ কায়বা, থোৎলবা, কজরবা পাঙ্গল্লবা চকচাংগী কজবা মতোন্না

ঐগী পিতৃদেব ( ইপা ) না পূমক্তক ঙকখিদ্রুনা মিৎকম চোইদনা য়েংলি। ইমায় লায়মা জনকধনু থেক্লি, মায়খোং অসি কেয়ে কেয়ে লাউবা শন্নাংনা য়েংবদা মিৎকম হোংনিংদে।

লক্ষ্মণ—আর্য্য ! মিৎয়েং তাবিসি—

গৌতমনদি পোক্লবা— শতানন্দ পুরিৎনা
ইকু মিংথৌ 'মদি বিবাহগী সম্বন্ধী—।
খোক্লমবা বশিষ্ঠ ঋষিনাচিংবশিংদা
মতিক মতিক চানবু উৎলি ঙকায় থুম্নবা ॥১৬॥

রাম—মসি য়েংকম খোকপমক্লি—

পেল্লোইদবনো কমান জনকরঘুগী মরী'সে।
পীরিব বিশ্বামিত্রনি লৌনস্থ মহাকমক্লনি ॥১৭॥

সীতা—মতম অদুদা পুরোহিতশিংনা কাশাস্ত্র সংস্কার তৌবিথ্রবা অমসুং বিবাহ দীক্ষা ফংথ্রব ইবুঙো মা'রমক লৈয়ে। মকম অদুদা মতম অদুদা লৌরমাল্লে হায়না ইশাবু ইশানা খল্লি।

রাম—অচুম্বনি।

হৌথ্রবা মতম অদুবু কৌশিক ওইরিবা মতমগুম
খল্লিদে ঐনা শীংথবি ! শতানন্দনা পীরকপা।
থুজি ফজবা শিরব— নথুৎ অদুনা ঐহাকপু
শক্লাইরবা মহোৎসব অমগুম মুডম্লাইহল্লন্মি ॥১৮॥

লক্ষ্মণ—মসিনা আর্য্যা দেবীনি, মসিন আর্য্যা মাণ্ডবীনি, মসিনা বধূ শ্রুতকীর্ত্তিনি।

সীতা—মসিমদি কনাগে ইবুঙো ?

লক্ষ্মণ—( খজিক্কং ঈকাই মীখোক ভোন্থুনা ) ও ! আর্য্যা (ইতৈবা) মা উর্ম্মিলাগী বা হংবিরি । করে, মিৎকম হোংনবা ভৌরগে । (কোংনা) আর্য্য ! মিৎয়েংভবা রাবা খৌদোক অসিমগা মিৎয়েং ভাবিয় । মসি ভগবান্ পরশুরামনি ।

সীতা—( ভকিং ভকিংনা ) ঐ মীক্লে ।

রাম—ঋষি ! খুরুমজরি ঐনা ।

লক্ষ্মণ—আর্য্যে ! মিৎয়েং ভ'বিয়, আর্য্য (রাম) না মসিবু ( বা'হৈ মতেক অসিগী ভুংদা )

রাম—( থামন্থুনা ) ইবুঙ্গো ! য়েক্লদবা রাম্না লৈরি ; অতৈ অতৈন্থুম উহল্লু ।

সীতা—( প্রেমগা অমস্তুং ঈকায় খুম্নবগা লোয়নমা রামবু য়েংলগা) আর্য্যপুত্র ! মোল্লুকপা হায়বা গুণনা কয়াবুক নিংথিজবিরি ।

লক্ষ্মণ—ঐখোয় পূন্নমক অযোধ্যা য়োৎে ।

রাম—( পি শিন্থুনা ) কাউগে হায়ববু কাউঙমদে ।

ইপা ইবুঙ্গো হিংলিঙৈ — মোমা ইমুম্বু পানবা কাল
মতম'দুদা ইমাশিংনা — মুঙ্গাইনবা ঐখোয়গী
শীনবিথিবনি চ্যেকশিন্না — হোৎেৃ মতম'দু হৌজিক্তি ॥১৯॥

সীতা অসিনা মতম অদুদা—

অকুপ্পা অরমবা অমদি — মঙোন্দা হাইথরক্লিবা
পুক্লীং ভুমবা শন্নাংনা, — চাংদা মান্নবা রাশিংনা—
য়েংবদা নিংথিজনবা— — কোয়দানবা মায়খোংদা

থাজগী মতালগুম্বা মেংবদা পুন্নীং হুমবা
লোয়নজম্বকপা নিংখিবা— হকচাং শাথেক্না ত্তিন্নবা—
মথোত্ত মথুৎনচিংবনা পন্নেমশিং পুন্নীং পেলহনথি ॥২০॥

লক্ষ্মণ—অসিনা মন্থুম্বানি।

রাম— পাউথুম পীদনা ওমবা মায়কৈদা উত্তুনা ) দেবি! জানকি!
শৃঙ্গবের পুরদা নাগী মথোত্তদা অহুবৈ।
ব্যাধলুচিংবা থেংনবা ইঙ্গুদী পাম্বী অহুনি ॥২১॥

লক্ষ্মণ—( মোক্তুনা মথন্দা ) ও! আর্য্য ( রামচন্দ্র ) না ইমা রাইমা ( কৈকেয়ী ) গী থোদোক থৃপখ্রে।

সীতা—মসিদি জটা পুবগী থোদোক্নি।

লক্ষ্মণ—ইক্ষ্বাকু হায়বা বংশগী থায়নগী নিংথৌ খিবিন্না
মচানিপাগী মথক্তা রাজলক্ষ্মীনা লান্নগা।
ত্তোখিন্নবা ব্রত অহু আর্য্য রামচন্দ্রনদি
অত্তাং ওইনা বানপ্রস্থ— ব্রত অহুবু চৎপিন্নি ॥২২॥

সীতা—মক্তুবা শেংলবা ঈশিংবু পুন্নিবী মতৌক মত্তুপ চাওবী গঙ্গানি মসিনা।

রাম—দেবি! রঘুকুলদেবতে! মহাকপু থুক্লমজন্নি।
অহুত্তৈদা ঐথোয়গী প্রপিতামহখিবিন্না
সগর নিংথৌগী মকমদা শগোল খিবদা পুন্নীং চহু
লৈপাক লৈশা হোত্তুনা লৈন্নুংবুদি চত্তথনগা
শাঊরবা কপিল মুনিগী তেজনদি চাকথোকখি।
ভাগীরথি! মতৌক লৈবি! ভগীরথ নিংথৌনা

মাচুংদম্‌ শিবা কাওবা    কম্না তপস্যা তৌরগা
মতম কুইরবা মতুংদা    মঙ্গী জলবু শোকহল্লগা
মখোয় থিবিক অদুবু    লানবিথিবনি ইবেম্মা ! ॥২৩॥

ইমা মহাক্না অরুন্ধতীগুম্না মমৌ নুপী — সীতাগী মাইক বাথল থনাবয়।

লক্ষ্মণ—যমুনাগী মপান্দা চিত্রকূট চৎনবা লম্বীদা মহর্ষি ভরদ্বাজনা মশক তাকখিব শ্যামবট অদুনা অসিনি। (রামনা থোরাংনা য়েংই)

সীতা—আর্য্যপুত্রনা মকম অসি নীংশিংবিরিবরা ?

রাম—কয়দা কাউগনি জানকি !

লমশাং চৎলকপগী রাবনা    ভল্লবা চোক্লবা কজবা,
ঐগী অচেৎপা আলিঙ্গননা    নীংশিনা সংবাহন* তৌগুবা
মোইহৎলবা থন্মৌ মতাগুম    শোল্লবা মশাবু মহাক্না
ঈথবাক্তদি থম্লদুনা    তুমথুন হুনখিবা মকমদুনি ॥২৪॥

লক্ষ্মণ—বিন্ধ্যারণ্য মচীন্দা থোকখিবা বিরাধরাক্ষসগী থৌদোক অদুনি অসিনা।

সীতা—মসি য়েংদুনা কাপ্পদে। আর্য্যপুত্রনা কোনামনাগী ছত্র পায়দুনা ঐগী ইথক্তা থমবিদুনা ঐনা দক্ষিণারণ্যদা† চত্তবা হৌবদু য়েংংগে।

চাঙ্গী ভুরেলগী মপান্দা    তপোবনশিংদো উরকপা
লৈরিবসিনি য়েক্কুনা    মখোয় অচুগী মমুংদা
বনদা লৈবা মুনিশংগী    আশ্রমগী উপাল হৌরিবা,

---

* সংবাহন=মোইবা।

† দক্ষিণারণ্য—বিন্ধ্য চীংজাওদা লৈবা বন।

মথোয়গী থৌদাং 'থোয়বদি অতিথি পূজানা ওইরিবা
মাইমু চম্মাবু থোংলিবা পূক্নীং কাবস্ত হল্লিবা—
অত্তগুম্লবা মুখানবা— মুনিশিংমস্ত লৈরিবা ॥২৫॥

লক্ষ্মণ—খুমক হাওদনা হৌবা উপালশিংনা অহাওবা লৈতবা মুনা

জংলম—লম্মদোমদা লৈরিবা বননা মপাম অমীমক কোয়খ্রবী—
গোদাবরী তুরেলগী ঈথক্না রৈবদা মাগী গুহানা মিল্লিবা,
তত্তন চুরিবা মোংমা মাগী শংবাম্নবা মচুবু মমেক মচাউ
কাহনখিব, জনস্থানগী মগ্নায়দা লৈবা প্রস্রবণ চীং য়েক্তনা লৈরি।

রাম—মীংথিবি। ঐথোয়না চীংতুদা লক্ষ্মণগী সেবানা মুক্তাইনা
লেমথিবনি মতম কয়াবুক ঈশিং চাউরবী গোদাবরী।
লমদম অতুদা চেল্লিবনি মাগী মনাক্তা লৈরম্বনি
ঐথোয় অচুম্মকস্তু পুন্নপ্না মীংশিংলিবনা পূম্নমক'সে ॥২৬॥

অগস্ত্য—মথং মনাউদি মাইদনা তপ্ন ব বী শাম্নরম্মি

মতম'তুদা ইবানীগী চুব' চুবা থেংনরম্মি।
ইপান্থোব মপান্থোম'মীনা চেজেৎ কোয়না লৈরম্মি
কীবম'সিদা অহীং য়্থক শোইখি থওহৌদে মোত্তানব্রা ॥২৭॥

লক্ষ্মণ—মসি পঞ্চবটীদা লৈবী শূর্পণখানি।

সীতা—হা! আর্য্যপুত্র! মনাইনা মহাকপু উজবদি অসি কাওবতনি।

রাম—কিপনবি! মসি চিত্রনি, চিত্রনি।

সীতা—অমবু ওইরে, অমবু ওইরে, মী কওবনা বাহনবা তাক্তনি।

রাম—হায় রাবণ! জনস্থানগী থোদোক অসি ঐহোন্দদি হৌজিক
হৌজিক থোকপগুম্নি।

---

* জনস্থান—দণ্ডকারণ্য।

পাপচেনবা হিংচাবশিংনা সন্নাগী শক্তি শাদুনা
তৌখিবা থবক খিবিক্কী শিত্রুবস্থ লক্ষ্মণ ওক্লা
মীংশিংলুমগা রাহল্লি মীতাদবা জনস্থানদা
থোকখিব— রাম চরিত্র,— অতুমক্তমা নুং কাওবা
কপ্পাউবগী মতৌ তৌরি বজ্র' থম্মোয় কায়ত্তম্নি।
চরিত্র'ভুদা রামগী মথৌ লেপখি ইন্দ্রিয়শিং ॥২৮॥

সীতা– (পিরাং শিন্দুনা) রঘুকুলগী সুত্তোইকম ওইবা দেব ! ঐগীদমক
অম্নক রাবিখিবনিকো।

লক্ষ্মণ—( রামবু য়েংদুনা থোইদোকপা রাখল অমগা লোয়নদা )
করি মতোমো অসিদে ?

আর্য্যগী পিরাং মপৈন' তৎলবা মুক্তা পয়েংত্তম
মরী ওইন থে'ক্লক্ক্না মরীক তপিকপা ওইদুনা
ওন্নোইজরি লৈমায়থক্তা অরাবা পম্মেং থম্মোইদা
কাজিন্দুনস্থ কনমক চীনবাম অমদি মাত্তোমগী
কপ কপ লাউব দি মত্তৌনা ফুক্লে' রাবনা থম্মোইদো।
হায়বসিদি পুন্নমক্লা থত্তলবনি ঈয়ায় লায়না ॥২৯॥

রাম—ইবুঙ্গো !

মতম অতুদা সীতাগা কায়নবদগী পোক্লকপা—
অমা মৈত্র কল্লবস্থ লক্ষ্মণ থুমগী রাখলনা
থাত্তলম্নি ঐনা, অতুবু হৌজিক্কি অমুক হৌরকপা
অম' মৈনদি লকাগী ময়ায় চবুক্তা চপচানা
চোংথোক্লকপ অপোম্বত্তন অরাবা পীরি পুক্লোংদা ॥৩০॥

সীতা—অম্বাবনি! অম্বাবনি! কাহেনবা উৎকণ্ঠামক্তনা ইশান্না ইশাবু আর্য্যপুত্রগা কায়নম্ববী ওইনা থম্লবনি।

লক্ষ্মণ—( মথন্দা ) ফয়ে, অদোগী মিৎ, অময়োমদা চিংথোক্লগে। ( কোংনা চিত্রবু উৎলগা ) মন্বন্তর * অমা চুপ্পা লৈরক্লিবা পক্ষিরাজ ঈকাইথুম্বনিঙাই ওইব, ইপাগীমরূপ জটায়ুগী চরিত্র অমসুং থোমাগী থুদম ওইবা চিত্রনি মসি।

সীতা—হা ইপা ইবুঙ্গো! মচাগী প্রেম চপচানা থোকখ্রে।

রাম—ইপা ইবুঙ্গো! কশ্যপবংশদা পোকপা—পক্ষিরাজ! মহাক-কুম্বা অথোইবা গুণচেনবা মিপানা কয়থা মকমদ পোকদগে?

লক্ষ্মণ—জনস্থানগী মোংচুপ্তা দনুকবন্ধ ✻ না কোম্লিবা—চিত্রকুঞ্জবান্ কৌবা দণ্ডকারণ্যগী লম শরুক অদু মসিনি; মসিনা ঋষ্য-মূক পর্বততা লৈবা মতঙ্গ মুনিগী আশ্রম অদুনি, মসিনা শ্রবণা কৌবী শিষ্কণবমী অদুনি অমসুং মসিনা পম্পাসরোবর অদুনি।

সীতা—আর্য্যপুত্রনা থার্ম্মচবদা তম্মক্ত চুনা থোঙ্হোক্লা কপ্লিথিবা মকম অদুনি।

---

* মন্বন্তর—ব্রহ্মাগী নুংথিল হায়বা মতমগী মনুংদা মনুভ্রামম্বিনা পাল্লি। মনু অমনা পানবা মতমদি "সত্য, ত্রেতা, দ্বাপর অমসুং কলি হায়বা যুগ মরীবু অমমম ওইনা নীবদা হুন্দ্ তর:-মাথোই শুবকাওবসিনি, মতম অসিবু মন্বন্তর হায়বগা থম্ৰৈ।

✻ দনুকবন্ধ—মাগী মশা ( Body ) দা মকোক যাওদবা হিংচাবা অমগী মমীংনি।

রাম—দেবি! ওদ্দোক্লা পূক্লীং হূবা সরোবরনি।

অহানবা পিরাং তাগ্রবা অকোনবা পিরাং পোক্লকপা
চৈর'ক অদুদ' ঐহাক্লা উখি ময়ায়গী শক্লক'সে
মকোক চাউবা খয়ো খম্বাল ওদ্দোক্লা য়াম্বা শাৎলিবা
ময়ায়কায়ব'—মল্লিক কোবা উচেক খিবিকী
মশা অদুন' হুম্বদা মোম্নোম মোম্নোম নৈম্বিবা ॥৩১॥

লক্ষ্মণ— মসি আর্য্য হনুমান্নি।

সীতা— মতম কুইন' (লীশাং শীংন' বায়কপ'শংগী অবাযু কোক-
খোকপিদুনা মতেং চাউনা পাংবিবা মতীক চাউবা মারুতি।

রাম—মাগী মপাঙ্গল মক্তেনা মযোল অহুমস্থ ঐখোয়স্থ
নীংজবা থুংবা ওইখিবা, অঞ্জনাকোবী মমাগী
মুক্তাইবা মচাউ হেলহনবা অখোয়বা পাজল পুৰিবা
হনুমান্সিবু ঐহাক্ল উবি লাইবক ফবনা ॥৩২॥

সীত'—ইবুঙ্গো! লৈশাৎ লৈতম্নবা কদম্বতরুগী মথক্তে বাহোংশিংবা
জগোয় শায়িব চীং অসিগী মমীং করি কৌই? মাগী মথক্তা
তেজশক্তি কজনদংন' মখাক ওইহৌরবা য়াউখাংলবা মতম খরদং
জ্ঞান য়াওদনা লৈবিখিবা, মহাক্লা কোন্দুনা থমখিবা আর্য্য-
পুত্রবু মাগী উগী উখাদা য়োক্লিব।

লক্ষ্মণ—লৈরাং অর্জ্জুনগী লৈমম্ন' হা হা লাউরবা চীংসিদি
মাল্যবান কৌবা অদুনি মুশিল মুরবা অনৌবা
খোৎলমেঙলবা মোংশিংনা মাগী মতোন্দা ফুহলিবা।

রাম—তোক্রে তোক্রে ইবুঙ্গো মথ য়েংবা ঙম্লোই।
হন্না সীতাকাগনবা তোগে পে'ক্কদবগুম ॥৩॥

লক্ষ্মণ—অসিগী মতুংদদি আর্য্যগী ইকায় খুম্নবিংঙাই ওইবা য়োং অমসুং হিংচাবশিংগী মশীংমাইত্রবা মথং মমাউ ম'ইবা অঙকপা খৌদোকশিং লৈরে, আর্য্য সীতাদেবীসু য়াবীরে; অদুমা পোত্থবিরসনু, য়াথংমিঙ্গবি।

সীতা—আর্য্যপুত্র। চিত্রদর্শন তৌজরুবদগী ইপুক্নীংগী অপাম্বা অমা লাক্লে, অদুমা হঙ্গৎচগবদ খন্ন লৈরে।

রাম—তাকউ দেবি!

সীতা—লেক লেক লাউমা ফজবা, অমসুং সুক্লবা চাক্লবা বন (উমং)—শিংগী মনুংদা অমুকহন্না চৎচবা, অমসুং ভাগীরথীগী ঈংলবা ঈশিংদা স্নান তৌরগা ইশাগী পাপথিবিক কোকচবা কংলগনি খল্লরে।

রাম—ইবুঙ্গো! লক্ষ্মণ!

লক্ষ্মণ—তাকপিসি।

রাম—"নতৈমনা পামজবা মরম অদু পরপ পরপ্না পাওখোকদবনি" হায়না গুরুশিংনা তাকপিরক্লে হৌজিক। অদুনা চৎপদা চোংকল্লোইদবা দোলাই অমতং য়োহল্লকউ।

সীতা—আর্য্যপুত্রনু মফম অদুদা লেওবিগদবনি।

রাম—খম্মোয় নুংঙ্গম কল্লিবি! অসিবু অমুক হায়নগত্রা!

সীতা—অদুদি ঐনা পামজবমক্নি।

লক্ষ্মণ—তাকপিবহু মতায় (অসি হায়রগা খোকথি)

রাম—চায়বি! থোক্তনাও অসিগী মনাক্তা ঐথোয় অনী মিকুপ অমত্তং হিপ্তু না পোথাসি।

সীতা—য়াম্না ফরবনি; থম্না কুইনা চিত্রদর্শন তৌজরুবদা হকচাংসি চোকথ হুইথখিবনা মনাইদি তুম্মীংবনা যুপ্পরবনি।

রাম—অদু ওইররদি মকম অসিদা হিপ্পনবগীদমক ঐবু চেৎনা পায়ম্মু।

অকিবগা পরিশ্রমগা অমীদগী শোয়কখিবা—
হম্মাং মরিক পক্লিবা, থাগী মত্তালনা শোকখিবা
(য়ৈখিবা)
মরম্না ঈশিং তারিবা— চন্দ্রকান্তমণিগী
পরেংশুম্না পূক্লীং হূবা ইথবায় হিংকম ওইরিবা—
মপাম্বোম অদুনা ঐগী কোমসিন্নকউদ তকশনদা॥৩৪॥

( কোলহল্লগা পেনবগা লোয়নবা ) প্রিয়ে! করিনো অসিদে!

সুত্তাইবরা অবাবরা অতকপরা 'মদি তুম্বরা
হুগী *বিসর্প লায়নায়া মরাইরা লেপ্পা তমদবে।
মঙ্গা শম্না খুদিংদা কশাগী মবোং হোংলকই
ইন্দ্রিয় 'পূম্বা পত্তশিল্লি লায়' থত্তহল্লি মাত্তহল্লি॥৩৫॥

সীতা—( মোক্তু না ) মনাইবু অসিয়োনা চানবিরবদবু অসি মত্তনা করিবু তাকপীগদগে?

রাম—মীৎম্না থম্বাল মানবি ও!

থোয়থুম্নবানবাহে পুনশি নৈরাং-লাংশিনবা
তেকথৎহনবা তম্বশি, পুম্পোল ওইনা পেলহনবা।

*বিসর্প Spread, Circulation.

ইন্দ্রিয়রবু শুমহৎপা ভম্মি, ওইরি অমৃত
মাকোংদদি' পুন্নীংগী রসায়নগী মশক্নি ৩৬।।

সীত —খোমকম কজবা ইবুঙ্গো ! লেঙশিনবিরকউ চেপ্পসি। (অসি হায়দুনা মায়কৈ খুদিং হীপকমথি)

রাম—থিগদবা করি নৈরিবগে ?

লুহোঙ্গৈদগী হৌদুনা অঙাং ওইরিঙৈ মতমদা
মখোক কাবকপা মতমদা বুমদা বনদা মহাক্না।
থাম্মিবা 'ভোম্মী কনামা থাম্মিদরিবা পুম্নমক
থাঙ্মা মোমগী মশক ওইবা নৈরে রামগী পাম্বোমসে।।৩৭।

সীতা—( হম্লিগী অ'ভিনয় তৌদুনা ) নৈরে, আর্য্যপুত্র (অসি হায়রগা হিপথি)

রাম—মথাহৈ খোয়থুম্নগী অসি ইথামুংদা ভূমখ্রেদো ( মুমা য়েংনগা মু'শিবগা লোয়নবা )

মুমগী লক্ষ্মীনি মহাকসে মিত্তা অমৃতভুবানি
খেংম শোক্নবা মহাক্না চন্দন মহীগী মশক্নি।
ভকশমগীমথা থারিবা পাম্বোমনা উনশুম অমদি
মুক্তাপরেংগুম ঈঙবনি পুম্নমক মাগী পেন্নিঙাইনি
কায়মবদনি মহাক্না থাঙবদা বানা খোকপদি ।।৩৮।।

প্রতীহারী –(চঙলক্লগা) মৌমক্লে রাজন্।

রাম—কনানো ?

প্রতীহারী—হাকথেংনবা সেবক দুর্ম্মুখনি।

রাম—(মংন্দা) অন্তঃপুরদা কৈবা দুর্ম্মুখনি, মহাক, ঐনা কোম্নুংগী মীয়ামশিংগী মচীন্ তাকনগে হায়দুনা থাদোক্লুবনি। (কোংনা) চত্থল্লকউ। (প্রতীহারী থোকখি)

দুর্ম্মুখ—( চৎকল্লগ মথন্দা ) অরাবনি! সীতাদেবীগী থাওড়মদবা ফজদবা মীরাহৈবু করম তৌনা মহারাজগী সনা চরণদা হঙংসিগে? লাইবক থীবা ঐহোন্দদা অসিত্তনা সনারাথং তাপীবনি।

সীতা—(মত্না লোল্লকট) হা আর্য্যপুত্র! কদায়দনো ইবুঙো!

রাম—ও! চিত্র দর্শনদগী বিরহগী বাথলমক্তনা পূক্নীং থুক্লবী সীতানা মতুমক্তদসু কিবি।

( প্রেমগ' লোয়নবা সীতাগী মশামান্দুনা )

ঐগী অর'নুঙ'ইগী শরূকপুদি য়াম্বিবী
থুদোং থীডৈয়াইকডৈ কোয়োই ইমা নৈজবী
ওইবী পুক্নীং পোত্থাকম, অহম ওইবা মতাঙনা
মাগী অনুরাগবু . কোকহনবদি ওমদবা
ঊকায় হকি লেমথুগা থাঙ্গৈ শেংবা অথোয়বা—
প্রেমগী পাত্র ওইম্বিবী তালোয়গীদি তত্তবা
নুঙতোট য়া'ইফ কংবসে য়াম্না বানা থোকপনি ॥৩৯॥

দুর্ম্মুখ—( মাক্লা' চত্থলক্লগ' ) মহারাজগী জয়।

রাম—থত্তলকপদু তায়বু।

দুর্ম্মুখ—পুরবাসী অমসুং দেশবাসী পূম্নমক্না মহারাজবু থাগৎচরি—

মহারাজ রামচন্দ্রনা ঐখোয়গী পূব্বীংদা মহারাজ দশরথবু কাউহনবিরে।

রাম—মহুদি থাগৎরাহৈনি; কত্তবা করিমো হায়বু, চাকথোক্লবা হোৎনসি।

দুর্ম্মুখ—(নপিত্তানা) স্ন। নাকোং ওইবিসি। (নাকোংদা অসি অসি)

রাম—ওন্নোকপনি! চৈথেং কনথুবা বাগ্, বত্তুনি। (অসি হায়রগা বারুখি)

দুর্ম্মুখ—লৌশিং তাবিয়ু মহারাজ!

রাম—( লৌশিং তারগা )

মীয়ুমদা লৈক্লবদগী মীনা সীতাবু চিংনবা
অতকপা উপায় অমনা উচিন নাচিন্না কোকহনপি।
মোংদম থীবনা মহু'মুক মায়কৈ থুদিং শন্নরে
অত্তাওবা তুইনা চিকপগী তুনা তৌবগী নতৌগুম। ৪০॥
নোংদমথীবা ঐনা তৌগদবা করিমো? ( রাথল তৌবগা লোয়ননা ) করি অমা তৌশিন্নুই লৈবগে?
করিগুম্বা অমমা মীনা পেন্নব তৌবা
অকনবীগী ব্রতনি, ঐবু বমদা শীদুনা
মথবায়বু থাদুনা চার্কখি মহু ইপানা ॥৪১॥
হৌজিক্কা ভগবান্ বশিষ্ঠনা পাউন্নু থাবিরকখি। অমদি
সূর্য্যবংশগী অথোইবা নিংথৌশিংনা তাইবংদা
চরিত্রবু অপানবা উৎপিরম্মি, অদুবু।
ঐগী ইরমগীদমক চরিত্রশিং অদুদা
মীরা মীপাউ কত্তবা লাক্লবদি মাঙজরে॥৪২॥

হাদেবি ! যজ্ঞভূমিদগী পোক্লকপি ! জনক বংশবু মুত্তাইহনবি ! মহাক্লা চানবিদুনা পোকপিবক্লগা পৃথিবীবু শেংদোকপীখিবি অগ্নিদেব বশিষ্ঠদেব অমসুং অরুন্ধতী দেবিনা মজী মচোরিভপু থাগৎখিবনি ; রামতনা মথবায় ওইবীনি । অচৌবা বন চৎপা মতমদা ঐগী লোয়নবি ! ইপাবু পেনহনখিবি ! মুংশিনা রামদবা বা ডাংবী ! অয়োইবা মংগী মরাইবক অসিদি কনি হায়সিগে ।

ভাইবংপামববু মপান্না শেংদোকাপথ্রবা মত্তোন্দা
মীবা কত্তবা ডাংমন্নি মপান্না মীশিপুংস্নমক
মপু পামবা ওইরগা মতদি মপু রাওদ্রবা ।৪৩।।

(দুর্ম্মুখগী মকমদা) এজ্ঞী অমোবা মিংথো রামনা খত্তহন্নক্লি হায়না লক্ষ্মণদা হায়বু ( মাকোংদা অসি অসি )

দুর্ম্মুখ—অগ্নিপরীক্ষাদা শেংলে হায়না প্রমাণ তৌথ্রবী অমসুং মাগী গর্ভদা শেংনব' রঘুকুল সন্তানগী মমী তমগ্রবী সীতাদেবীগী মকমদা মহারাজন হৌজিক মী কত্তবগী মব'না। অরানবা নমচৎ চৎখবিরক্লিবসি কনিমনো ?

রাম—লেপ্লে', লেপ্লে', পূরবাসী অমসুং দেশবাসীশিংনা মী কত্তবা কনিগী ওইগনি ।

ইক্ষ্বাকু বংশদি প্রজানা রাবনি, নোংদম থীবনা
প্রজানা পাউথোক্লবগী মরম অমথক থোক্কথবে ।
অগ্নিপরীক্ষ' মতমদা লাপ্না থোকখিবা অত্তকপা—
খবকপু খাজগদগে পৃথিবীগী মী কনানা ।।৪৪।।

অহূনা চৎলো ।

দুর্ম্মুখ—অবাবনি দেবি ! (চৎখি)

রাম—অবাবনি ! মীমা কজ্জদমা ছাওনবা— লমচৎ চৎপা তমথিবা মীশক ওইরেদকো ঐদে ।

অভাং ওইরিবৈদেগী য়োক্লকপী
প্রেমমা পূম্না নৈমিন্নরকপীবু
মমথাক তৌদুনদি অশিবগী
মকমদা শীন্নখিবা তারেদো
শায়োকপমা তৌগুম' য়োকপা শাদা ।।৪৫।।

শোক্লবা রাত্রবা পাপচেনবা ঐনা করিগীদমক দেবীবু মাংথোক-দোরিবনো ? ( তপ্না তপ্না সীতাগী কোক থাজৎলগা পাখোম চিংখোক্লুনা )

হৌনদবা থবক্তা চণ্ডাল ওইবা ঐহাকপু
থাদোক্লোমে অপঙবি ! চন্দন পাম্বীনি থনবোই ?
য়েৎলুরগা মত্তোন্দা শিগদবা শোন্নদনা—
দু পাম্বী অহুদদি য়েৎলুরেদো মহাক্না ।।৪৬।।

( হৌগৎলগা অবাবনি ! মথবায় পাল্লিবা পূম্নমক মথক মথা ওনখ্রে, ভসি রামগী পুন্সি লোইরবনি, অকংবা অরনবা উপালমা মন্নবা— উমংগুম্নবা তাইবংপান হৌজিক হাঙবগুম্ন, মুঙঙাইবা নৈত্রে সংসার অবাবমক্তনি । চঙজকম নৈত্তে ঐহাকী, করি তৌসিগে ? করিনে উপায় কদায়দা চৎসিগে ?

রামদা জ্ঞান পীবিরম্নে অবাবা থঙনমবগী ।
শিবরাবা মকমশিংদা অবাব পীবা লেঙদবা
থবারশিংনা বক্লগী কণ্টকুনা তৌবগুম তৌরি ।।৪৭।।

কণ্টকু—শল্য তাগুথা থুৎলাই অমা ।

হা মাতঃ! অরুন্ধতি! হ ভগবন্ বশিষ্ঠ! বিশ্বামিত্র! হা ভগবন্ অগ্নিদেব! হা দেবি পৃথিবি! হা ইপা ইবুঙো! হা ইমা ইবেম্মশিং। হা চান্নবা মরূপ সুগ্রীব! হা হনুমন! হা চাউবা ইভেং পাংবিথিব লঙ্কানিংথৌ বিভীষণ! হা সখি ত্রিজটে! ভোল্লবা রামনা মখোয় পূরমকপু চোপহনখ্রবনি অমসুং লালহনখ্রবনি। অমরোমদদি কৌবমকপু ইভিক ওইহনবনি।

ভৌবিমলদি খরূবা ঐনা মমীভগনবদা
মহাত্মা।শং পূরনক পাপ পকখ্রবোই থল্লিদো।।৪৮।।
থোজাল নৈতব ঐহাক্‌ ইথবাক্তা মোন খাওতুনা
তূম্নবী যুম্ব নৈতেংবী থুক্‌কু না হোনবা—অশাংবা—
মুংশাস্বরনা চোংলবা খাণ্ডরবা গর্ভবদি
মশা লুম্বী গৃহিণীবু খাদোক্লগা চাঞ্জাককুম্না
শা-কৈকমচিংবৈ মকনদা হুনবগুম হুনবত্তাবরবনি।।৪৯।।

(সীতাগী মখোঙ অনী মকোক্তা হাপ্লগা) দেবি! রামগী মকোক্তা মখোঙ থম্বালমা শোকপা মসিবা অরোইবনি। (মসি হায়ুনা কপই)

নেপথ্যদা—ব্রহ্মণশিংদা উৎপাত, ব্রাহ্মণশিংদা উৎপাত।

রাম—করি তৌরবগে? থবা থওক—

(নেপথ্যদ অমুকম্মু) যমুনা মপান্দা লৈবা তপস্বী কয়বা ঋষিশিং।
লবণ হিংচাবা কিহুনা মহারাজদা লাকচরি।।৫০।।

রাম— ওস্নোকপনি! হৌজিক কাউবা হিংচাববু কিমরিবা? অহুমদি কুম্ভীনসীগী, মচানিপাবু হাৎনবা শত্রুঘ্নবু থাগে।

( খোঙথাং খর থাংলূরগা অমুক হঞ্জিল্লক্লগা )
হা দেবি! কীবম অসিদা করম্ন চংকদৌরি? ভগবতি! পৃথিবী! নমচৎ ফজবী মচা সীতাবু য়েংবিয়ু।

জনকবংশ রঘুবংশ অনীদ পোকপ থিবিকী
মঙ্গলগী মশক ওইরিবী নমচং ফজবী মহাকপু
অশেঙবা যজ্ঞ মফমদা মহাক্ন পোকপিখিবনি ॥৫১॥

( অাস হায়রম্লগা চংখি )

সীতা—মীংথিজব আর্য্যপুত্র! কদায়দ লেংলিরবগে ইবুঙো! (থঙহৌ হৌগৎলগা) মরাবনি! মরাবান। মচা আর্য্যপুত্রনা হন্দোকপিরমতুনা ঐনা আর্য্যপুত্রবু কৌরি। ঐবু আর্য্যপুত্রনা ইথন্দা হন্দোকপিরম্লগা কদায়দ লেঙবিগ্রবনো? মাসি করিগীনো? করিগুম্বা উবগ ইশানা ইশাগী শক্তি শীজিন্নবা ঙম্লবদি অশাউবা থঙহনগে। মফম অসিদা কম কন লৈবগে?

দুর্ম্মুখ—(চঙলক্লগ) দেবি! কুমার লক্ষ্মণন হঙ্গৎচরক্ল—দোলাই শেমশাতুনা লৈরে; লেঙথৎপর স।

সীতা—ঐ কাথৎলগে। (হৌগত্তুনা খোঙপাং থরা থাংলগ) ঐগী গর্ভ অসি চোংবগুন তৌর; অতুম ঐ তপ্ন তপ্ন চৎকে।

দুর্ম্মুখ দেবি! অসোয়দ লেঙবিয়কাস।

সীতা—তাপসাশংবু খুরুমজৈ, রঘুকুলগী দেবতাশংবু খুরুমজৈ, আর্য্যপুত্রগী চরণ কমলবু খুরুমজৈ, গুরুজন খ বকপু খুরুমজৈ।

(পুষ্পক থোকাখ।

( চিত্রদর্শন কৌবা অহানবা অঙ্ক লোইরে )

---

## অনিশুবা অঙ্ক

( নেপথ্যদা ) লেঙশিনবিরক্লেদনা তাপসি

(লমকোয়বীগী কিজোমদা চঙলক্লগা) তাপসী—ওঃ ! বনদেবত অসিনা

উনা উহৈ লৈরাংগী মশক ওইবা অর্ঘ্যনা ঐগী পূজাতৌরি ।

বনদেবতা (চঙলক্লুনা অর্ঘ্য কংলগা।)

বন অসিদ মখোয়না    শীংজিনবিয়ু নীংবত্রা
ঐহোক্নদি ওসিনে    য়াইফ নুমিৎ ওইরবনি
অকনবীশক অমগা    অমগা থেংনজনদি
পুণ্য অমন খোকপনি    বন অসিদা লৈরিবা
উকুল ঈ শং অমস্তং    তপস্যাগী মরীদা
চাবা য়াবা ফলমূল    পূর্ণমকস্ত মনীংনি ॥১।

তাপসী—মফম অসিদবুদি হায়রিঙাই করি লৈবগে ?

মধুগী লমচৎ ব্যবহার—    পূর্ণমক পেন্নবনি,
লোল্লুক যাহৈ খিবকপু    পুক্নীং ইহু হুৎ ম,
পুক্নীং বাখল খিবিকপু    মীগী য়াইফনবনি,
পোয়নবস্তু মমথাকী—    শক্লক অমা য়াওদবা
অহানবদা মমৈদা    নুংশিনবা লেঙদনা
নুমবা সাধুচরিত্র    পূর্ণরূপগী হেনবনি ।২।

( মতুংদা অনিমক কনথি )

বনদেবতা—অদোম্বু কনানি হায়না হৌজেগদগে ?

তাপসী—ঐহাক আত্রেয়ীনি ।

বনদেবতা—আত্রেয়ি। কদোমদগীনো অসিদা লেঙলক্লিবদে অমম্তুং দণ্ডকারণ্যদ' লেঙ্'শিল্লকপনা মনম করিগী ?

আত্রেয়ী—অগস্ত্যমচিংব সাম—বেদহৈবা মুনিশিং

লৈরি মকম অসিদা মকমদগী মথোয়গী—।

বেদান্তবিদ্যা তমগে লাকচবনি বাল্মীকি—

মুনিগী আশ্রমদু'দৈ দণ্ডকারণ্য'সিদা ॥৩।

বন্দেবতা --মুনি অতৈ অতৈম কাওবা বেদবিদ্যা মপুং কানা কংজমবগী-দমক কুহরবা, বেদগী অধ্যাপ কবাল্মীকিবু ওঙ্গরিবনি, অদুগা অমুক ব'না মতম শাংন' লংকে (মীয়ম) দা চৎপগী মরম করিনো ?

অ'ত্রেয়ী—মকম অদুবদি লাইরিক লাইসু তম্বদা কায়মনবা মরক্তা য়াম্না লৈবনা মকম অসি তাম্না লাকচবনি।

বনদেবত'—করম ত্তোমা ?

আ:ত্রেয়ী কমাগুম্ব প্রধ'ান দেবত অমনা ওক্লিত'ইত্তাক্তা মওইবা থোম-থাইবদমত্তাক্ট'ারবা মিপাম০' অনিথক ভগবান্ ব'ল্মীকিগী মকমদা থম্ময়গা চৎলে। মথোয় অনি অদু চুম্নগী মমুংশি মত্তে, কনাগী অচৎ চত্ত০া মথরায় পামবা পুম্নমক, মশক অদু উবদা *বাৎসল্য প্রেমনা তাওরিবনি।

বনদেবতা—অত্তাং অনি অদুগী মমিংদি থত্তবিবরা ?

আত্রেয়ী—দেবত অ৯না অত্ত'ং অনিগী মমিং কুশ অমম্তুং লব কৌই হায়না তাকপিরাম্ম তোৌবত্তম্ব মতোৌম্তু তাকপিরম্মি।

বন্দেবতা—তোৌনত্তম্ব দ করিনো ?

---

*বাৎসল্য প্রেম = মচাবু নুংশিবা মত্তবু নুংশিবা।

আত্রেয়ী—মন্ত্রগ লোয়নন অস্তগাম্র পূম্নমক, মখোয় অমি পোকপদগী হৈয়ক্লবনি।

বনদেবত—ও! মাসমদি ভক্তিচাইঅম চুম্মি।

বাল্মীকি মুনিনা বাৎসল্য হায়বা প্রেমগী
মথা পোম্না মখোয়বু য়োকপি শেমবিখিবনি।
চূড়াকরণ মতুংদা— বেদদগী তোঙানবা
বিত্তা'পূম্ব ভাম্বথি পূর্ক্লীং য়াম্না থিংজিন্না
চহীতরামাথোই দ গুরকপগী মতমদা
ক্ষত্রিয়গী হোৎনবী মতুং ইন্না লুপ্তণবু
থাং'বন্নগা বেদবু তখিথয়ে অচুম্বা
বুদ্ধি লৌশিং থোরবা অঙাং অমি অতুগা
ঐখোয়গদি পুল্লপ্ন তাম্মন্নবা য়াদেদো ॥৩॥

মরমদি—

বুদ্ধিকবফক্তবা— অঙাং খুদিং মান্নমা
মহৈ ত ম্ব ওঝানা অক্কবমা মথক্সি
কক্তবম থঙকৌদে মহৈ মহৈ মহৈহু
কোঙদোক্লয়কপদদি উবি য়াম্না খেন্নবা
লুবা লংবা মাপদা মমিত্তাবা য়াবনি
লৈক্তোঙভক্কা তাব'দ য়াদে কদৌহৈদেন্ন ॥৪॥

বনদেবতা—অপনবা চায়বত্ত অসিয়া ?

আত্রেয়ী—অহৈম্ভ লৌয়।

বনদেবতা—অতৈ'হু করিনো ?

আত্রেয়ী—মতুংদা মোংমগী সুমিত্ত সুমিংয়ুংবা মতমদা ব্রহ্মর্ষি বাল্মীকি তমসা মদাদা লেঙলুরদ মকম অদুদা পূম্না লৈমিন্নরম্ব ক্রৌঞ্চ পক্ষী ( চেক্ল ) লাবা অমোম্ অমগী মনুংদা ক্রৌঞ্চ লাবনু ব্যাধগী তেন্না পানবত্ত উবিখিবা মতম অদুদা থল্লুদম চিন্দগী থংথোক থোকখিব 'অনুষ্টুভ" ছন্দনা লেংবা শৈরেং অহ' থিদোকখি।

চাণ্ডাল মঙদি মতম কুইন তেক্তুকাখ্রদনা লৈরোইকো
কামদ মুন্দুনা লৈরিবা— ক্রৌঞ্চ লাবন কাংখিবা ॥৫॥

বনদেবতা—বেদগী মনুংদা য়াওদবা অমোব ছন্দ অসিনা থোক্লকপদি অঙকপনি।

আত্রেয়ী—মতম অদুদা, শব্দময়ব্রহ্মনা মাগী মকমদা কাওখিবা—ভগবান্ বাল্মীকিগী মংক্তা সৃষ্টিকর্ত্ত ব্রহ্মা লেঙবিরক্লগ তাকপিখি— "ঋষি নহাক চপচাম, শব্দময়ব্রহ্মবু থঙলবনি, অদুনা নহাক রাম চরিতইয়ু, মাগী তেজবু কমামম্ভ থিংব ভন্নোইদয - অদুগুম্ব ঋষিগী জ্ঞান মতোন্দা ফাওরসনু ; নহাক আদিকবি ওইরবনি" অসি তাকপিরম্নগা অন্তর্দ্ধান তৌখি। অদুগী তুংদ বাল্মীকিনা শব্দ-ব্রহ্মগী অহানবা শকথোক্ত ওইবা—রামায়ণ কোব ইতিহাসবু লেখি।

বনদেবত—করেদা ! অদু ওইরবদি তাইবংপানগী মী পূম্নমক পণ্ডিত ওইরে।

আত্রেয়ী—ময়ম অসিনা মকম অদুদা লাইরিক তম্বগী অপমবা য়াম্না লে হায়জাখিবত্থুনি ?

বনদেবতা—অদুবনি।

আত্রেয়ী—ঐহাক পোত্থ'জয়ে. তৌকিক অগস্ত্যাশ্রমগী লম্বী তাকপিয়ু।

বনদেবত'—মকম অ'সদগী পঞ্চবটীদা চত্তবিরগ' গোদাবরী অসিগী মপান ইরা লেন্তবিয়ু।

আত্রেয়ী—(পিরাং লিন্ন-শিন্নমা) মসি তপোবনলা? অসিম' পঞ্চবটীর' ? মসিমা গোদাবরীরা ? ম'স প্রস্রবণ গিরিরা ? অমস্তুং অদোম্না জনস্থানদা লৈবী বনদেতা বাসন্তীরা ?

বাসন্তী—পুম্নমক অচুম্বনি।

আত্রেয়ী—ইবেম্ম' জানকি।

রারী রাতাই শাবদ'      মথং মথং মতাক্লা
পঞ্চরম্ব মুং'শব      মরূপশিংনা মহাক্তী।
মমিংদমক ছ'য়রনী—      মতবু ঐখোয় 'ইফমদা
তৌরি উতমশিরগুম      শংশ' শংশং ই'মিংতা। ৬।

বাসন্তী—কিন (কনা মখন্দ) "মমিংদমক ত'য়ররা" হায়রসিদি করিমমো? (ফ'ওনা আর্য্যে! সাত দেবীগী থুদোংথীবা করি থোক্লবগে?

আত্রেয়ী—থুদে'ংগীবদ নত্তে, কজদবা রা'থোক অমস্তুনি।

বাসন্তী—করম্বা জাংমো ?

আত্রেয়ী—(মাকোংদা আস অসি)

বাসন্তী—মাতলে, মাতলে, তমথিব লোংদমগী চৈখাম। (অসি হায়রম্নগা রাপ্তখি)

আত্রেয়ী—ইবেম্ম! জ্ঞান তাবয়ু।

বাসন্তী—(তেহাক লৈরগা) হা ইত মুংশাব! লাইবক করি! মহাক্তী

পূন্সিগী অয়োইবা খোঙকুমদা অসুম ওইখ্রবনিকো ! রামচন্দ্র ! রামচন্দ্র ! মচোন্দা শাউদুনা কানদে । আর্য্যে ! আত্রেয়ি ! লক্ষ্মণনা মতৌমা সীতাবু থাদোক্লম্লগা হনখ্রবা মতুংদা সীতাগী কিবম করি ওইখি, মদুগী ইপাউ খঙাববর ?

আত্রেয়ী—খঙজদে, খঙজদে ।

বাসন্তী—ওয়োকপনি ! অবাবনি । রানীকৌশল্যানচিংবী অহল লম্মল লৈরিবৈদা অমসুং আর্য্য অরুন্ধতী অমদি বশিষ্ঠনা ঙাক-শেল্লিবা ইমুংদবু অসিগুম্ব খোদোক করন হায়না খোকখ্রবনো ?

আত্রেয়ী—মতম অদুদা গুরুজন পুম্নমক ঋষ্যশৃঙ্গগী যজ্ঞদ চংখি । চহী তরানিথোই চুপ্প তৌব যজ্ঞ অদু হৌজিক লোইরে ! ঋষ্যশৃঙ্গনা মবুক পেল্লদুনা গুরুজন পুম্নমক বিদায় তৌখ্রে । অদুগী তুংদা ভগবতী অরুন্ধতীনা ত্তাকাপখি—"ঐ মাত লৈত্রবা অয়ো থাদা চংলরোই" রামগী মমাচবেম্মাশি'মসু য অদু অচুম্বনি হায়না রাবিখি । মপোয়গী পুক্নীং উদ্দুনা ভগবান্ বশিষ্ঠদেবনা "ঐখোয় বাল্মীকিগী তপোবনদ লৈরুর'স" হায়না চুংখ্রবা ফজখ্রবা য়াহৈ অসিত্তাকপিখি ।

বাসন্তী—মিংথৌ অদু হৌজিক করি তৌরিংগে ?

আত্রেয়ী—মিংথৌ অদুনা অশ্বমেধ যজ্ঞ তৌরি ।

বাসন্তী—হায় ! হায় ! অমুকসু লুহোঙখ্রবা !

আত্রেয়ী পাপকী রা অদু হৌদোকপিরগনু

বাসন্তী—অদু ওটরবদি যজ্ঞ অদুদা সহধর্ম্মিণীদি কনানো ?

আত্রেয়ী—সীতাগী সনাগী মূর্ত্তিম ।

বাসন্তী—অত্তকপনি অহৈপা !

বজ্রদগী হেন্না কনবা নৈরাংদগী থোংপা হেন্না
মীকোক থোংবগী পুক্নীংবু কনানা খঙবা ঙমগনি ॥৭।

আত্রেয়ী— মহর্ষিবাল্মীকিনা মন্ত্রপাঠ তৌদুনা সংস্কার তৌখ্রবা হাংকনব শগোলস্থ থাদোকখ্রে।

শাস্ত্রগী হায়েল মতুং ইন্না মহাক ঙাকদব' মীস্থু লেপখ্রে ; লক্ষ্মণগী মচানিপা চন্দ্রকেতুবু শগোল ঙাকপশিংগী সেনাপতি হাপ্তুনা কপোইবা থুংলাইগী মথৈ পীদুনা *চতুরঙ্গ সৈন্যবু তুংদা ইনহন্নুনা থাখ্রে।

বাসন্তী—(সুংশিব অঙকপ অমস্থুং প ভাবগা লোয়নমা)) কুমার লক্ষ্মণনস্থু মচা কন্থ্রবা ॥ হায়মাইপেন্মা !

আত্রেয়ী—মতম আসদ ব্রাহ্মণ অমনা রাজদ্বার ( সমথোঙ ) দা মাগী অশিবা মচানিপ অদু থম্লগা মথবাক্তা থুত্নগা শুদুনা "অব্রহ্ম ণ্যম্" হায়না কন্না লাউরম্রে। মদু ভারগ "নিংথৌগী মরাল নৈতবা প্রজাগী মপুংদা মতম চাদনা শিবা হৌবদে" হায়না সুংশিহৈব রামভদ্রন মশাগী মরালনি হায়না খল্লিরৈদা আকাশবাণী লাউরকই—হে রাম !

শম্বুক কৌবা শূদ্রনা পৃথিবীসিদা তপ তৌরি।
মকোক ককদবা মাবু হাৎলু, হিংহল্লু ব্রাহ্মণবু ॥৮॥

মদু হেক ভাবমকা নিংথৌ রামনা থাঙ পায়দুনা পুষ্পকবিমান

---

*চতুরঙ্গ :সন্য=শগোল, শ দু, রথ, খোঙমী হায়বা তেন্দোন মরি অসিবু চতুরঙ্গ সৈন্য কৌই।

তোংহুনা শূদ্রতপস্বী অমুবু থিনবা হায়রুনা. মায়কৈ পূবনক থুংনা লেঙথি।

বাসন্তী—শম্বূক কৌবঃ শূদ্রনা যজ্ঞগী থূম (মৈথু) দং থক্‌‌না কনম্বাব অসিদা তপস্যা তৌরি। অমুনদি অনুকম্‌ বামতন্দ্রনা মন্ন নসিদা খোঙলেঙবিরকত্রা ?

আত্রেয়ী—ইবেম্মা ! লেঙলসি।

বাসন্তী—করে। মুংশা অসি হক্না কনখ্রে।

উচেক মহুম শাবিবা — উপাল কয়া মপান্দা
লৈরি গোদাবরীগী, — মুংশাগৈশা লাংলবা
লমথুমু য়েনগী মপৈনা — খোংলি মথোয়'বথক্কা,
উচেক কাংবু থরনা — মচাময়দি হন্নগা
ঙগী উকুমুংদগী — ভীম কাহুনা চিংয়োক্লি,
মায়কৈ অমবোমদনা — শামূগী হাকচরবা—
চায়রুং অমু তকপদা — মোয়বা উপাল্লইক্তে
মুংশাবা লৈথোক লোয়বা — লৈয়াংশিংনা কেলক্লি.
অনিশুবা লৈয়াংনা — গোদাবরী নদীবু
উপালশিংনা ইরাৎপা— — মতামাল্লি য়েংলহা ॥১॥

( মকুংদা অনিমক চৎখি )

বিকম্বক

(মকুংদা খোঙালগা লোয়বনা থাঙ হাইগত্ত্বা রামচন্দ্র চংলকই)

রাম— হে থুং য়েৎথংব ও ! মচুবা শিথুবা ব্রাহ্মণ— মচা হিংবনবগী তপ তৌবিব শূদ্রদা

থাওনা য়ান্নু মহাক্তি ঐহাক মক্তী ইশাদি—
অক্লবনা গর্ভগী য়াজবী সীতাবু
থনদা থাবা ওয়্রিবা— মতোন্দ দয়া লৈত্রা ? ॥১০॥

(য়াম্না য়ানা য়াল্লগা) য়ামগী মতিক চাবা থবক্তি তৌয়ে, অছুবু ব্রাহ্মণ মচা অহু হিংলমগত্রা ?

দিব্যপুরুষ অমা ( চণ্ডলরূপা ) মহারাজগী জয়।

যমগী অকিবা কোকপিবা— মগমা ইথবায় লৌবিয়ে
অতাং অসিমু হিংজয়ে ঐমু চাওথংপা ফংজয়ে।
শম্বূক অসিনা মথোঙদা থুরুমজয়ি মকোক যোয়া
সৎসঙ্গগী ওইরকপা শিবমক্লমু লালহয়ি ॥১১॥

য়াম—অসিমক ঐগী অপাম্বনি ; অকনবা তপস্যাগী মহৈ মশানা ফংজৌ।

মকম অত্থুদা নুংঙাইবা— ভোগখিবিক্লা লৈরিবা।
বৈরাজ কৌবা অয়ংবা— লোকশিং অছুদা লৈরুবো ॥১২॥

শম্বূক—মহাক্কী চরণগী কৃপানা ঐনা ব্রহ্মলোক ফংজগৌরিবনি, তপস্যানা মতে। অছুগা তপস্যানা পাংব মতৌংদি—

মথমায়পানবাথিবিক্কী মপু চাকপিবা অথোইবা
থুইনা থিনিঙ্ঙাই ওইরিবা মহাক্লা ঐবু থিবদা
যোজন চামগী লম্বীবু লাম্চুনা য়ৌরক্লে'সিদা
মসি ঐগী তপস্যাগী মপান্দনা ফংজরবনি
মক্রবনি করম তৌনা অযো'ধ্যাদগী মহাক্লা
ওইবোক্কবনি লেঙলকপা দণ্ডকারণ্য অসিদা ।১৩।

রাম—অসিরা দণ্ডকারণ্য অদো ? (মায়কৈ থুদিং য়েংলগা)

দণ্ডকারণ্য লমদমগী    ঐনা উরিবশরাকশিং
মায়কৈ অমগী মকন্না    তথোং তমেঙবা অমুবা,
অময়োমদনা অকিবা    কংনা পাকথি শমথিবনা
শ্যাও শ্যাও লাউরিবা মেজেবা    চৌঙ্গীতুমেলখিবিকী
জম্ জম্ লাউব মথোন্না    মায়কৈ খিবিক নিন্নিনা
করিগুম্বা মকমদদি    মুনিনা শীজিন্নথিবা
ঐশিংআশ্রম চৈং তুমেল    লৈথুমন্থ থুদোংথীরবা
লম্বীগা শন্নব চাক্লি    ঐনা হান্না থক্তিখবনি ॥১৪॥

শম্বূক – মসি দণ্ডকারণ্য অদুমক্নি । মহারাজনা
তমথিরবা রাক্ষস    লিশিংতরা মরিথক
খর-দূষণ-ত্রিশিরা    হাৎখিবনি অসিদা ॥১৫॥
অদুনা মরম ওইদুনা সিদ্ধক্ষেত্র ওইবা জনস্থান অসিদা ঐথোয়গুবা কিগনবা দেশবাসীশিংনা অকি অথং নৈতনা চৎথোক চৎশিন তৌজরি ।

রাম—মসি দণ্ডকারণ্যদা মত্তে, জনস্থানন্থনি ।

শম্বূক—অচুমনি, পূম্নমকী চুজুংনিওাই ওইবা জনস্থান য়োমা। নৌমিবা অশংবা বনগী পরেংনা খা পাংনা ইমগ্রে ; মসিগী মমুক্তা নৌবা চৌংগী গুহা পূম্নমক অতাওবা অমদি শাউপনবা কৈমচিংবা শান্না থন্নি । মরমদি

মসিগী মায়কৈ'মদা    নৌবা মকমথিবিক'সে
ইচৌক হুমবা লেতনবা    চাক্লি, মায়কৈ অমমা
জীবশিংগী অকিবা    মথোল কয়াম্থ থোক্লি,

তুম্বিংহুমা তুমংথ্রবা লিঙ্গাউশিংগী হোন্দোকপা
স্বরগী মৈ থোক্লি কোমশিংগী মপুংদদি
থজিক থজিক ঊশিংনৈ শ্রীকৃষ্ণকলাস জীবনা
ইথৌ লাংবা মমল্লা থক্লি লাইবেন'হমাংদু ।।১৬।।
মমাঠৈজা থরমা লেত্তরমদি নৈরন্দ্ৰা—
জগন্নাথ'তু ঐহাক্লা উরি থাম্বা মমাঠৈ—
থৌদোকশিংদো থোকখিবা থক থক পাক্লি থম্মোইদা ।।১৭।।
( মায়কৈ থুদিং য়েংলগা ) মরম থুদিংদা সীতামা পামজরবা মহাকমশিং অহু উরিবসিনি । মসিদগী হেনবা কিনিডায় অমা করি লৈগদ্রগে ?
(পিরাং শিন্নমা)
লৈহী মমল্লা চুরবা— মমদা মহাক্কা লৈগনি ।
মসিদা মামা সুঙ্গাইথি মাগী প্রেমতুদি মাগুম্মি ।।১৮।।
সুংখিনবা মীশক্লা করি মত্তা তৌদমা ।
উনচাংনবতমা অবাবনু কোকহল্লি
মামা মীগী অচামবা ওইক্লরিবা মীশক্কো
মাগী মাগী ওটবদি পোৎশক মমল মাইদবা ।।১৯।।
লবুক—য়েংবদা পূক্লীং বাগদবসি য়েংহুমা কায়দে, ময়াইকাবরা—
থোম্বাংশুদমা থোংলিবা বাহোংগী মথৌয়ীমা থোৎপপগুম থোৎলবা চিদাইমা পূমকোয় কোয়শিনবা অমন্তুং কুংলবা যুরবা ছায়া মপুং কাবরা উয়াল্লা মীংখিজরব', মথল মথলগী জীবশিংনা অকি অথং নৈতমা চৎলিবা পূক্লীং হুমবা ময়াইথংবা মমশিং অনিস্তুম মীৎয়েংতাবিয়্য

---

শ্রীকৃষ্ণকলাস—মতম কুইমা চাদমা হিংবা তম্বা, শক্লোন পুবা চুম, সুখিংহুংবীম্ম

বন অসিগী মনুঙদা চেল্লি তুরেল কয়ানা,
ময়ায়কাবা উচেকী— মপৈমদি তোংলিবা—
লীগী মপাল কেনবদা— তুরেলশিংগী ঈংলবা
লৈজরবা ঈশিংদা পকত্রে মনম মুংশিবা,
মহৈশিংদা মুনবদা— মুশিন মুশিন মুরবা—
জানগী বনদা ঘাইবদা তুরেল চেল্লি থোংলাউনা ॥২০॥

অমসু—শুহানুংগী শবোন পাখঙ শিংগী "খুৎ" হাইবা মখোন্দো
খোঙেন খোঙ্গাংনা কয়ামুক-- হেন্না হৌনাও রি থাইনা।
শম্বকী কৌবী উরীগী— য়ালোই শামুনা শেথবা—
মপা কাঙ্গোংদৈ শিঙ্গবা'— খোঙ্গাংগী ঈঙলবা'মদি
মীওইবৈ মাত্তোন'পেলহনবা শাবা মনম্না কেন্থোইরি। ২১।

রাম—(পিরোইনবু পিথাগ্না) মহাশয়! লম্বৈলমথাঙদা অপনবা
লৈত্রসনু, অশেঙব মকমদা চৎনমবা দেববিমান কংজরো।

শম্বূক—থাগৎনৈবেগী বেদগী ওবা ওইরকপা অগস্ত্যমুনিবু পুক্নজরগা
লেঙদবা ব্রহ্মলোকতা চৎচরগে। (অসি হায়রগা চৎখি)

রাম—মমাইগী বন অসু উরে হসি অমুকসু,
মতম কুইনা মতুদা লৈরছুনা ঐখোয়না
মখৌ তৌবা গৃহস্থ বানপ্রস্থ ওইছুনা
তাইবংপানগী অয়াবা মুত্তাই মহাউ তংলম্মি ॥২২॥

অমসু—বাংহোং খোংবা চাংশিংদো মাঙো উমিবসিথি,
মরাউ কাবা শজিনা তিনবা বন'ছু মসিথি,
পুক্নাংথুবা অশোক। শাবী উরী থিবিনা

কূংবা মুসিল মুমবা    লীপাম্বীমা তিল্লবা
মপালশিংদো ভুমেলগী    মাতদা উরিব'সিদি ॥২৩॥
লাপ্না উবদা মাবু    মোং'বৈগুম্না উরিবা।
প্রস্রবণ চীংচুদি    গোদাবরী চেল্লি ॥২৪॥
চীংদোল'চোবদা মসিগী    জটায়ু পক্ষিরাজগী
লৈরম্মি মকোল, মহাক্কী    মখাদা লৈব উমাগী
থাংপোক শত্তদা ঐখোয়পুম্বা    খোয়জত্তদা লৈমিন্নরম্বা,
অকুৎপা মকম'ভুদদা    মহৈনা লুমথরক্তু না
গোদাবরী ঈশিংকাওবা    লুকথরকপা মুশিনমুবা
উপামখিবিক্কী কজবা    মীংথিনা মকা লান্নম্বা,
মকম'ভুদা উচেকশিংনা    খোংজ্রনা লৈকম ওইরিবা
অতুনা মরম ওইতুনা    বননা লাউবগুম থল্লিবা॥২৫॥

ওঃ ! মতুদা মতম কুইনা লৈরকপনা শকথত্ত মায়থত্তনরবা, কেন্দোকপা মথল মথা অয়াম্বা খোদোক কয়াগী সাক্ষী ওইবা মকমশিং লৈরিবা, অমসুং চায়থোইবী সীতাগী চায়বী মতা বাসন্তী কৌবী বনদেবতানা লৈরিবা অতুঙৈগী পঞ্চবটী অদু মকম অসিনত্তদনি। তসি য়াম্না খোঙ্গরিবসিবু করিনো ?

হৌজিক—

কুইনা পূন্নৌং লাওহনবা    তুগী মহৌ অকনবা
পাকথোক শন্দোকপগুম্নে,    তাগী তাত্তেক অমথক
চেংনা রৈশিনখিবগুম    তৌম্নি থন্মোয় লকাদা,
থন্মোয় মরাম্ন মত্তুদা    মন্নপামবা—অপোম্বা—

তোৌরে পোথারখিবগুম, অবাবগী মপৈনা
পুন্নাং চনীং তাহন্দে ঐবু মূৰ্চ্ছা কংহল্লি ।।২৬।।

অতুমকপূ-- থারনগী মরূপ শত্রুবা মকমশিং'সি য়েংখিগে। (য়েংলগা)
ওম্থোকপনি ! মকমগী ফিবম (মবোঙ হোংলয়ে। মতুদি—
ভুমেল ঈচেল চেন্নবা মকমতু মপান ওইরয়ে,
পামেনগী অকুং অরলগী মবোঙস্ত ইতৈ তৈরয়ে,
কুইরবা ভুংদা উরিবা—বন"সে অতোয়া অমনি
হায়নতুম খল্লি ঐহাক্না, চীংজাওশিংসি লৈবতমা
থারমতৈগী বন'তুমক্তি হায়না খনবত্ত মতায়রে ।।২৭।।

অবাবনি !—হন্দোক্কু না চৎলবমক্তস্ত পঞ্চবটীগী প্রেমদা ঐবু চিং-
শিনবগুম তৌরি।
ঐনা মকম অতুদা সীতাগদি লোয়নবা
মুনদা লৈ'গুম লৈতুনা মতম কয়া লেপ্লম্মি,
মাগী বাম্নী অশ'ঙবা মতম থুদিংদা শাতুনা
অযোধ্যাদা লৈরম্মি । ঙসি পপিচেরবা রামনা
চায়থোইবী সীতাবু হন্দো'ক্লগা ইথন্দা
পঞ্চবটী অতুবু কয়ম হায়না য়েংশিগে,
ঈকায় থুপ্লরমদনা মাবু কয়ম হনসিগে ।।২৮।।

শম্বূক—(চঙলক্লগ) মহারাজগী জয় ! মহারাজ ! ভগবান্ অগস্ত্যনা,
ঐগী চান্দগী মকম অসিদা মহারাজ লেংবিয়কপগী পাউ

অসি তাবিরদুনা মহারাজনা বাহৈ থর তাকপীরক্রি—মুংশি-জররবী লোপামুদ্রানা, বিমানদগী কুমথরকপা মতমদা ওরুথরা মঙলগী পোৎলম থরা লাত্তুনা মহাকপু ঙাইহুনা লৈরি, অমসুং মহর্ষিশিংমসু ঙাইদুনা লৈরি। মরম অসিনা লাক্লগা ঐখোয়গী ঈকমদ' ঈকায়খুম্নবা উৎলো', মতুঙদা অয়াঙবা পুষ্পক তোঙদুনা মৈবাক্তা হল্লগা অশ্বমেধযজ্ঞগীদমক শেম শাক্র।

রাম—ভগবান্ অগস্ত্যনা তাকপীরকপদুমক তৌজগে ?

শম্বূক—অদুওইরবদি অসোমদা পুষ্পক থৌবিরসি।

রাম—মতৌক চেনবি পঞ্চবটী! গুরুজনগী য়াথংমমি রামনা লীচৎ কাল্লবা, ঙাকপীয়ু।

শম্বূক—মহারাজ মীৎয়েং তাবিয়ু

উরিব'সি ঈযাঙদা ক্রৌঞ্চাবত শিরিবি,
মাগী কুঞ্জগৃহদা ঘুৎ ঘুৎ লাউনা মকুনা
থোংলিবা মথোনহুনা তিনবা বাগী বাপৈগী
মথোল' কৌবতাবদা কাকশিংনা কিহুনা
লৈরি ভূমিন ভূ'মম্না, কোয়পাই কোয়পাই পাইরিবা—
বাহোং-মথোন কংবদা পূককত্তবা লিমশিংমু
চন্দন পাম্বী অরিবৈ কাবোং কারি কিহুনা ॥২৯।
উয়ে চৌংশাং পয়েং'সে থা মায়কৈদা লৈরিবা
লোক্নুংসিয়া মহাকী গোদাবরীতুরেলগী
ক্রেং ক্রেং লাউরি ঈশিংনা চৌং অসিগী চৌংথক'সে

মোহনা পুষ্পিতকথিবনা — কুমা উরে চাংলোন'সে,
মইহ মইহ থেংনবা— — মরক্তা পূল্লেং লেঙবা—
ঈথক'চৌবা কম্লাগী — ঈরাওথোম্না কিমব।
ঈরপ লেনকম থঙবা — ঈমাঙদি উরিবা
ভূবেন কম্না লেংলবা — পুন্দুনদি লৈরিবা ॥৩০॥

( মতুঙদা লোইবা থোকখি )

( পঙনটি প্রবেশ কৌবা অনিশুবা অঙ্ক লোইরে )

# অহুমশুবা অঙ্ক

(মতুংদা তমসা অমসুং মুরলা কৌবী ভূবেনগী *অধিষ্ঠাত্রী দেবতা অনি চঙলকপা)

তমসা—সখি ! মুরলে ! মতমা তকিং তকিংলিবনু করি তৌরবগে ?

মুরলা—ভগবতি ! তমসে ! ভূবেনলক্তগী অথোইবী গোদাবরীদা অম্নবগী মমক ভগবান্ অগস্ত্যগী পত্নী লোপামুদ্রাবা ঐঅসি থাবিরকপনি। থঙবিরকো লোয়নবী থাদোকখিবা মতুংদগী

থোইবা পুক্নী ঈংবন। — রামচন্দ্রগী'বাবা
†পুটপাক-মতৌঙুম — মপান্দদি থোকনা।
থম্মোয়নুংদা অকনবা- — চৈথেঙ পীরি তত্তবা ॥১॥

---

* অধিষ্ঠাত্রী দেবতা a guardian or presiding deity.

† উমানচিংবনা শাবা পাত্রগুবা অমদা হাম্পগা মনাহিদাক্লচিংবনু পাক্লপগুরা নবা।

চান্নবা মীশক কায়নবগী অতুগুম্বা শাংলবা অরাবতুনা মথঙ মথঙ হেল্লকপদা হৌজিক রামচন্দ্র থোইনা তিল্লং-রাজংলে ; মহাকপু উবদা ইথম্মোয় অসি ভনিক ভনিকপগুম ভোই। পঞ্চবটীবনদা লোয়নবীগা লোয়নমনা লৈবা মতমদা চিংবদনা পাউথোকখিবা থৌদোক কয়াগী সাক্ষী ওইবা লমদমশিং অতু রামচন্দ্রনা শোয়দনা রেংবিরগনি। কমমক তপ্লবনু ঈগুলবনু মকমশিং অতুদদি রামচন্দ্রগী কিবম অসিদা চাংহেন্নবা অরাবগী অকনবা চৈথেঙনা থোক্কম থুদিং থোইনা থুদোংথীনিঙাই লৈ। অতুনা ভগবতি ! গোদাবরি ! মকম অতুদদি চেকশিনবীগনি।

ঈরীক কুপাত্রক কুপ্পবু      হুম্নু ভুনা ঈংলবা
থম্বাল লৈরিক বমম্বু      চেন্নতুনা চৎলিবা
ঈথক কাইদ সুংশিৎনা      লৌশিং মাগী মাঙলকপা
মতম মতম অতুদা      লৌশিং পীমবিবুকো ॥২॥

তমসা—সুংশিবিবগীদমক কান্নবা মতেং পীবিসনু রাই, ভোইগুবনুং হসি রামচন্দ্রনা লৌশিংতাবা লৈনমবগী মক্ক ওইবা উপায়দি য়াম্না নক্কা লৈরবনি !

মুরলা—করম তৌনা ?

তমসা—তাও, মমাংঙদা লক্ষ্মণনা সীত দেবীবু বাল্মীকিগী তপোবনগী মনাক্তা হল্লোক্লগা চৎখ্রবদ *প্রসববেদনা কংবী সীতাদেবীনা থাঙবা ওমজক্ষ্রতুনা গঙ্গাদা চোংথবা মতম অতুমক্তদা মকম অতুদা মচানিপা অনী পোকই ; মতম অতুদা ভগবতী পৃথিবী অমসুং গঙ্গানা অতাং অনিত্তগা লোয়নমনা সীতাবু লৌরগা

*প্রসববেদনা—অঙাং উন্নমদাই মতমদ, মমানা কংবা অরাবা।

পাতালদা পুথি। খো'য়াং অমৃত থাইরবা মতুংদা অহাং অথি অছু গঙ্গাদেবী মশামক্তা মহর্ষি বাল্মীকী মফমদা শিরথি।

মুরলা—(অশুকপগা (লোয়নবা)

অসিগুবা মীশকশিংগী অবা অমংসু'শুকপনি।
ভাগ্গাসিদসু মকংই মতেং পীবিনবসু ।।৩।।

তমসা—"হৌজিক শম্বুকগী থৌদোক অসিনা জম্মস্থ'নদা রামচন্দ্র লেংথিরকপা য়াই নীংজে" হায়রবসি সরয়ুগী মচান্দগী তারগা ভগবতী গঙ্গাদেবীনা, রামভদ্রগী মরীদা মুংশিববদগী ভগবতী লোপামুদ্রানা চিংনবিথিবতুমক চিংনবিতুনা সীতাগা লোয়নবা চৎনবী নীচৎ শাতুনা গোদাবরীবু য়েংব থিবা লেপ্পলক্লে।

মুরলা—ভগবতী গঙ্গাদেবীনা থনবিথিবা রাথল য়াম্না ফজবনি, মরমদি রামচন্দ্রনা কোম্মুংদা লৈরিবৈ. মতমদদি লৈপাক্কী য়াইফ থৌরাংদ পুক্নীং চঙতুনা লৈবনিনা অরাবা কাথতুনা' লৈবা ওনি। হিংথৌ মথৌ তৌদবা মতমদা অরাবদগা লোয়ননা মহাক্না পঞ্চবটীদা চঙলকপদি থোইনা রামনবগী মরম্নি। অদুবু সীতা দেবীনা রামভদ্রগী পূক্নীং কয়ম্না ফাগনি?

তমসা—ভগবতী গঙ্গাদেবীনা তাকপিথিবমক্তি—যজ্ঞভূমিদগী পোকথিবী সীতে। হসি ф আয়ুষ্মান্ ওইবা কুশলবগী পোকপদগী তরাশিথোইগুবা চহীগী মনীং থঙনবা ওইনা মঙ্গলগ্রন্থিন্দুন

ф আয়ুষ্মান্=অহল ওইবাশিংনা মতীকমশুণ চেয়া পোকপা মহাদা শীজিন্নব নাটককী বাহৈ। (generally used in drammas by elderly persons in addressing a nobly born person)

তৌরি ; অদুবা মতাক্তা মথুংমক হেকচবা নৈরাংবা নৈবদ্ধ-মনুগীসন্তান ওইবা রামচন্দ্রগী বংশবু পোকপীবা পাপকোকপিবা তথা নকুবোক অহানবা সূর্য্যদেববু পূজা তৌজৌ : তৌইত্তবদুং নৈথক্তা নৈরবস্থ ঐগী ইভৌক্তা মহাকপু মীদি হায়ক্লপদু ; উমং লাইরেম্বীশিংমক্লস্থ উবা কংলোইদবদি। ঐতোন্দদু তাকপীথি—“তমসে ! ইচা ইকেম্মা সীতাসে মতু রাজা মুংশিজবীদি, অদুবা মতো মাবু শেমগৎবদি।” হৌজিক মাদা তাকপীবা মতুং ইন্না ঐবা তৌরি।

মুরলা—ঐস্থ পাউ থসি ভগবতী লোপামুদ্রাদা হজৎলুখিসে, রামচন্দ্রস্থ লেললেক্লবা য়ানে থল্লি।

তমসা—সীতা দেবী অদু গোদাবরীগী ঈরেলদগী থোক্লক্লগা

ভাইকেৎ ভাইবা চপ্লবা    চারক্লংবদি মীংথিবা
শমজি ইকাকাবরা    মারখোংবুদি পুতুবা
অরাবগী শক্তমশুম    রাবগী কারন নৈচাক্লা
মশকমাইনা লাকশুম    লাক্তি পক্কবটাদা ॥৪॥

মুরলা—মসিদি সীতা দেবীদো !

খম্মোয় নৈরাং কংহুমবা    কুইরক্লবা ভমথিবা—
অরাবমা কেতকী    পুম্পগীদি মপুঙ্গী
মকহমবশুম নৈনাবু    লাংবম থাগী দুম্পোবা
মথোক্তগী চোয়রবা    পূরীম্পুবা উমাশুম
ভাইকেৎ ভাইনা কংলবা—    মশাগিদু যোৎহল্লি ॥৫॥

( মতুংদা থরিদক চৎথি )

## বিষ্কম্ভক

( নেপথ্যদা ) অৱাঘনি ! ( মথুংদা করি লৈ হেক্না অৱাবগা অমসুং
    লাউতরুবগা লোয়নদা তাদা তাদা সীতা চঙলকই ।)

সীতা—হায় ! অসিদি প্রিয়সখী বাসন্তীগী খোঞ্জেলনি ।

অমুক হন্না নেপথ্যদা )

মমাইঙো সীতাদা    মথুংদা হেকপা জানকী
উমী'ছুগী মমাদা    য়োকথি শামু মচা'দা ।

সীতা—মাগী করি—?

( অমুকন্থ নেপথ্যদ )

মাগী মুপী অছুগা    লোয়নছুনা ঈশিংদা
শারুছুনা লৈরিবৈ    মতম'মুদা করবা
মরায় কাবা শামু'না    মাবু ভোরে আক্রমন ।।৬।।

সীতা—( কিংনা থোক্কেন থম্না থাংলগা ) আর্য্যপুত্র ! ইচা অছুবুদি
    কনবিয়ু কনবিয়ু । ( মাথন তৌরগা ) ওয়োকপনি ! পঞ্চবটী-
    দর্শন তৌরুবসিদা কুইনা হৈনথুব মপ্রেকশিংদা লাইবক থীবীগী
    তুংইনবক্নি । হা আর্য্যপুত্র ( হায়ছুনা বাঙথি )

তমসা—( চঙলরুগা ) ইবেম্মা ! লৌশিং তাউ, লৌশিং তাউ ।

( নেপথ্যদা ) বিমানরাজ ! মসিমক্তদা লৈয়ু ।

সীতা—লৌশিং তাবছুনা অকিনা, মীকপা অমছুং পুথোক্লগা (য়েংলগা)
    আঃ ! ঈশিংনা নমুক থরবা মোজী মোকপুলকুনা তীদেলবা
    শাংলবা মাইহৈ অসি কদায়দগীদো থোক্লক্‌লবা মথোলনা মাকোং
    থন্নবী লাইবক চাউবী ঐবু অহৌবনা চুপকাই-হনবিয়া?

তমসা—( মোমোম মোক্না অমসুং মপিতানা ) ইবেম্মা !

মমম লেপ্পতমদ্রিবা রাহৈ অসি তারগা
মোখোং তাবদা রাহোং অমোমগীদি মতৌগুম
তপক্লিব মহাক্না রাথল্লিবা করিগী ? । ৭॥

সীতা—ভগবতি ! "লেপ্পতমদ্রিবা" হায়না করিগী তাকপিবনো ? ঐদি খোঞ্জোক অসি তাবদা আর্য্যপুত্রমকোনি খল্লবনি ।

তমসা— ইক্ষ্বাকুবংশগী মহারাজ রামচন্দ্র, তপস্যাতৌবা শূদ্রকা মতৌক ওকপা চৈরাক পীগে হায়না জনস্থানদা লেঙবিরক্লে হায়ব তাযে ।

সীতা-- নিংথৌ মহাক্না নিংথৌগী মথৌ থাদবসি ঐখোয়গী লাইবক ফবমনি ।

(নেপথ্যদ') শা অমসুং উপালশিং মকম'ড়ুদা ঐহাকী
মরূপ মপাঙ ওইরম্মি, চামথোইবী সীতাগা
লোয়নড়ুনা ঐহাক্না মতম কুইনা লৈরম্মি,
লোক কয়া গুহাকয়া মকম অড়ুদা লৈখিবা
গোদাবরী তুরেলগী মপান্দা লৈবা চীঙী
মবাক মকপা লমদমদো উরিবশিং অসিনি ।।৮।।

সীতা—(উরগা) অবাবনি ! হকচাং অসি, অয়ুক্তা থোকপা থাজগুমা তাইকেৎতাইরবনি, কংলবনি অমসুং শোল্লবনি, অড়ুম ওইনমক চীং লেম্বা অমসুং ফজবা প্রভাবমক্তনা আর্য্যপুত্রনি হায়বা অড়ুম্মথহই । অড়ুনা ঐবু পায়মু । ( অসি হায়রগা বাল্লখি )

তমসা—( ফাড়ুনা ) ইবেম্মা ! জ্ঞান তাউ, জ্ঞান তাউ ।

( নেপথ্যদা ) পঞ্চবটীবু উবসিনা

মুংদা ভুমিম থুপ্লিবা কয়া চাকদোম্বিবা—
অয়াবা মৈগী মৈথু— মপৈগুম্বা অচেকপা
মাঙজোৎমমা লাকুমা কৃপশিল্পয়ে ঐহোন্দঃ ॥৯॥

হা প্রিয়ে জানকি !

তমসা (মথন্দা) থোক্লিবসিদি গুরুজন শিংসুক্লুম্ন চিংনফিগাই ওইরক্রে।

সীতা—( অ্যাবভারগা ) অয়াবনি ! কমিমমো থোক্লিবসিবো ?

( নেপথ্যদা ) হা দেবি দণ্ডকারণ্যদা লৈবংগী প্রিয়সখি ! বিদেহরাজ-
তময়ে ! ( অসি হায়রগা বাম্বখি )

সীতা—মাঙলে, মাঙলে, লাইবকথীবা ঐগীদমক মীৎম্না থম্বাল অশংবা
অমীমক উইশিন্দুনা বাম্বখে। লৈমংথক্কা লেঙদনা করিম্নু
ওমদনঃ তাহুনা লৈয়ে। ভগবতি ! তমসে ! কুমবিয়ু, কনাবিয়ু,
আর্য্যপুত্রবু হিংহনবিয়ু (অসি হায়হুনা তমসাগী মখোঙ অমীদা
তুখি।

তমসা—হিংহল্লু মচমা ঈবেম্মা ! লৈপাক্কী মপু রামবু।
মথুংতা মামা পাম্বনি মাল্লু মহাকপু মথুংমা ॥১০॥

সীতা—অমবু ওইয়ে অমবু ওইয়ে ওইসনু, ভগবতীমা তাকপীংচু-
মহায়। (অসি হায়হুনা তফিংনা চংখি)

(মতুঙদা সীতামা পি তামা তামা থুংনা মাল্লিবা লৈমায়দা
তাম্বিবা রাম, হয়াওবা অমসুং জ্ঞান লোয়রমহুনা লৈরম্বা)

সীতা—(থজিকেং মুগুচাইজবগা লোয়বমা মথন্দা) তাইবংপান মপু
রামগী থবায় অমুক লাক্লে খঙলে।

রাম—ওঃ ! কন্নবো'সিরে

*হরিচন্দনমরুকপী মনাগী মহীরা 'রবি
থাগী মঙালগী বুম্বমা শকম্না হীগা রৈবা ।
চাক্লবা থবায় পুক্লীংবু পেক্কহনবিবা ঐহাকী
‡ সঞ্জীবনৌষধিগী মসবু থীকপম্না থম্মোয়দা ॥১১॥
মনাইজো সীতাগা লৈমিন্নবা মতমদা
মুন্না মশক থথিবা, পুক্লীং পুম্না শুক্নংপা
পুমতেক তেকথংহল্লিবা মশা মপোকতুরি শোয়দবে ।
থাইব মৈশাদৈ পোকপা মূর্চ্ছাবুরি মাঙহন্নে
মুক্তোইহল্লে অদুবু পুক্লীং লৌশিং পীবিদে ॥১২॥

সীতা—(কিনা অমম্ভুং থীক্ল হন্দোক্লগা) মসি কাওবসিদনা ঐহোন্দবি হাকপু হাকমল্লে ।

রাম—(কল্লগা) চানবিন্নবী সীতানা ঐবু শোকপীথিজ্রিবন্না ?

সীতা—আর্য্যপুত্রনা ঐবু থিবিন্নকথিগত্রা ?

রাম—কয়ে, য়েংথিগে ।

সীতা—ভগবতি ! তমসে ! ঐদি হন্দোকচগে ঐবু কবিগুণা উবিজবদি রাথং রাওদনা ন্নামাক্তা চঙলকই হায়ডুনা মহারাজনা ঐবু শাউবিগনি ।

তমসা—ইবেম্মা ! গঙ্গাগী কৃপা মশুপনা নতদি বনদেবতাশিংমক্লন্ন উত্রবীনি ।

---

‡ সঞ্জীবনৌষধি=সী হিংহনবা ভষা, মহৈ মুবনদা মনা শিবা পাম্বা ।
*হরিচন্দন=স্বর্গদা হৌকা মচু য়াইওং মামবা উপাম্বী অমা ।

সীতা—উম্, মহুমদি নৈ, চুপ্নি ;

রাম—হা প্রিয়ে জানকি !

সীতা—(মাথগী মকালামদক খোঙ্ষোকা লোয়নম ) আর্য্যপুত্র ! খোদোক অসিগী মতীক চাদবা বাহৈনি। (মপি তাখা) বজ্রগুম্বা কল্লবী, মপোক কয়াবুক্তস্থু মাবু উৎমদনা উবয়োবা অবোম্বা খঙদবী, লাইবকথীবী ঐগী 'ইমিং পন্দুনা কোবি- খ্রিবী আর্য্যপুত্রগী মকমদা ঐনা কযম্র' মুংশিহৈতবী ওইশিগে। ঐনা মাগী থম্মোই খঙিঙ, মানস্থু ঐগী খঙবি।

রাম—(মায়কৈ থুদিং য়েংলগা) মকম অসিদা কমাস্থু নৈতে।

সীতা—ভগবতি ! তমসে ! মরম নৈতনা থাদোকপিরবস্থু মাগী মশক উজবদা ইপুক্লীংগী কিবম করি ওইগ্রে হায়বজু ঐ খঙ্গ্রে ঐ খঙ্গ্রে।

তমসা—ঐ খঙই, ইবেম্মা ! ঐ খঙই।

উরনি খল্লমদবনা উপায়বু খিনিঙ্ঙমদবা,
কজদবা লমচত্তু না শাউরম্বা মজা পুক্লীংদা
কুইরবা মতমগী মম্নুংদা খঙহৌদনা থেংনবদা
তোকম খঙদবগুম্ববা, মুংশি মীকো তাবদগী
পেল্লবা'বাবা উবদা খোইনা হেন্নদি বাঝবা
হৌজিক্লা প্রেমমক্তনা মহীচেনখিবগুম্নক্লে ॥১৩॥

রাম—দেবি ! প্রেমনা মহী চেল্লবা অংলবা মংগী স্পর্শ +
থোজালগুম্নি শক্লাইব হৌজিকমকস্থু ঐহাকপু
মুচ্ছা ইগল্লি কদাথদা নৈনিবগে মহাকপো ॥১৪॥

---

+ স্পর্শ—পোকপা।

সীতা—আর্য্য পুত্রগী মপান্নাইদবপ্রেমবু অমস্থং হরাও মুংস্তাই হেনহমবা অহৌবা ভেংখাখোল ঐহাক ভাজরে। মরম নৈভমা খাদোক-পীখিবমা ভাশোন্না লেংবগা মান্নববী ঐগী মপোকপু ঐবা, ভেংখাখোলবু খাজক্রুবদগী খাগংনিঙ্ডাইবি খন্নি।

রাম—সীতাদি কদায়দগী? মহাকী রাখল খলমনখিবদগী খোকখিবা রামগী ভ্রমনি।

নেপথ্যদা—ভ্রমনি, ভ্রমনি (মমাইঙদো সীতাবা মথুংবা হেকখিবা শব্দকী অসিনচিংবা শৈরেং থীরকই)

রাম—(অরাবগা অমস্থং উৎকণ্ঠাগা লোয়নবা) মাগী কনি?
(নেপথ্যদা অনুকস্থ—"মাগী মুপী অদুগা" অসিনচিংবা মথাগী শব্দক অদু থীরকই)

সীতা—হৌজিক কনাবু থাখিগদগে?

রাম—মাগী মুপীগা লোয়নবা শাম্নরিবা চান্নবীগী মচানিপাবু আক্রমণ ভৌরিবা কক্রবদু কদায়দনো? (মসি হায়রগা হৌগৎখি)

বাসন্তী—ভকিং ভকিং চঙলক্লগা) মহারাজ রামচন্দ্র!

সীতা—ঐগী চান্নজরবী সখী বাসন্তী!

বাসন্তী—মহারাজনা জয় ওইবিয়ি।

রাম—মুরা (মুরা য়েংলগা) সীতাদেবীগী চান্নজরবী সখী বাসন্তী!

বাসন্তী—মহারাজ! থীন্দবা লেঙবিয়সি, লেঙবিয়সি; অসিদগী জটায়ুগিরি শৃঙ্গগী খা মায়কৈদা নৈবা সীতাতীর্থদা লেঙথরুবা গোদাবরীদা লেঙশিনবিয়গা মহারাজনা সীতাদেবীগী মচানিপাবু কনবিয়ু।

সীতা—হঃ ইপা ইবুঙ্গো জটায়ু! নহাক নৈতবদা অদুম্বান অসি ইহাও হাওলে।

রাম—বাহৈশিং অসি তাবদা থম্মোয় কায়বা ঙাক্কনি।

বাসন্তী—সোমদা লেঙবিরসি মহারাজ।

সীতা—ভগবতি! বনদেবতামক্তু থাজৈমক শেংবা ঐবু উত্রবরা?

তমসা—ইবেম্মা! গঙ্গাদেবীগী শক্তিদি লাইপুম্নমক্কগী হেনবনি, কনিগী চিংনরি?

সীতা—অদুদি মখোয়গী মতুঙ ইন্নসি (অসি হায়দুনা অনিমক চৎলি)

রাম—(চৎলগা) ভগবতি! গোদাবরি! খুরুমজরি।

বাসন্তী—মুপীগা লোয়নব সীতাদেবীগী মচানিপাবা মমারবা অকনবা শানবু মায়থিবা পীরে, নুংঙাইবিরো মহারাজনা।

রাম—নত্তম নৈবা খিবিক্কা ইচানা জয় ওইসনু।

সীত—ইমাই পেম্মা! মসিনা অন্নম ওইগ্রবা!

রাম—মন্নাইবক কবনরি।

থম্মৌ মত্তোমগুম্নবা— রাগী রাত্তোম অনিনা
খিন্দোক্রকপা মতমদা শানু মচা অসিনা
নাকোঙদি চিন্নিবা— লবলীগী মনাবু
চিংজুনদি লৌখিবা, মংগী মচা অসিনা
মচুম তাবা শানুশিং ওয়ে, পাখঙ কারকপা—
মত্তমজুদা কংনব— রাইকবদু কংজবে।।১৫।।

সীতা—ইচা অসি মতম কুইনা পুংলদুনা মীংথিজবী লোয়নবীগা কুইনা কায়নদবা ওইসনু।

রাম—সখি ! বাসন্তি ! য়েংবিয়ু, শায়ুমচা অসি, মাগী লোয়নবীগী মপুক মেত্তকম্নবগী লৌশিংস্থ হৈয়ে।

শায়ু অমৈম্বা থম্মৌ— কয়া কুক্লগা মাগী
মচীম মস্নুংদদি হাপখি শায়ু লাবনা'সোমদা
অশাংপা থম্বালনা মনম্ নুংশিবা ঈশিং'চীনগী
অমোমগী চীন্দা নৈবা থম্বোগীদি মথক্তা
মপুং কামা চাইথরি— অহুদগী মশাদা
অচুম্বা মত্ত য়াওবা— থম্না থাম্লি মথক্তা ।।১৩।।

সীতা—ভগবতি ! তমসে ! অসিদি অসুম ওইখ্রে, থক্দে, কুশ অমসুং লবদি মতম অসিদা করম ওইরিবনো।

তমসা—অসিনা ওইরিবা কীবম অসিমক মথোয় অমীস্থ ওইখ্রে।

সীতা— ঐহাক অসুকী মতীক নাইবক থীবীবি—ইপুরোইবসতা কায়নবা মত্তম ইচাগস্থ কায়নবীনি।

তমসা—নাইবক হায়বদি অসিনি।

সীতা—ঐনা ইচ' পোকই হায়দুনবু করি তৌমগথবো ? ঐগী ইচানিপা অনিগী পঙকুংতদিকুন্দেবা তৌয়োকতোবা থোংলবা মাগী মতালনা নংলবা মখজাইনা তিল্লবা, পূক্নীং হুবা নয়েক শেংলবা মাকৈ অমসুং মীনোক মীংথিজবনা তিল্লবা, কেয়ে কেয়ে লাউবা শম্না মজনবা মায়থোং থম্বাল অম্রিবু আর্য্যপুত্রনা চুম্নিখিবে।

তমসা—নাইগী থৌজাম্নগী চুম্না ওইবসনু।

সীতা—ভগবতি ! তমসে ! মচা থাম্বু মিংশিংলুবদা থোয়াং হৌহুনা

শিহুমবী ঐহাক্না, অমিগী পঙ্থোকনা মাক্তা নৈবিবসীনা মতম থম্নীদমক মুমপানবী ওইজমবনি ।

তমন — মসিগী মমমদ' কমি হারগনি, মচা হায়বনি থমথেংনা মুংশিকক্নি অমক্তং মপা মমা ( পল্লেম পম্বৌ ) অমিবু ভাইমহমবা পোৎশক্নি।

মতৌ মমাও অমিগী — থম্মোই হায়ব পোৎশকী
প্রেমগী মমী'ভুমগী— মচাহায়বা অথোইবা
কিশি অমথক কিম্নি — বিধাতা কৌবা লাইমা ।।১৭।।

বাসন্তী—মহারাজ, অসোমমন্ত মিৎয়েং তাবিসি ।

মশাদগী পোক্লকপা — কুইমম্নিবা কজবা
মথৈবুদি লেঙলিবা — মতাম পূবা মমিগী
লুহুপকুম্না উম্নিবা, — মাগীতাম্লোম লোয়মবা
মমাক্লৈঙ্গীদি বাহোঙ — লাবসিমা থোইদোক্না—
হমাও জগোয় শামগা— — মকুংদদি থোঙলক্লি ।।১৮।

সীতা—(হমাওনা পি তানা) মচুমি, মচুমি ।

রাম—ইবুঙো ! হমাওজৌ, ঐথোয় পূমমক নৈমে ।

সীতা—হমাওজসনু ।

রাম—মীংথিবী জনক'মমোম্না — অমৌবা উমা থক্কবা
সুমাক্না তাম্বা থাম্বনা — মহাকপু জগোয় শাহনবি
কোক্তম্বক কোয়মদি মহাক্না — চৎলকপগী মতমমুদা
মাশী মিৎমহা অমিমা — চৎলম্নি নৈম ইমমদি,
মক্লবা পীশুব জগোয়মা — মামা মমিৎপু নৈমম্লিপ,

পুংশিহৈরবা পূক্সীংবা মতম অত্থগী নহাকপু
ইচা ওইনা থনথিবত্থ হৌজিকস্থ ঐনা নীংশিংলি ॥১৯॥

ওহোকপনি ! শ। উচেক কাওবা থত্তম চান্নথিবগী মওং অত্থ ইহোং হোংদবনি।

মপাল থরদি শাৎলবা কদম্বপাম্বী অমথক
চান্নথোইরবী সীতানা য়োক্ত্না চাউহনবিখিবা।

সীতা—(মুন্না য়েংলগা মপি তানা) আর্য্যপুত্রনা কজনা (চপচানা) নীং-শিংবিরে)

রাম—সীতাগী অত্থগুগ্রবা চৌংগী বাহোঙলাবসিনা
ঐগী ঐগীনি থন্দুনা মাসিদা তোংত্থনা সুত্তাইবি ॥২০॥

বাসন্তী—মহারাজনা মকম অসিদা লেঙশিনবিসি।
জানকীগা লোয়নবা— ইবুঙ্গো মংগী চেপ্নকম—
কদলীবনগী মরক্ত— লৈবা উরে সুঙপাক্ত
সীতাদেবীনা মসিদা লৈত্থনা মথোয়'মকমদা
শজীক থুবাম হুনবিখি অত্থনা মরম ওইত্থনা
শজিশিংদি অত্থম' মকম'সিবু থাদোক্তে ॥২১॥

রাম—মসি অনুক য়েংবা ঙমদ্রে। (অসি হায়ত্থনা কপ্না কপ্না অতোম্না মকম অমদা কমথি)

সীতা—সখি ! বাসন্তি ! মত্তনা আর্যপুত্রদা অমস্থং ঐতোন্দা মসি উহন্দুনা তোরিবসি করিনো ? অবাবনি ! আর্য্যপুত্র অত্থমক পঞ্চবটীবন অত্থমক, চিংনদনা পাঙথোকখিব' থোদোক কয়াগী সাক্ষী ওইবঃ গোদাবরা মপান্দা লৈবা বনভূমিশিংত্থ, ইচাশ্রুনা

শা উচেক অমম্বুং উপালবাপালশিংডুমক, অমম্বুং ঐহাক অদুমক পূম্নমক অসিমক উয়বস্থু লাইবক থীবি ঐহোন্দদি কম্বিস্থু ওইদ্রে।

বাসন্তী—সখি! সীতে! রামগী ফিবম অসি কম্বিগী উত্রিবনো?

মতম লৈবখিবিক্কা    মতখা য়েংদিং য়েংনিংবা
মতুং ইন্না মহাক্না—    য়েংবা য়াবা ওইদুনা
থন্মো'শংবশুম থোৎপা    মহকচাংদা অনৌব।
মীৎপু পেলহন্নব—    মাগী ইন্দ্রিয়'পুম্বা
লোইম। ইশোম শোমথম্বে তোন্দা তাহম্বে কুচুস্থ
মপান্দলস্থ শোনখম্বে    অদ্রমকপু মহান্নি
হায়না খত্তবদি ভম্মি    অনুমান-প্রমাণনা
অসি য়োম মক্তুস্থ    মপেলহান্ন মীৎপুদি। ২২॥

সীতা—য়েংলি' সখি! য়েংলি।

তমসা—ইবেম্ম! মবুঙেঙাবু মতম কুইনা য়েংজবা ফংজো।

সীতা—হা বিধাত'! ইবুঙ্ঙো অসিগা ঐগা কায়নগনি হায়ববু মতমক্তদস্থ কনামা থমখিবগে? অদুম' মপোক অম' ওন্নগা উজবশুম্না মতম থরদং মাবু উজম্বিদৈ অসিদা ইপিন ডাগুবা অমুক অনৌবা লাকত্রিদৈ মমক্তা আর্য্যপুত্রবু য়েংজগে। (অদি হায়মপা য়েংখি)

তমসা—(পি তানা মুংশিনা কোন্নগ) সীতে!

অবা মুত্তহাই অমীনা    মাগী পোককম ওইম্বিবা
মত্রী চাউবা পিন্নাংনা    মহোন্দগী তাম্বিবা
তোম্নোক তোবা কজবা    মংগী মমাৎ অসিনাঃ

উমিংবগী মরাইদা লাওদা শাংবা চংলিরো
প্রেমামৃতনু কেম্না চেন্থর্লক্লি'হুন্দ
পীকপা কুন্তুহুমদীগুম মবুত্তোবু চাইখবি ॥২৩॥

বাসন্তী—খোইহিশিন্থর্লব উপামশিংদা অর্ঘ্যনু
কংলসন্থু মহৈবা অমহকিন্থু মপান্না।
শাংকাম্লব থম্বালগী মমন্নদি হাবনা
বমগী মুংশিং শীংসন্থু, রতি লীলাগীদমক
খোয়ন্ন্যলেব উচেকশিং খোংসসন্থু ভংতনা
মহারাজ রামদা লেঙ্গীলক্লে বন'সিদা ॥২৪॥

রাম—সখি! বাসন্ত! নৈষু মকম অসিদা।

বাসন্তী—(কম্ন কম্না মপি তানা) মহারাজ! কুমার লক্ষ্মণ য়াইকরিকো?

রাম—(তাদবগী অভিনয় তৌবগা)
সীতাদা মথুং থম্বালদা শীনবিখিবা ঈশিংদা
বাইন্থু চম্নাদ' শক্রা য়োকপিরম্বা উপালশিংনু
উচেক'মস্থুং শক্তিশিংনু উক্লুমগা ইপূক্লাংগী
মুং কায়হমক' হমগদবা বক্ত্রুমচিংথে কোঙ্গব
হায়কম থজেবা বিকার মথল অমথক কাওমক্লি ॥২৫

বাসন্তী—মহারাজ! ঐমা হজংচরি—কুমার লক্ষ্মণ য়াইকরিরিকো?

রাম—(মথন্দা) ঐত্তোম্দম্বা প্রেম য়াওদব। "মহারাজ" হায়রু বাংকেদা কৌব', লক্ষ্মণগী মরীদম য়াইকব্বাহং, মতুদম্ভ প্রেমদা থুমহং-লব মরো'ম মক' লামদব' অসিমদি খল্লবে, বাসন্তী অসিদা

---

কুন্তুহুমদী=মতোম শমোবগী তুবেল।

-সীতাগী মরম শেংনা খঙলম্বা তারে। (কোংনা) উম।
কুমার লক্ষ্মণ য়াইকরি। (অসি হায়রগা কপখি)

বাসন্তী—মহারাজ! অসুপকী মতীক তমখিবিরিবা! করিগীনো অসুপকী মতীক তমখিবিরিবদে?

সীতা—সখি! বাসন্তি! মহারাজা অদুক কয়া খেংনা তাঙলিবনা করিগীনো? ঐগী আর্য্যপুত্রদি খ্বায় পুন্নমক্লা কজনা লোয়-নগদবনি, অদুগী মথক্তা ঐগী সখীনদি খোইদোক হেন্দোক্লা

বাসন্তী—

নঙনা ঐগী পুন্সিনি    নঙনা ঐগী খম্বোয়রনি
ঐগী মীত্তা থাবলনি    অমৃতনি ইশাদা
নুংশি মপাও'সিগুম্বা    কয়া কয়া হায়দুনা
পঙজরবী সীতাবু    পেলহনবিরগা খোইনা
করে তোক্লসি, বুঙেতা!    মথা তাব কায়দে ॥২৬॥

(অসি হায়রগা বাল্থখি।)

রাম—মসিনা য়া মথা তাদবা অমসুং য়াল্থবা অচুম্বনি। সখি! বাসন্তি! লৌশিং তাউ লৌশিং তাউ।

বাসন্তী—(লৌশিং তারগা) অহুবু মহারাজনা তৌকমখোক্তবা থবকপু তৌবিখিবাস করিগীনো?

সীতা—সখি! বাসন্তি মথা তারগনু, মথা তারগনু।

রাম—ঐগী প্রজাশিংনা য়ানিংদবনা

বাসন্তী—করিগী য়ানিংদবনো?

রাম—অদুদি প্রজাশিংনা খঙলমগনি।

তমসা—মথোয় অহুবু ভখি ভখি তাকপীরম্বনা মতীক ওক্লম্বখি।

বাসন্তী—হে ইবুঙ্ঙো! তমখিবা! মীংচৎ পাম্বা মতোন্দা

কত্ত'মীংচৎ অকিবা থোকপনিবু হৌমত্রা?

শক্তি মীত্তা ভাম্নিবী—সীতাগীদমা উমংদা

কম্নি থোকখ্রে মচুদা কম্নি থমখি তাকপীম্বু ॥২৭॥

সীতা—সখি! বাসন্তি! মহাকমক্কি ভমখিম্নিবদি; মহুমা তেংথা

তেংথাহুমা ঐখোয়গী অমা মৈচাকপু অমুকম্থু হেনহল্লি।

তমাসা—মংগী প্রেম অমম্থুং অম্রাবমক্কুমা হায়রমি।

রাম—সখি! মম্নম অসিদা কম্নি থমমিত্তাইবু লৈবগে?

চংঈ'মত্তা ঙাম্নম্নিবা— মিপাইগমবা শক্তিগী

অমীৎ মামবী মমীৎমা, গর্ভ মপূং কাবমা

লৈ[illegible]ম শাঙমজত্রবী সীতা দেবী মহাকী

[illegible]মাপ্পবী থম্বো'মোব' পাম্নিবী--

[illegible]বা হুকচাংদো শাহিং চাবা জীবমা

মাঙহন্নম্বা পোম্নমরোই কাযৰ লেপ্লে পুক্নী'মা ॥২৮॥

সীতা—আর্য্যপুত্র! লৈজরি, ঐ লৈজরি।

রাম—হা প্রিয়ে! সীতে! কদায়দা লৈবগেমহাকপো?

সীতা—অবাবমি! আর্য্যপুত্রম্থু থোমথোক্না কপ্লবা!

তমসা—ইবেম্মা! মসি চপচামা ভোকম থোকপমি। মমমদি অবাবা

কংলিবশিংমা অবাবহু কোকহমগমবমি।

চাউথৎলকপা ঈশিংমা ঈতুংকমগী অমাঙবা

থোক্লকদোম্নবদি চিঙিঙ মহু ঈশৎমা

অঙ্গুগুম্না অরাবা— হেন্নংলকপা মতমদা
ভেংথামারোয়বতনা থম্মোইবুদি কাবনি ।।২৯।।

থোইদোক্লা রামভদ্রনদি ভাইবংপান অসি মথল শুবা অরাবনী মকম ওইরে।

চোংকশিল্লবা পুক্লীংনা ভাকদবনি পৃথিবী,
ওন্নাঙ থাগী মুংশানা ভোবগুম্না নৈরাংবু
চান্নথোইবী কান্ননবৈ অরাবনা থব'য়বু
চোকথ ছুইথহল্লিদো, থাদোকথুগা মশানা
ভেংথাদুনা অরাবা— কোক্লমবা হোংনবা
পঙৱা য়াবা মত্তেদো, অদুনা হৌজিক'বাবা
কোংদোক্কুনা কপ্লসে কান্নবনি রামদদি ।।৩০।।

রাম—অরাবনি ! অরাবনি !

মরাভাবা অবাবৈ— চৈথেংমদি থম্মোইবু
নৈহংলিনে, অদুবু তংপমক্তি ভগুরি,
অরাবনা কুপ্লবা— হক্তা করিগুম্বদা
পায়মা লোশিং নৈরক্তে মত্তে পুম্মাঙ মাঙবদি,
মুংগী নৈনা হকচাংবু চাক্লি উংথি ওইহল্লি,
কন্না নৈরি বিধিনা থম্মোই থংকে হায়দুনা
অদুনকপু পুম্মাঙমক মাঙহনবদি ভোবিল্লি ।।৩১।।

'ভা—মসি অচুম্বমক্লি।

—হে প্রজা ইবুঙো ইবেম্মশিং পুম্নমক !

সীতানা যুমদা লৈজবা ম্যানিখিরমদে মখোয়না,
অদুমা অহাঙবা বমগী মমুঙদা ঐনা হুন্দোকখি
হুন্দোকপগুম মাপী'কৎবা মচুগী ভুংদা ঐহাক্না—
পুক্নীং থাবসু ভৌখিদে, অদুবু হৌজিক'সিদদি
কুইমদি লৈমিন্নরম্বা— পোৎশকশিং'ভুনা ঐহাক্কী
পুক্নীংবু ইথৌ মৌথল্লি, থাম্বিমবদি লৈতবা—
মতম অসিদা থজিক্কং কপচগে পলহনবিগনু ॥৩২॥

তমসা—থাহেশিং অসি অথাবসমুত্রগী খোইদোক্নাল্লবমতৌ ভাকপা ভাক্কনি।

বাসন্তী—খোকৎবা মরমগীদমক থাবিরগনু' তপথবিগনি।

রাম— কররম্বা তপথবিয়ু হায়রিবা?
ভাইবংপানবা অসিদা সীতা লৈখিদবদি
কুমশিং তরানিখোয়দি শুপ্রবনি অসিদা
মনিং য়োম লৈখিদ্রে মত্তে রাম হিংদবনু ॥৩৩॥

সীতা—আর্য্যপুত্রগী মথাহৌশং'সিন ঐ ভক্লবনি।

তমসা—ইবেম্মা! অচুম্বনি।
থাহেশিং'সে নঙোন্দা পেন্নবা ওইদে খোইনা
ঈবোইনর'সু প্রেমনা খ্যাও খ্যাও খ্যাও খ্যাও মথাওই।
হু য়ানবা খোইহিধাবা শিংথক্লি নংঙোন্দা ॥৩৪॥

রাম—বাসন্তি!
সুংদা খোয়না চঙ্খ্রবা— ভাংশং ভাংনা চাক্লবা
তাশোন'মদি হূপুব'— লিম্ন' চীকপগুম্নবা—

অৱা তাশোয়া সুংদা পীবা চৈথেং কয়াবু
অসুক কুইবা মতমসি ঐনা থাজলক্কবরা ? ॥৩৫॥

সীতা—আর্য্যপুত্রনা হয়া হয়া রামবগী মরম লাইবক থীবী ঐনা ওইরবনি।

রাম—অসুক কয়া থম্মোই কায়মক্কদস্ত্র মমাঙৈগী সুংশিবা উৱা উচেক রায়া শজি শত্তাইমচিংববু উরুবদগী অৱাবচৈথেং কম-শিল্লক্রি!

তকিং তকিং হৌরকপ'— অৱাববু খিংমবা
রামা হোৎনজবনি খিঙ্ঙমদবা ঈচেলনা
নৈত্তোইপলবু মমথায়মা পাক্লা শয়া চেনবত্তম
মমহক্তনা থৌরাংশিং শন্দোক্লক্রি পূক্লৗংদা ॥৩৬॥

সীতা—আর্য্যপুত্রগী খিত্তমত্রবা কিমিত্তাই ওইবা অৱাবসি উরগা ইশাগী থম্মোইসি রাবনা নীক্লে।

বাসন্তী—( মথন্দা ) অৱাবনি! মহারাজ রামনখিবমা খুদোংথীরে ; অত্তুনা মিৎকম হোংনবা অৱা রাৎল কাউমবা হোৎনখিগে। (কোংনা) মূয়া থত্তবিখিবা জনস্থানগী শক্লকশিং'সি য়েংবিরগা স্নাপূক্লৌং সুত্তোইবিগনি মহারাজ!

রাম—য়াম্না কৈ। ( অসি হায়দুনা হৌগৎতুনা খোঙ থাখি )

সীতা—প্রিয়সখীনা অৱাবা কোক্লবনি হায়দুনা হোৎনম্নিবসি অৱাবা কোকপন্না হায়রবু হেন্দুম হেমগদয়া খল্লি।

বাসন্তী—মহারাজ! মহারাজনা!

পম্পিকুঞ্জদা লৈরুমা সীতানা হল্লক্কদবা—
লম্বীদা য়েংবিখিরম্মী, গোদাবরী'রপান্দা।
লৈরহুমা মহাক্না কাঙ্কুম্মৈ য়েংহুমা
লৈথোক্লুবা মরম্না মতম খরা থীস্থখি।
পূক্নীং তথুকতথুকপা ইবুঙ্গোবু উবদা
মরামমিদি য়াদুনা থম্বালপুস্নুমমাঙ্গবা।
মথুং অমি ফজনা লোম্নহুমাথুক্লমখি ॥৩৭॥

সীতা—তমখিবি! সখি! বাসন্তি! থম্মোই লকাদা চঙ্খ্রবা তাংশোমগা পাঙথক্লবা মরাহৈমা মোংদম থীবা ঐবু. অমস্নং আর্য্যপুত্রবুস্ন অরাঙৈশা লাংহল্লি।

রাম—রামৌ পূক্নৌ চাউবি! সীতে! মায়কৈ থুদিংদা মহাকপু। উবগুমদিতোই অহুগা ঐবুদি।

কায়রে থম্মোই ঐহাক্কী হীক্রে হকচাং শম্নকম
তাইবং মালং ওইথরে থল্লি চাক্রে তস্তুমা॥
মুংগী মৈশা লাংবমা কংলক্লবা কিবম্না।
লুপখিবগী মতাম্নি অমম্বদা ঐহাক'সে॥
অঙকপমা কুপথরে থুংনা মায়গৈ পূম্নমক॥
মোংদম থীবা ঐহাক্না— তোগদবা করিনো? ॥৩৮॥

(মতুংদা রাম্থখি)

সীতা—মাঙলে, মাঙলে আর্য্যপুত্র অমুকন্থ রাস্থখ্রবা!

বাসন্তী—মহারাজ! স্না পূক্নীং চাউবিয়ু।

সীতা—হা আর্য্যপুত্র! তাইবংপানবগী রাইক থৌরাংবিবা ইবুঙ্গো

পম্পিকুঞ্জ— উরীমা কোয়শিনবা মকম।

মহাক্কী থবায় মোংদম খীবী ঐগীইবমগীদমক শোকপদগী চিংমবগী খোঙকমদদা ল্যাকপনা অক্কবা কিবমদা ভাবে। ঐদি মাঙলেদবা। (অসি হায়রম্লগা বাঙ্গুথি)

তমসা—ইবেম্মা! তপথৌ, তপথৌ, নংগী মথুৎনা শোক্লগা রামভদ্রগী লৌশিংলাকনি।

বাসন্তী—অবাবনি! হৌজিকক্তাওবা লৌশিং তাব্রিবা! প্রিয়সখি! সীতা! মহাক কদায়দা লৈবগে? নংগী নবুঙ্ঙাবু হিক্নৎহল্লু।

সীতা—(পয়প পয়প মাক্তা চঙলক্লগা রামচন্দ্রগী থম্মোইদা অমম্নুং লাইবক্তা শোকই)

বাসন্তী—ঐখোয়গী লাইবক্লা রামচন্দ্র লৌশিং ফংলে।

রাম—অসিগুম্বা মশোকমা থঙহৌদমা ঐভোন্দা
লৌশিংবুদি পীরগা হকচাং মনুংমপান্দা
লৈবা ধাতু খিবিক্তা অমৃতনা নামবগুম
মুঙ্ঙাইবনা অভোপ্পা অঙকপবু শোকহল্লি ॥৩১॥

(মুঙ্ঙাইবা মিৎ উইনা উইনা) সখি! বাসন্তি মরাইবকয়াম্না ফব্রি।

বাসন্তী—মহারাজ! করম্না?

রাম—কব্রি হায়গনি সখি! সীতা অমুক ফংলরনি।

বাসন্তী—মহারাজ! মাদি কদায়দা?

রাম—(শোক্লবগী মুঙ্ঙাইবদু অভিনয়না উৎলগ) য়েঙ্ঙ্বে, মহাক ইমাঙমক্তদা লৈরেব্রেসে।

বাসন্তী—মহারাজ! থম্মোই কায়বা তমথিবা চোইঙাং (অর্থ লৈতবা বাহৈ) না মোংদম খীবী ঐবু হন্না হন্না অবা বৈপা লাংহল্লি।

সীতা—ঐ হন্দোকশিংলে, মরমদি আর্য্যপুত্রবু শোকচবসে মতমকুইবা তাঙ্গুরকপনি' পুল্লৌং হুবনি, অমসুং ঈংবনি, ঐগী কুইরবা কিনিঙ্চাই ওইবা মৈচাকপু মসিনা খঙহোৌদনা মাঙহনখ্রে। ইথুৎ অসি, মশ'গা শম্নরুবদগী হাইগৎপা য়াদনা নপশিন্নখিবগুম লৈরি' হুমাং তাদুনা আর্য্যপুত্রগী হকচাংদা খক খক শীল্লা লৈরি।

রাম—সখি! কদায়দগী চোইরোমমো?

লুহোঙৈঙদা বিবাহ— সূত্রয়েৎপা মখুৎপু
পায়খিবনি ঐহাক্না, তাপ হেক্তা পায়রুবদা
অমৃতগুম ঈংবনি হায়না ঐনা খল্খিবা।

সীতা—আর্য্যপুত্র! ইবুঙঙো মঙদি হৌজিক কাওবা লৈবিরি।

রাম—উমগুম লেমগুম ঈঙলবা ঞ্চলবলীগী অমেঙবা—
অমোবা মতোম গুমখিবা মখুত্তুনি পায়রখিবা ॥৪০॥

( অসি হায়রগা সীতাগী মখুৎ পায়খি )

সীতা—ওস্তোকপনি! আর্য্যপুত্রগা শোল্লরুবদগী ঐহাক পূমঙক চল্লবনি, চেকশিনহোত্রবান।

রাম—সখি! বাসন্তি! নুঙচাইবনা থুমহৎখিদুনা ইন্দ্রিয় পুম্নমক মথৌ পাঙথোকপা ঙমদ্রে, অদুনা মঙনা মসিবু চেৎনা পাররু।

বাসন্তী—অরাবানি, থাঙ্গেশেৎনা অঙাওবগী কিবন্নি।

সীতা—( কিংনা মখূৎচিংখোক্লগা হন্দোকখি )

রাম—চেকশিনহোদে, নুঙচাইতেদা!

ঞ্চলবলী উপাল অমাখ। বাঙ্গালা লোন্দা "লোয়াড়" কোই।

রাম—চ্যেকশিনহৌদে, মুত্তাইভেদা !

তৌমিংবা ওযদবা তৌবা হুমাংকায়বা মীক্লবা
ইথুত্তগী মাঙ্গোকথরে মথুৎ অদো অসিগুম্বা ॥৪১॥

সীতা—অরাবনি, আর্য্যপুত্রগী মিৎ অসি করিগুম্বদা কোয়রে নৈ, করিগুম্বদস্থ চপ লেপলি, কিরেপ তাত্রি ।

তমস—( মুংশিন্না, যেক্লা অংস্তং কুম্মৈ ওইনা য়েংলগা )

সীতাগী মপা পুম্নক মবুক্তা শোক্লজবদা
হুমাং কায়ে মুত্তাইবনা তনীক তমীক্লে তুম্মুংলে ।
অমৌবা মোংগী ঈশিংনা থীক্লবা, মুংশিংনা মোম্বা
অশাংপা কদম্ববৃক্ষগী মতৌগুম উয়ে সাতাবু ॥৪২॥

সীতা—(মথন্দা) ভগবতী তমসানা ঐগী ইতৌ অসি উরগনি ঈকাইদা ঐদে । মহাক্না থল্লম্বা য়াই—মতবু থাদোক্লকপা মহাকপু মীংলিবা মহাক্না ।

রাম—( মায়কৈ থুদিং য়েংলগা ) হায় ! নৈভেমে ! থৌজাল হৈতবি হে সীতে !

সীতা—কিবম অসি য়ৌরবা মহাকপু উয়্‌রমক্তদস্থ হিংদ্রুনা নৈরিবী ঐ থৌজাল নৈতবীনি ।

রাম—কদায়দা নৈবগে দেবি ! হায়মিত্তাই নৈতনা রাবরা ঐখু হন্দোক্লম্বা মতীক চাদে !

সীতা—আর্য্যপুত্র ! তাকপিয়িবা বাহৈ অছু ওয়ৈজেমবগুম থোক্লে ।

বাসন্তী—মহারাজ ! পুক্লোং মুত্তাইথোকপিয়ু, তাইবংপানবদা নৈতবা

অতম্না মগুণনা পূক্লীং কাথবিয়ু। ঐগী প্রিয়সখী সীতা কদায়দা লৈখ্রবগে ?

রাম—থাঙ্গেৎপংনা লৈত্রবনি, লৈরবদবু বাসন্তীনা উত্রিবদি করিনমো ? অতুমদি মতলমে অসিবো ? ঐদি তূমত্রিনা, কদায়দগী মতমো ? পোয়দে মতমকুইনা তত্তনা থনখিবা রাথলদগী পোকপা পেরান্নবা অমনা ঐগী ভুংইমতুনা ঠোক ভৌরি

সীতা—তমখিরবী ঐতনা আর্য্যপুত্রদা ভৌবা ঠোক।

বাসন্তী—মহারাজ! মিৎয়েং তাবিয়ু, মিৎয়েং তাবিয়ু—

জটায়ুনা থুদেক্লবা রাবণগী ইম্পাত' দোলাই'দো
লৈয়েবে মকম অসিদা পিশাচমনায় মাল্লবা
শরুংচাক্তা মচায়রবা রাবণগী দোলাই চিংলবা
*অশ্বতর লৈয়ে মাঙদা থাডনা রাবণ য়েক্লকনা
জটায়ু শারুং কক্লগা অশাউ মৈশানা চাক্লিবী
সীতাবু পুয়ে, হায়রগা মরক্তা মোংথাত কৃপ্লবা
মোংগী মতৌগুমতুনা মকম'সিদগী পাইথৎখি ॥৪৩॥

সীতা—( য়াম্না কিনা ) আর্য্যপুত্র! ইপা শরুবা জটায়ুবু হাৎলে, ঐহাকপুসু হুয়ে। কনবিয়ু কনবিয়ু।

রাম—( ফুক হোৎলগা ) [illegible] পাপচেনবা! ইপা জটায়ুগী থবায় লৌবা! সীতাবু [illegible]! কদায়দমো চৎলিবা ?

বাসন্তী—মহারাজ! হিংচাবা শাগৈ ভুমনবগী ধুমকেতু! হৌজিকসু ইবুঙ্গো মহাক্লা শাউনিঙ্গাই কনা লৈরিবগে ?

সীতা—হায়! ঐদি ইতাও তাওরুয়ে!

---

*অশ্বতর—খচ্চর।

রাম—ঐগী বাণাং অসি, মতম অহুদদি থাজৈশেংবা অচুম্বা ওইরম্মি, হৌজিক্তি চোইরোন্দ্রা তাবে।

উপায় ময়াম লৈবমা পূক্নীং ভোয়মা থৌগৎপা
থোদোকশিংমা য়াল্লবা থবক্সা 'কম্ববশিংগী
তাইবংপান্দা অতকপা য়স অমমা পোকস্লবি,
সীতা মাপা কায়নবা রাবণ হাৎপা কাও'রবি
হৌজিক মাগা কায়নবা লোইকম থজেবসিনু
ঐমা তূমিম লৈহুমা করম ভোমা থাজবি ॥৪৪॥

সীতা—লোইকম থজেবা কায়নবা ? অরাবনি। ঐদি শিরবীবি।
( অসি হায়রগা কপখি )

রাম—ওস্তোক্ল বাখেদা!

সুগ্রীবরোং মিংথোগা ঐগা মরূপ শারুই
কায়দবা'অহুমস্ত য়োংখিবিকি মপাঙ্গল
জাম্ববানগী মরোশিং শীজিনবা তমদবা
হনুমাননা চতবদা শুকতম ওইমা তমদবা।
বিশ্বকর্ম্মাগী মচা মিপা মলকোবমা
লঙ্কাশেম্বা তমদবা …ক্ষ্মণগী যোক্ষা কাপ্পা
য়াদয়বা কদায়দা লৈরিবনো চায়বি! ॥৪৫॥

সীতা—হৌজিক্কী কায়নবদগীদি অহু… কায়নবমা হেন্দোক্লা কৈ থল্লি।

রাম—সখি! বাসন্তি! হৌজিক রামনু উবদি বন্ধুবান্ধবশিংনী বানমবগীদমক্তা ওইমা থোক্লে, মসিমা মতম কয়া ফুইবা মরু কপহনখিগদগে চৎমনবা বিদায় পীয়ো।

সীতা—( পাথংপগা লোয়মনা তমসাদা কোল্লগা ) ভগবতি ! তমসে !
আর্য্যপুত্র লেঙদা লেঙলেকো ?

তমসা—ইবেম্মা ! কিজন্নু । ঐখোয়সু পুন্সি তোল্লোইগদবা—কুশ অমসুং লবগী জন্মতিথিগী মঙ্গল খৌরম পাওখোক্লবগীদমক গঙ্গাদেবীগী খুন্না খাদা চৎলসি ।

সীতা—ভগবতি ! চানবিয়ু, মিকুপ অমত্তংদা ওইরবসু কত্তমত্রবা মীশক অসিবু য়েংজখিগে ।

রাম—অশ্বমেধ যজ্ঞগীদমক ঐগী সহধর্ম্মিণী নৈ ।

সীতা—( মথন্দ' ) আর্য্যপুত্র ! মহাক কনানো ?

রাম—সনানা শাবা সীতাগী মূর্ত্তি

সীতা—(মুংশা মপী হোল্লগা মপি তাহুন') আর্য্যপুত্র ! হৌজিক মহাক মহাক ওইরে । মহাক্না ঐগী ঈকাইবগী তাশোন অছু শৎপিরে ।

রাম—মছুতবু য়েংলগা পোম্নবা মিৎ পেলঃনগে ।

সীতা—আর্য্যপুত্রনা মাবু ঈকায়থুম্নবিরিবী, মামা আর্য্যপুত্রগী পূর্ক্লীং কায়গা তাইবংপানগী আশাবু কল্লিবী মহাক অছু থক্তানি ।

তমসা—( মোমোম নোকপা, মুংশিবা অমসুং পি তাবগা লোয়মনা সীতাবু কোল্লগা ) ইবেম্মা ! অসুম্না মশাবু থাগৎলি ।

সীতা—( ঈকাইত্তুনা মরুলুকখিগ্গা মথন্দা ) ভগবতী তমসানা ঐবু নোক্লবে ।

বাসন্তী—ইবুঙো মহাকপু উয়বা কংজবা, ঐখোয়গী লাইবক কবনি । লেঙবগী মরমদগি থবক কায়বোইদবা য়েংহুনা তৌবিয়ু ।

সীতা—বাসন্তীনা ঐগী আশা কায়হনবিরে :

তমসা—ইবেম্মা ! লাক্লো, ঐখোয় চৎলসি।

সীতা—( অৱাবগা লোয়নন৷ ) করে, অহুমশুবা অঙ্ক

তমসা—করম তৌনবু মওমা চৎকদগে ? মহাকী
        য়েংজনিংবমক্তনা শাংলবা নমিৎ অসে
        চান্নৱবা য়ামগী মশাদা মন্না তাখ্রে,
        থম্মোই কান্নবা থবক্কা চিংথোকপবু লোইদৱি ॥৪৬॥

সীতা—পুণ্যদনা ফংজৱবা ইবুঙ্গো মহাকী চরণবু হন্না হন্নাথুক্লুজরি।

( অসি হায়রম্লগা ৱাংখি )

তমসা—ইবেম্মা ! লৌশিং তাউ, লৌশিং তাউ।

সীতা—মোং হাইদোকখ্রগা পূর্ণিমা থাজবু করাকুইনা উগদগে ?

তমসা—বিধাতাগী সৃষ্টি অঙকপনি।

        করুণরস অমত্তনা                মরম তোঙতান্নবনা
        তোঙতান তোঙতান শকওল্লি,      ঈশিং অমথক্তনা
        ঈরৈ, ঈথক কোঙ্গোলগী          মশক তোঙতান্না ফংবশুম,
        অমোইবদি মখোয়দো              মস্তে ঈশিং মত্তবা ॥৪৭॥

রাম—বিমানরাজ ! চৎলু, চৎলু অসোমদা।

( পুষ্পক হৌগৎলি )

( তমসানা সীতাদা বাসন্তীনা রামদা )

        পৃথিবী গঙ্গা'সীনা                ঐখোয়শুম্বগা তিন্না
        †ছন্দ প্রয়োক্তা অহানবা        ✿কুলপতি বাল্মীকি—।

†ছন্দপ্রযোক্তা—শৈরেং ইবা। ✿কুলপতি—মুনিলিশিং তরাবু চাবা থাক্লুনা, মফি খোম্দুনা মহৈ তম্বিরিবা ওঝা অহুবু কুলপতি কৌই।

অরুন্ধতী দেবীগা— লোয়নবা বশিষ্ঠনা
ভাইবং মঙ্গলগীদমক মতগী মঙ্গল পিসনু ॥৪৮॥

( পুন্নমক থোকখি )

ছায়া কোবা অহুমশুবঅঙ্ক লোইরে।

# মরিশুবা অঙ্ক

( মতুংদা তাপস অনী চংলকই )

অমনা—সোধাতকি। ঙসি ভগবান্ বশিষ্ঠগী আশ্রমদা †অতিথি য়াম্বা য়োমক্লে মতুগীদমক তৌরিবা থোয়াং অসিনা মমিদা কজরিবসে। মতুদি—

মচা পোকপদা হায়রিবী শজি'মোম্বা থকথিবা—
বাইমুচয়া থোংবগী— চৌবোল্ মহী অশাবা?
অথুবগী অরেম্বা আশ্রম'শজি লাবনা
থক্লিংবমথৈ থক্লি বোয়োই মহৈ য়াওরবা
শাক থোংবগী মুংশিবা মমম্বা মায়কৈ শীল্লে
ঘী ভোংপা চেঙনা থোংবা চাকী মুংশিবা মমম্বা
থজিক থজিক থোক্লগা শীল্লে মায়কৈ থুদিংদা ॥১১॥

সৌধাতকি—ঙসি মকোয় পোক হৌরবশিংনা লাকপসিদি লাইরিক লাইশু ভম্বদা ওল্লে'ক্লা কায়নবগী মরম্লি।

†অতিথি— মীয়ব অমম্বুং মীয়ুমদগী লাকপা মী।

অহানবা তাপস—(মোক্লগা) সৌধাতকি! লাইগুরুশিংদা মতৌ ঈকাইখুম্নবগী বাহৈ অসিদি অৎকপনি।

সৌধাতকি ভাণ্ডায়ন! অসুক য়াম্বা অহলশিংগী লুচিংবা ওইডুনা লেঙবিরক্লিবা অতিথি অসিগী মিং করি কৌবগে?

ভাণ্ডায়ন—করেম্নবদি ফত্তে। ভগবান্ বশিষ্ঠদেবনা অরুন্ধতীবু মাঙদা থম্নগা মতুংদা মহারাজ দশরথগী নৈমশিংবু পুডুনা ঋষ্যশৃঙ্গগী আশ্রমদগী লেঙবিরক্লিবনি, অদুগা করিগী করেম্নরিবনো?

সৌধাতকি—বশিষ্ঠ হায়বা?

ভাণ্ডায়ন—হোয়।

সৌধাতকি—ঐদি কৈজাউরা, মক্ত্রগা কৈশাল্লা হায়না খল্লম্নি।

ভাণ্ডায়ন—করি! উশিৎ থোওইদনা ভাংজলাকচগনু।

সৌধাতকি—মসিনা হেক য়ৌরকপগা কল্যাণী কৌবী যণ হাতম মচাদু "গৌ গৌ" লাউনা হেক্তা শায়খিবনি।

ভাণ্ডায়ন—"মাংলগা লোয়নবা মধুপর্ক পীগদবনি" হায়বা বেদবাক্যবু ঈকাই খুম্নদুনা গৃহস্থশিংনা ‡অভ্যাগত বেদজ্ঞ ব্রাহ্মণদা পীক্লিবী যণ হাতম, মক্ত্রগা কাওদোং ফায়বা যণ লাবা অমা মক্ত্রগা হানেৎ লাবা অচৌবা অমা কৎনৈ। মরমদি মনুমচিংবা ধর্ম্ম শাস্ত্রকারসিংনা মতৌ অদুম তৌনা ধর্ম্ম শাস্ত্রদা ইকিল্লি।

সৌধাতকি—ভাণ্ডায়ন! মও ঐতোন্দা মায়থীরবনি।

ভাণ্ডায়ন—করম্না?

সৌধাতকি—মরমদি বশিষ্ঠ লেঙলকপদদি যণহাতম মচা হাৎনে, অদুবা

---

‡ অভ্যাগত—A guest, visitor

হসি রাজর্ষিজনক লেংবিরকখি, মাগীদমক ভগবান্ বাল্মীকিমক্লা যজোম অকপা, খোয়হীনা মধুপর্ক শেম্বিখি; মণহাতমবু খাদোকখি।

ভাণ্ডায়ন— মাংস খাদোক্তি বশিংগীদমক ঋষিশিংনা অমুম তৌনা তৌগদবনি খনবিরম্মি; তৌইগুদম্মুং মহারাজ জনকসি মাংস খাদোকখ্রবনি।

সৌধাতকি—করিগীদমকনো মাংস খাদোকখ্রিবদি?

ভাণ্ডায়ন—মহাক্লা সীতাদেবীগী অসিগুম্বা লাইবকথোকপগী পাউ অসি হেক তাবগা বানপ্রস্থাশ্রমগী ওইদ্রে অমমুং চন্দ্রদ্বীপ তপোবনদা তপস্যা তৌদুনা, চহী কয়ামুক লেনখ্রে।

সৌধাতকি—মকম অদুদগী লেহনখ্রিবদি করিগীদমক?

ভাণ্ডায়ন—থায়নগী মুংশিরবা মরূপ বাল্মীকিবু উমগে হায়দুনা।

সৌধতকি—হসি হাইশেনশিংগা মহাক উররবরা?

ভাণ্ডায়ন—"নশামক চত্তুনা জনক উরগদবনি" হায়বা পাউ অসি তাক্লুরবগীদমক ভগবান্ বশিষ্ঠদেবনা হৌজিক্তা ভগবতী অরুন্ধতী-দেবীবু কৌশল্যাদেবীগী মকমদা থাখ্রি।

সৌধাতকি—অহল্লম্মমশিংনা মহৈ মহৈ উররগুম্না ঐখোয়মু অতৈ অতৈ অচাংশিংগা লোয়ননা শান্নদুনা লাইরিক তমহৈনবা মুদিৎ অসিগী মমায় হাকসি।

( মতুংদা অনীমক চৎখি )

ভাণ্ডায়ন—বেদবক্তা পুন্সিরবা রাজর্ষি জনকনা বাল্মীকি অমমুং বশিষ্ঠগী সেবা তৌয়ুগা হৌজিক আশ্রমগী মপালদা উখোদা লৈরিম্বিনেসে, মহাক অসে,

থম্মোইদা কুইনা নৈম্বিবা　　বাবনা চাক্লি সীতাগী।
মমুংদা মৈনা থুংলবা　　শ্রগ্নীবৃক্ষনা চাকপগুম ॥২॥

( মভুংদা অনিমক চংখি )

বিষ্কম্ভক।

( মভুংদ' জনক চঙলকই )

জনক—ইচা নুপী সীতানা　　মাবু হন্দোকপিবদা
মখো কনবা অচৌবা　　থম্মোই মোকপা অৱাবা।
ক্ খিবদো অচুমা　　ঐহোন্দনু অৱাবা ॥
অমথক্তুম পীরক্লে　　ওসি ঐগী থম্মোইবু।
ইৱায় লায়না খিনগাইবা,　　মথং মথং চখায় ॥
অস্নুক কুইরবদনু　　খোকই ইনৌ মৌবগুম।
হোয়ারগুম্না থম্মোইবু　　লেপ্লি লোইবঃ মাইদনা ॥৩॥

ওন্থোকপা অৱাবনি! ইশানা অহল ওইরকপন', থাওমদবা অৱা-
বনা, অমদি পয়াক অমস্তং "সান্তপন"দা চিংবা তপস্যানা ইশাগী দেহগী
রস, থাভু পূম্নমক থরক থরক কণ্ডথ্রবনি; অচুম খোয়ম থুদিং-
মক্তা মতৌক চাদবা ওইরক্লে; অচুম্নমক ওইদুনসু কায়দবা হকচাংনা
হৌজিক ফাওবা মাঙত্রি। আত্মঘাত তৌবা মীশিংগীদমক
বিধাতানা সুমিৎ-থাগী মতাল চঙদবা অন্ধতামিস্র কৌবা নরক
থাক্তুনা থম্মি হায়না ঋষিশিংনা থাজবৈ। কুমজা কয়া হৌরকখ্র
মাবু হেক থল্লুবদা ইনৌ নোমা তরং তরংনা খোয়কপা অৱাবা
ঐহোন্দা মৱায় চায়ত্রি। ইপাগী ইবেন্থা! বজ্রভুমিদগী পোক-
চবী সীতা! মহাকী অরোইবা পুংস্নদ অসুম্ন খোকথ্রবনিকে!

দশরথকী সঙ্গায়দা    রাজলক্ষ্মীগা মায়ম ।
নৈজরম্বীনি মহাকসে,    মায়ৈ হায়দুনম্ব কায়রে ।।
রাজলক্ষ্মীমক ওইরম্মি    হৌজিক্কি খোংদম খীরক ।
অবা'বৈ মশক ওইরবা    ইত্তোপ তোপ্পা করিশুম্বা
জীব অমগুম ওইথরে    অশুকপা কংবা ওমথরে ।।৬।।
মসি পাপশুগী ওইবা    অহোংবা কিশুম অমনি ।
ঐহোন্দনি শরুাইবা    মুত্তাইবগুম খোরুম্বা
মহাক'সিমু উবদি    অশোক অপল মকমদা ।
থুম চাইবগী মত্তোগুম    থাজবা বা'বে ঐহাক্না ।।৭।।

( অঙ্কগী তুংদা অরুন্ধতী, কৌশল্যা', কঞ্চুকী চঙলকই )

অরুন্ধতী—ঐ বা হায়গে ! "মপা চৎতুনা বিদেহগী মিংথৌ জনকনা উররুগদবনি" হায়বসি এখোয়গী কুলগুরু বশিষ্ঠগী বা'থংনি, অসিগীদমক ঐবু থারকপনি। অঙ্কগা খোঙথাং থুদিংগী হেক হেক লেপ্লিবসি করিগীবো ?

কঞ্চুকী—দেবি ! পুক্নীং কাথবিয়ু, ভগবান বশিষ্ঠদেবগী ময়াথং ঙাকপিয়ু হায়না হঙ্গৎচরি।

কৌশল্যা—মতম অসিদা মিথিলা মিংথৌগা উরগদবনি হায়বসিদা অবাবা পুম্নমক পুক্নপনা কাওরক্লে, খৌঙীকিপি তৎলবা পুক্নীংমু কাথবা ঙমক্লে।

অরুন্ধতী—

মসিদা চিংনমিত্তাইদি    ক'রিম্ব নৈত্তে অমত্ত' ।
মচাথগুমচিংবগা    কায়নথবা কংলবা ।।

মীওইবগী অমাবগী তত্তমদি চেন্নকপা।
ঈথেং কনবা ঈচেলমা মুংশিজবা মীশক্তো।
উরুবব' মতমদা লীশীং লীশীং ওইরকই ॥৮॥

কৌশল্যা—ইমো মুপী সীতাগী ফিবম্না অসি ওইথবদা রাজর্ষি অহুগী মফমদা কয়ম্না ইমায় উৎসিগে।

অরুন্ধতী—

মসে মথোয় খিবিক্না লুম্না তোফম থোক্লবা।
ঙাইশেলমম্নীলৈরবা যাজ্ঞবল্ক্য মুনিনা
বেদ লোইনা মত্তোম্না তম্বিখিবা জনক
বংশদা পোকপশিংদগী থাউমৈ ওইবা মীশক্তি ॥৯॥

কৌশল্যা—মহারাজ (দশরথ) গী পুক্নীংগী হরাও নুঙ্ঙাই পীরিবা ইমো সীতাগী মপা কপ রাজর্ষি জনক অহু অসিনি। হরাও নুঙ্ঙাইনমিতয়রবা অসিদা ঐবু চানবিরি। হা মোংদম্বা। নুঙ্ঙাইবগী শরুক লেইগে।

জনক—ভগবতি! অরুন্ধতি! বিদেহলৈবাকী *সীরধ্বজনা মহাকপু থুরুমজরি।

শিরুপা গুরু খাবকী মম্নুংদা গুরু অথোইবা
অশেংব ব্রহ্মাতজগী ভুংনফম ওইম ওইনমক

*সীরধ্বজ=জনক। মাগী মমং সীরধ্বজ কোক্লবদি মাগী কীয়াল চৈথোক্তো লাঙ্গলমা থুদম ওই হায়দুনা কোক্লবনি। সীর—লাঙ্গল, ধ্বজ—কীয়াল চৈথোক।

বশিষ্ঠ মপুরোইবনা মহাক' লৈমিন্নবদা
মশাবু শেংলে খনখিব, মরোল অহুমগী য়াইকবা
পামাবিরিবী, জগৎম' থুরুমজনিঙাই ওইরিবী,
*উবাগুম্নিবী মহাকপু থুকমজৈ ঐনা কোকনোম্না ॥১০॥

অরুন্ধতী—মহাক পরব্রহ্মসাক্ষাৎকার ফংজরো, অশাবা মৈশা পীরিবা সত্ত্বগুণমক্কগী মশক ওইবা জগৎ কাওরবা সূর্য্যদেবনা মহাকপু শেংবিরসনু।

জনক—আর্য্য! গৃষ্টি! নিংথৌ পোকপী অসিদি য়াইফরিদনা?

কাঞ্চুকী—(মথন্দা) ঐখোয়দ ওন্থো'ক্ক তাথীনা তাকপিরে। (কোংনা) রাজর্ষি! হৌজিক শাউখিবদগী মপোক অসিমগী ওইনা রামচন্দ্রগী মশক য়েংলরোইদবী খোইনা হেন্না বাহিবী কৌশল্যা দেবীবু অমুকন্থ হম' বাহনবিবদি চুমদে। হায়কনা খঙদবা অথীবা মোংদম অমথক রামচন্দ্রগী মকমদা খোকথি, মচুমা মরম ওইচুনা কজদবা মীপাউখোক অমা মখোয়গী মাচন্দগী খোক্ক্ম মায়কৈ থুদিং শমখিবা অচুগুবা পূকচেল পীকপা পুরবাসী অমস্থং দেশবাসী শংম', সীতাদেবীগী চরিত্রদ অগ্নিপরীক্ষানা দোষ লৈতে হায়না প্রমাণ তৌখ্রবাসবু তানা তানা লাজখিদে; অচুনা রামচন্দ্রনা তমখিরবা থবক অদি তৌখিবনি।

---

*উবা—Early morning, Dawn.

জনক—হে ! ঐগী ইচানুপী সীতাগী চরিত্রদা শেঙদ্রি শেঙদে প্রমাণ তৌরিবা অগ্নি হায়রবা কনানো ? অরাবনি ! সীতাবু নৈ ঊকখি হাযরিব মীশিংনা রামনা চোপহল্লবা ঐবু অমুকন্তু চোপহল্লে।

অরুন্ধতী—( স্বর হোন্দোক্লগা ) মতুমক্তি, চুম্মি। অগ্নিগা সীতাগা য়েংনবদা সাতাদগী অগ্নিনা য়াম্ন হল্লবনি। হা ! ইবেম্মা !

মতসে ঐগী ইকমদা ওই অত্তাংস্নুশিষ্যনু
ওইসনু অমস্ত অমস্তু মঙ্গী পাতিভক্তিগী
থোইদোকপ মতৌ অসিনা মত্তেন্দা তৌবা ঐগী
ভক্তিবু চেৎশিলহল্লবনি, নুপী ওইমু অত্তাংস্নু
ওইমু অতুম ওইনমক শোয়দনমক নহাক্তি
*জগৎপূজনীয়াসি পূজা তৌনৈ গুণতনা
মগুণ লৈবা মীশিংদ নিপ নুপী য়েংনদে
কনামত্তু থিনদে অহল মহা খায়নদে ॥"

কৌশল্যা—আঃ ! অরাবগী চৈথেঙ ইমৌ ইমৌ নৌরক্লি।
( অসি হায়রগ বহুথি )।

জনক—ওস্থোকপনি ! করিনে অসিদে ?

অরুন্ধতী - রাজর্ষি করি মত্তে।

মুংশিজব মহাকপু উজবদা মহাকী
মপুক্লীংদা দশরথ রামম্বাচংবা অত্তাংশিং

*জগৎপূজনীয়া=জগৎন্ম পূজা তোজামত্তাই ওইবা।

অদুগুম্বা :মতমশিং    লোইমা মীংশিংলদুনা।
ফিবম কায়রক্রবদা    বাহৈ মজী সথীমা
মচা মবা লৈজবী    সুপী'শংগী থম্মোইদি
লৈবাংগুম্বা মেতবনি    অবা' থাংবা তমদবনি ॥১২॥

জনক —ওম্মোকপনি ! ঐহাক্কি মমম থুদিংদা তমখিবা মী ওইরে। মতম কয়াগী মতুংদা উরবী চায়রবা মরূপ দশরথকী সুংশিন্-রবী সুপী কৌশল্যাবু সুংশি মিৎয়েংনা য়েংজ্রি।

ঐগী থাগৎপা য়ায়বা    ইচাই দশরথনি,
চায়জবা মরূপ্নি    মচাক ঐগী থম্মোইনি,
থাজৈশেংবা সুতাইবা,    পুন্সি মহৈ পুম্নমক
ওইখি মান। ঐহাকী    হকচাং পুন্সি অমসুং
মসিদগী মতোপ্পা    হেন্ন' পাম্বা পোৎশকশিং
করি ওইখিদবগে    দশরথনা ঐতোন্দা ॥১৩॥

অরাবনি ! কৌশল্যা অদু মসিনি।

মসিগা মপুম্মোইবগা    চৌক্না কেৎনরকপদা
অনিমকী তাইনফম    ঐহাক্কনা ওইরম্মী।
ঐনা শীনবা থুাজন্না    অশাওবা তোক্নখিরম্মি
মীংশিংদুন কায়দে    থম্মোই অঁাম চাক্লকই ॥১৪॥

অরুন্ধতী— অরাবনি ! কুইনা সুংশাস্বব। ২াববনা মাগী থম্মোই অসি লেপত্রে।

জনক—হা প্রিয়সখি ! ( কমণ্ডলুগী ঈশিং থীকই )।

কঞ্চুকী—

মরূপ কুম্ব। বিধিনা মচোমচৈদো তশেংনা
মুঙ্গাইহনবিরমগা অহল ওইরবসিদনা ।
মমায় ওম্বোকখিদুনা অকি শককম পূড়ুনা
খোইম ছেম্ন। পূক্লীংগী অবাবযু পী'বিরি ॥১৫॥

কৌশল্যা—( কৌশিং তারগা ) ইমেমগী ইবেম্মা ! জানকি ! মতমু কদায়দা লৈগে ? বিবাহ মতমগী কজব অদুতম অনিশুদনা লৈতেং ওইনা তিল্লবা তরু তরুব মোমোম মীমোক্লা পূক্লীংহূব মমায় থম্বালবু ঐনা কাউনা ঙমদে। ময়েক শেংব মেম থাগী থাবলগুম কজবা মশক অদুনা ঐখোয়বু মুঙ্গাইহল্লে ; ইমেম কোমগে লাউ। "ঐগী মীতা অসিদি রঘুকুলগী মতীক মগুণ চাউরবা ইপা ইপু-শিংগী মমৌনি, মাবু পোকপা জনককা মরূপ ওইরুবমা ঐখোয়গীমা ইচানুপীনি" হায়না মহারাজনা তত্তনা তাক-পিরম্বনি।

কঞ্চুকী— দেবীনা তাকপিরিবসি অচুম্বনি।

দশরথ নিংথৌনা মচামতা' মমুংদা
রামবু ছেম্না চাম্লম্বা মমৌ মরি লৈরম্মু
চানবগুম্না শান্তাবু চানবিরম্মি সীতাবু ॥১৬॥

জনক—ঐগী মুংশিজরবা মরূপ! মহারাজ দশরথ! মুংশিজকো! মতমু করম কাউসিগে।

নুপীমচুম কাওবনা নিপামচুম কাওলুপ্পু।
ঈকাই খুম্নজবনি মসি থাকপী নিংমনি॥
ঐহোন্দনি ওন্নবা ঐখু পেলহল্লি মওবা।
অহুম্নক ওইমন্নু মতম্নদি মহাকপু॥
সম্বন্ধগী অমদি মরূ ওইবী সীতাবু।
হূহুমদি পুখরে কিমিস্তাই ওইবা তাইবংপাল।
মমক'সিদা পাপচেমবা ঐনা হিংলিবনিকো॥১৭॥

কৌশল্যা—ইবেম্মা! জানকি। ইশান্না চেৎনা কন্না নপথিবনা ওইরমাগে, কান্নত্রবা থবান্নমা লাইবক ণীবী ঐখু থাদোক্কে।

অরুন্ধতী—রাজকন্যা! তপথবিয়ু; মমক মমক্কা কপ্পন্নু থন্না মথা-দোকপিয়ু। মীংশিংত্রনম্না ঋষ্যশৃঙ্গগী আশ্রমদা শথোমগী কুলগুরু বশিষ্ঠনা তাকপিখিবদো? মহুমক থোক্লবনি; মমেদা অকবা মহৈ লাক্লগনি।

কৌশল্যা—ভগবতি! আশা পূম্নমক মাহক্ত্রে।

অরুন্ধতী—কনিনো রাজপুত্রি! ওইদবা বানি থনবরা? সংস্কৃত্রিন-বংশদা পোকপি! ওইদবা থমবিগন্নু; শোম্নবা থোকদবনি।

ব্রহ্ম শংশং-কত্তুবা ব্রহ্মণশিংগী মবাদা
পূক্নীং অমি লোওলুহ্নু মন্নাথংদা মথেংনগী
অচূম্বমা তোংবনি ওইদ'ব'হৈ হায়দেদো॥১৮॥

( রেশল্যদ' ফিম খোংবা খাই পূৱমক তাখি )

জনক—হসি, বেদ তম্বিব ছাত্রশিংগী বেদ তম্বা মাদবা জুমিংনি। অদুম' মখোয়ম' চোংথুম কন্দুনা শায়বগী ফিজখোংথনি।

কৌশল্যা—অত্তাং ওইরিবৈ হায়বসি'দ মুক্তাইখ্রবনি। (মুমা য়েংলগ') মথাম অসিগী মমক্ত' অসিদি কমাদো—রামচন্দ্রন ককবমুক ককবা লক্ষ্মণ অকবমা তিল্লবা মখোঙ মথুংমচিংবম ঐখোয়গী মিংপু পূমইং ইংকল্লি।

অরুন্ধতী—(হকচাং লৈথোক্লগ' কয় ওব অমসুং খোৱাংবগা লোয়নমা। গঙ্গা দেবীন অবোমব মাকোংগী অমৃত ওইবা পাউ অম' লক্ষহল্লম্বদু মসি ওইবা তাবে; তৌগুবদুসুং কুশ অমসুং লবগী মসুংদা কমাদো মসি হায়বহৌদি ঐ খঙলি।

জনক—

খবো'শংবা মমাগুম শংব'ন্নবা তথোংপা।
মবেক মহাও কাষিবা কাক-শা মানবা মশঙ্গা।
লৈজেংলিব অমসুং ককবন' মশা'গী।
ব্রাহ্মণ মচা খিনিকপু লৈতে বিব ঐহ'কী।
ইচা রামচন্দ্রনা অমুক অত্তাং ওইগুম।
উরুবদ মসিবু মিৎ অমিদা অমৃত।
তৈবগুম্ব' তৌবিবা অত্তাং অসি কমাদো? ॥১১॥

কঞ্চুকী—অত্তাং অসি শোয়দনা ক্ষত্রিয় ব্রহ্মচারী ওইগনি হায়না ঐনা খল্লি।

কঞ্চুকী—য়াম্না কগনি ( অসি হায়রগা চৎথি )

কৌশল্যা—আস হায়রুগবু লাকত্র ? কাঁয়রনো ভাকপিরিবসিবো ?

অরুন্ধতী—শক্তেম অসিমবু লমচৎনাইদবা হৌমবর ?

কৌশল্যা—( য়েংলগা ) অচাং অসি মোল্লুক্না গৃষ্টিগী বা ভারগা খাখি কুমারশিংদু লংথোক্লম্লগা ঐখোয় তম্না চত্তশিল্লক্লি।

জনক—(মতম কুইনা য়েংলগা) মসিদি অচেকপা পোৎশক অমনি।

নৈবি অচাং অসিদা মতিক মগুণ অহেনবা।
অশিংবনা থজনি থচলোই শিংদবনদি ॥
মক্ল লুকপামতৌনৈ ভুররিংবগা কোয়না।
হেক্তা মুংশি উবদ', য়োৎচাবীনা অপীকপা।
অপাকপা য়োৎপু চিংবগুম চিংনি ঐগী থম্মোইবু ॥২১॥

লব—(চত্তলক্লগা মথন্দ') মখোয় অসি ঐগীদি পূজা তৌকম চাক্তনি, অতু ওইররন্ত মখোয়গী মিং, বংশ, কন'বু হায়, কনাবু কোয়া থুক্লমগদগে হায়রবদি ঐ থচদে, অতুমদি কযম তৌবা মরম কায়দনা (চুম্র') থুক্লমসিগে ? ( বাখল তৌরগা ) তৌইগুরম্লং মসিগুম্বদি কায়বা মত্তে হায়রবসি অহল লম্মলশিংদগী তাথি। ( মোল্লুক্না মাক্তা চত্তলগা ) লাইগুরুথিবিকপু মনাই লব-না মথং মনাও নাইনা থুক্লমজরি। ( অসি হায়দুনা থুক্লমজখি )

অরুন্ধতী অমসুং জনক— পুন্সিযু ইবুঙো !

কৌশল্যা— মতম কুইনা পুন্সিযু।

অরুন্ধতী—চঙনকউ ইবুঙো। (অসি হায়দুনা নব-বু মথাদা কোঙ্কনা মপন্দা) লাইবক কড়ুনা ইথাদা নব বু কোমবা কংজবে, মীংজয়কশা অাশা থুংনে।

কৌশল্যা—সোমদন্ত লাউ ইবুঙো। (লাকুবা নববু পম্নগা) মপূং ফাবা শাস্ত্রিবা অপাংব ৎম্বালগী মতৌগুম শংবাম্নবা অমসুং তোজানবা মহকচাংদনা রামচন্দ্রগী মতৌগুম্বা নত্তে, ময়া য়াম্নুংদা থম্বাল কৈরিক লৈখিবনা খোমকম মুশিয়বা কাংঙগী মখোমগুম্বা শাংনবা মখোমস্ত রামচন্দ্রগী মতৌনি। মপূপুংফাবব খংজেৎ পে রুবগুম মসিগী মশা শোরুবাসিনস্ত রামভাদ্রগী মতৌনি। (মথদাঙ পায়দুনা থাঙ্গৎলগ মুয়া চোকশিন্ন য়েংলগা মপি ডান রাথল অমগা লোয়মনা রাজর্ষি! উবিদববা ? মুয়া য়েংশিনবদি মসিগী মমায় অসি ইমৌ সীতাগী মমায় থাজগ ওস্তোক্লা মায়জে।

জনক—উই, সখি উই।

কৌশল্যা - ঐগী থম্মোইমা ছাওবগুম্না হায়কম থঙদব অমা খল্লুন্না চোইরোল লোল্লি।

জনক—( মুয়া য়েংলগা )

ইচানুপী সীতাগী অমসুং রামচন্দ্রগী  
কুচু কুমেন শাবেঙ-শাদা রাহৈ খোমকম ষেংলুকপা  
ব্যবহার মখোনা অঙাং অসিদা পুন্নপ্না  
হৈজিন্দুনা লৈরেদো হ' বিধি মোংদম্বা ও।  
ইপুরোংমা করিগী মত্তবনু খল্লিবা ? ।।২২।।

কৌশল্যা।—মতবু পোকপী নৈরিবরা? অপোকপবু মীংশিংবরা ?

লব—মক্রে মক্রে।

কৌশল্যা।—অদুদি মতদি করাগীনো?

লব—ভগবান বাল্মীকিগী।

কৌশল্যা।—ইবুঙো! হায়গদবমখৈ চায়রু।

লব—অসিমখৈদা খংজে।

( নেপথ্যদা ) লাম্মী পূন্নমক। কুমার চন্দ্রকেতুনা তাকপীররিক্র কমাণ্ডনা অমত্তমা আশ্রম মনাক্তী মকম অমত্তা চঙশিন্নোইদবান।

অরুন্ধতী অমস্তুং জনক—ও! যজ্ঞগী শগোল ঙাক্লবগীদমক চন্দ্রকেতু যৌবক্রমারে, মহাক উবতারে; অদুনা ঙসি অসি অকবা নুমিৎনি।

কৌশল্যা।—লক্ষ্মণগী মচানা তাকপীর্ক্র হায়বা বাহৈ অসি অমৃত মরকুপ্‌নি, তাবদা পেনবনি।

লব—আর্য্য! চন্দ্রকেতু হায়ববু কনানে?

জনক—দশরথগী ৯৮ রাম অমস্তুং লক্ষ্মণবু খঙবরা?

লব—মখোয় অদু'দ রামায়ণগী মকোক খোংবা পাত্রশিং?

জনক—মাদি।

লব—মখোয়বু কবিগী খঙলোইদগে?

জনক—চন্দ্রকেতু' লক্ষ্মণ অদুগী মচানিপানি।

লব—অদু ওইররাদ রাজর্ষি মিথিলাধিপাতগী মহানুশীল লোকপা মশুনিদম?

অরুন্ধতী—( নোক্লগ ) রামায়ণগী রাবী কনম খঙলে তাক্লে।

জনক—(বাখল তৌরগা) রামায়ণগী বারী য়ুম খঙলবদি হায়য়ু ়হেসি দশরথগী মচাশিংগী মুপীশিংদা পোকপা মচাশিংগী মমীং করি করি কোই ?

লব—মতাঙ অদুদি ঐ খঙজদে, অতোপ্পনম্ভু খঙদে।

জনক—কবি ( বাল্মীকি ) মদি লেংবা মত্রা ?

লব—লেংবুদি লেংবনি, কোংবদি নত্তে। মদুগী মতাং অমদি অতোপ্প প্রবন্ধ অমগ লোয়নন তিমশিল্লগা দৃশ্যকাব্য অমগী মরোওবা পুশিনথি অমম্ভং মদু মথুংমক্লা ইরগা নৃত্য, গীত বাদ্যগী সূত্রকার ভরত মুনিগী মকমদা থাখি।

জনক—করিগীদমক ?

লব—ভগবান্ ভরতমু্ন মহাক্ল অপ্সরাশিংদা অভিনয় তৌহনবগী-দমক।

জনক—পুন্নমক ঐখোয়গী মুঙঙাইমবা ওাক্লি।

লব—শক্লক অদুদ ভগবান্ বাল্মী[illegible]শিংনব খুনাইগী নত্তে; ছাত্র কয়াগী মপুঙ শিংমচুন[illegible]মুনিগী আশ্রমদ থাখিবনি, অমম্ভং মখোয়গী [illegible] ওাকশেনব লীরুং পায়তুনা ঐগী ইয়[illegible] মখোয়গা [illegible] থাখি।

কৌশল্যা—মতগা পোকমিন্নবম্ভু নৈবরা হবুভেতা ?

লব—নৈ; আর্য্যগী মিং কুশ কোই।

কৌশল্যা—মামা অহলনি হায়রবা ?

লহ—মামি, পোকপগী মকোন অহানগী মতুংইন্না মহাক্না অহলনি।

জনক—মখোয় অনীবু কাইবোক্না ?

লব—মামি হোয়।

জনক—বারী অদুগী মমৈদদি করম ভোই হায়রু।

লব—পুরবাসীশিংগী ওইদবা ৱাখোক্না মুংহাইতনদগী মিংথৌবা বজ্ৰভূমদগী পেংক্ৰবা সীতা দেৱীবু থাদোকখি; অমসুং লক্ষ্মণনা মীৎ-মায় পাঙদবা কুইত্ৰবা মতমদা মহাক মথন্দ বনদা হন্দোকলমলগা হনখি।

কৌশল্যা—হা ইবেম্মা ! মায়থোং থা মানবা ! নৈরাংশুম থোংলবা মশানি, মথন্দসু তায়রবা মতম অদুদা মিরতিগী তমখিরবা লমচৎ মতোন্দা থোকখ্রবোইকো !

জনক—হা ইবেম্মা !

ইনৌ মোবা তমখিবা অচোপ্পবু নংলগা
প্রসূতিগী মতমগী অরাবস্ত কংলগা
শাহংচাবা শাশংন পূমকোয় কোয়শনখ্রবদ
থোইনা হেন্না কিহুন, ঐবু নীংশিংলমগনি ॥২৩॥

লব—(অরুন্ধতী) আর্য্যো ! মখোয় অসি কনানা কনানো ?

অরুন্ধতী—মসিনা কৌশিল্যানি, মসিনা জনকনি !

লব—(থোইদোক হেন্দোক্না ঊকাই থুন্না অমসুং অরাবা মুত্তাইবগা লোয়ননা য়েংখি)

জনক— পূকক্তুব' পুরবাসীশিংগী তোঙমদব মতোমে ! নিংথৌ ওইবা
রামগী রাগ্দল লৈতবা থোদোমে !

ঐনা মতম থুদিংদা মাস হিংসানি 'কনবা
বজ্রপতমনি থল্লি, লীরুং মতেঙ লৌহুনা
অভিশাপপু তৌহুনা অশাওবা মৈনা ঐগী
থক্ থক্ লাউমা চাকপগী মতম য়ৌরে চপচাবা।

কৌশল্যা—ভগবতি ! অরুন্ধতি ! ঙাকপিয়ু, ঙাকপিয়ু ! রাজর্ষি রাজা শাওথিরে, অমুক্তা কাথবিয়ু।

অরুন্ধতী—

অহল লম্মলনা চৈবিবা, মীনদি থীনা ঙাংনবা,
পূকচেলদি চাওবা মীশিংগী প্রায়শ্চিত্তগী মশক্নি।
রাজন্ ! অদুগী মথক্তা রাম হায়রবসি মচানি
তোল্লব প্রজাশিংসু অসিবু ঙাকপিকম থোক্ত্রা মহাক্না ॥২৪॥

জনক—

রামচন্দ্রদা ঐহাক্না লীরূং পায়বা শাপপীবা
অসিমকসি তোক্লগে, ইচাগুম্বা ঐনাক্না
সুংশিজব রামনি, প্রজাশিংগী মসুন্দা।
ব্রাহ্মণ, অতং, অহলসু সুপী, খোঙতেক মিত্তাংসু
য়াওথি কয়া অমসু তোককম থোক্লে থল্লক্লে ॥২৫॥

ব্রাহ্মণ কুমারশিং ( তকিং তকিং চংলক্লগা ) কুমার !
মী লৈব' লমদমদা শগোল হায়রবা জীবগী মমিং ঐথোয়না
তাথি। মদুগী মশক ঐথোয়না উরক্লে।

'লব—"শগোল" হায়বা বাহৈদি পশুশাস্ত্র অমসুং যুদ্ধশাস্ত্রদা তোয়না পাল্লি। হায়যু মতু করম তোহ ?

ব্রাহ্মণ কুমারসিং -

| | |
|---|---|
| তুংদা মথৈ অচোবা | পাল্লি মগী মশাদা। |
| হাই'তুবু তোয়বা তোয়না | মতক শাংই মকাক্তো॥ |
| মখুজিন্না মরিনি | শজিক 'মৌব চাবশি। |
| হৈনৌ মানব মণীকায় | চৎসি লাক্লো কারদে॥ |
| মখোঙ য়াঙবা জীবাশ | লাপ্ন চৎলল্লগনি॥২৬॥ |

( অসি হায়তুনা লবগী ইন্নরিব কৃষ্ণসারমবৃন্দা পায়তুনা চিংই )

লব—(মোল্লুক্ল শগোল য়েংনিবগা লোয়নশা।) আর্য্য পূর্ণমক ! য়েংবিয়ু য়েংবিয়ু, মখোয় আসনা ঐবু চিংলে ( অসি হায়তুনা খোঙ পরপ পরপ থাথ্নি )।

অরুন্ধতী অমসুং জনক— ইবুঙেচা ! ননীং থুংজরুরো।

কৌশল্যা—ভগবতি ! মসিবু উদম চিংবা ভস্মোহইদবগুম তৌহ, অতুনা মকম অমদা চৎলগা মাদু য়েংলুসি।

অরুন্ধতী—মশা থীংবা অচাং অতু লাপ্ন চৎহে, করম্না উগনি।

কঞ্চুকী—( চচলক্লগা ) ভগবান্ বাল্মীকিনা তাকপিরক্লি—ইবুঙেচো ইবেম্মশিংনা লবগী পাউ মতম চানা খঙবিগনি।

জনক—বাহৈ নসি ভাব তাদে; অতুনা অরুবা খোদোক অমা খোক্লম্না তারে। ভগবাত ! অরুন্ধতি ! সখি ! কৌশল্যা

অর্ঘ্য গৃংষ্টে ! ঐখোয় ইশা ইশাংমক চৎলগা ভগবান্ বাল্মী-
কিগা উন্নরুরসি ( অসি হায়রগা ময়াম অদু চৎখি )

ব্রাহ্মণ কুমারশিং—য়েংবিয়ু কুমার ! অঙকপা জীবনি।

লব—উরে, খঙলে—মসি অশ্বমেধগী শগোলনি।

ব্রাহ্মণ কুমারশিং—করম্না খঙবিবগে ?

লব—অপঙবশা ! অশ্বমেধগী শগোল ভাকদব লাম্মীদি কবচ লীংপা চাম, চৈ পায়ব চাম, লীরুং পায়বা চামাম্মা ভাকদবনি হায়বা অদু মখোয়না অশ্বমেধগী মতাঙদা তমখ্রবা মত্রা ? উত্রা ? লাম্মী-শিং অসি মতুমক চপচাব ওইরে থাজত্রগা চত্তুনা হংলু।

ব্রাহ্মণকুমার—লাম্মীশা। মখোয়ম কোয়শিল্লগা শগোল অসিমা চৎলিবসিবু করি কাম্নবিশনে ?

লব—(অপাম্বগা লোয়মন মথন্দা) অশ্বমেধ হায়বা অসিদি পৃথিবীজয় তৌবঙম্ব ক্ষত্রিয়শিংগী অকমবা, অমস্তু মমান্নবা ক্ষত্রিয়বু মায়-থীবা পীনমবগী অচোব মকম অমনি।

নেপথ্যদ—

মরোম তরেৎ অশিদা মাগুম কমবা লৈভবা
রাবণ বংশ ভাকহনবা রামচন্দ্রগী শগোলনি।
কিয়ালসিস্থু মাগীশি রাম বীরনি ভাকপনি ॥২৭॥

লব—(মপূক্লীং শোকপগুম) করাদা ঈ শাপৎহনবা বাহৈমোসে !

ব্রাহ্মণ কুমারশিং—হায়াশঙনাই করি নৈ ? কুমার অশিংবনিকো।

লব—মাপনগ লোয়মন ( চাউথোক্না ) লাউরিবসিবু পৃথিবী অসিদা ক্ষত্রিয় লৈত্রবরা ?

নেপথ্যদা—মহারাজ রামচন্দ্রদবু ক্ষত্রিয়না করি তৌগদৌরি ?

লব— অপঙবশা !

করে করে কমসমু কিহন্দুন' কৈদৌরি ।
ঐনা ঙাংজুনা কাম্নদে মখোয়গী কিয়াল মুমগরি ॥২৮॥

ব্রাহ্মণ কুমার পুম্নমক ! মখোয়না শগোল অসিবু কোয়থৎ থংলগা তেংপাক্না থাজুনা থাজুনা পুখো ; শগোলমচা শজিশংগী মরক্তা লৈসনু ।

নিপা অমা ( শাউনা মাপমগা লোয়নমা চঙলক্লগা )

মচীম মখা চোমগনু অঙাং ! করি হায়রে ? খুৎলাই পায়রিবশিংসে তমথিবা মীসুংশি খঙদবা ঙাক্লি । অঙাংনি হায়জুমনু মাপমতৌনা ঙাংলবদি মখোয়না তাজুনা লৈগদবা মক্তে । য়েক্লবা হাৎপদা ফাওরবা রাজপুত্র চন্দ্রকেতুমু অহকপা বম য়েংবিনিংলবনি ; মচাক্না লেঙলক্তিং হৈগী মমুঙদা মখোয় পুম্নমক কুংলবা এম অসিদা শরপ শরপ চেক্লহৌরে ।

ব্রাহ্মণ কুমারশিং—কুমার ! খুৎলাই পায় ররাশং অসিনা খুৎলাই উত্তুনা কুমারবু চৈকৎ থাংহাল্ল. শগোল অসিনা ঐখোয়গী কামবা লৈতে ; আশ্রমমু লাপ্লা লৈ, অতুনা ঐখোয় শজিগুম্ন' চোংজুনা চোংজুনা চেন্নসি ।

লব—(মোমোম মোক্লগা ) খুৎলাই থাঙৎলক্লিবরা করিনো ?

( লৌরি হাগুনা )

লৈয়েংগুম্বা লৌরিনা ঐগী লৌক্লং অসিবু ।
কোইরক কোয়হল্লসমু মসিগী মতোম 'নিনা ॥

য়াপত 'মীগী মতৌগুম অকি মথক ওইসন্নু।
অসিদগী অকিবা টঙ্কারধ্বনি থোকসন্নু।
লীরূং 'সিগী অকিবা মন্নুংগী শরূক অসিন.।
প্রলয়গীদি মতমদা জগৎপু য়োৎকে তৌরিবা।
যমগী ময়াম্বা কাবগী মতৌ মবোঙ তমসন্নু ॥২৯॥

( মতুংদা মবোং থোক্না থোঙ খাংদুনা পূয়মক চৎখি )।

( কৌশল্যা জনক উন্নবা কৌবা মরিশুবা অঙ্ক লোইয়ে )।

---

# মঙাশুবা অঙ্ক

নেপথ্যদা—লাম্মী পূয়মক! ঐখোয়গী উপায় অমদি লাক্লে।

লানগী লামবাউ ঐখোয়গী চন্দ্রকেতু তাদুনা
দোলাইদদি তোংদুনা মকম'সিদা য়োয়ক্লে।
সুমন্ত্রনা তকিংনা শগোল ময়াম খোয়ক্লি।
য়াওনা য়াওনা শগোলনা অতোঙ অকুৎ মকমদা
চেন্নকপত্নুমক্তনা দোলাইদা খেৎপা কিয়ালগী
কোবিদার বৃক্ষনা শাবা চৈথোক্লা খিক্লি ॥১॥

( মতুংদা সুমন্ত্র সারথিনা থৌরিবা দোলাইদা তোংদুনা চন্দ্রকেতু লীরূং পায়দুনা অতকপা, সুতভাইবা অমসুং অকিংবনা লোয়নদা চঙলকপা )।

চন্দ্রকেতু—আর্য্য ! সুমন্ত্র ! য়েংবিয়ু য়েংবিয়ু--

মশক মুম্ব খঙ্গ্রিবা    অকমবা অঙাং অনিবা
লাম্ কমদা লাম্মী মথক্তা    লৌক্লাগুম্বা ভেম্বাবু
কাপশিল্লক্লি তত্তুমা    মমায় ঙাংলে শাউবমা
ক্রে ক্রে চাইরে মশমম্ত    খূৎমা পায়বা লৌক্লংগী
খোংজি অমী অসিস্ত    মখোল খোক্লি ভত্তুমা ॥২॥
রঘুবংশগী অনোবা    অঙ্গ্রুগুম্বা মরোম্দোম্
ঋষিমচা অসমা    লাম্নোশিংগী মশাদা
অবংবা ভেমগী মপৈবু    থাজুমা ঐবু পেনহল্লি,
শাম্বুগী চায়রুং শরুদা    থং থং লাউমা থারিবা
উনদা অকিব মশক্লি    অঙকপানি অঙকপ ॥৩॥

সুমন্ত্র আয়ুষ্মন্

লাই হিংচাব খিবিক্কী    মপাঙ্গলদগী হেল্লবা
মঙ্গী মশক মাল্লবা    অঙাংসিবু উরগা ।
বিশ্বামিত্রগী যজ্ঞবু    থুগাইবিবা হিংচাবা
হাৎনবগী লৌরুং পায়বা    রামবু শাংশিংজরিদা । ৪।।

চন্দ্রকেতু—অঙাং অসিমক্তনা ঐখোয় ময়ামগা লাম্ভেংনবসি ঈকাইবগী মশক্লি ।

লফু পাম্বীগুম    শাংলবা মথুৎনা
পাইরবা কিমিঙাই    ওইবা খুৎলাই ।
মপৈমাদ পূম্লং লংলি    সমাগী
শরীক মচা মচাশিংগী    খোম্থাংনা ॥

ঝণ ঝণ লাউরে দোলাই খিবিকন্থু
তত্তমা মচুম তাম্নিবা মোঙ্গুম্বা
শামু মপৈমা তেঙ্গোল্লক্তা লৈম্রি,
লাম্মী ময়াম পুন্দুনা লানকম'সিদা
অচাং অসিমতবু পুথকোয় কে'ম্নরে। ৫।

সূমন্ত্র—ইবুঙ্গো! ময়াম অসিমা পূল্লবদস্ত কম্রিস্ত তোব' ওম্রেরোই-দবদা তোঙচোন্ তাম্নবদি কাম্নবু হায়্নসিগে।

চন্দ্র—আর্য্য! থুংলৈ থম্নদং থুনা পুবিয়ু—মম্নমদি মসিমা ঐখোয়গী তেঙ্গোল য়াম্না হাংচল্লক্লে য়েংবিয়ু—

অঙাং'সিম' লীম্নগী মখোলবুদ খোকহল্লি,
ঐখোয়মোমগী তেঙ্গোলগী হুন্দুাক্তগী মখোলনা
লীম্নি মখোল হেলহল্লি, উম্নীনদি কুপ্লবা
চীংলমদদি লৈম্নিবা শামুশিংম' কিতুনা
তোয়খোং তোয়খোং খোংলাক্ল লীম্নিখোম্না ময়া'মগী
মমাকোংবু ব'হ'ল্ল, অচাং'সিন' লান্মীগী
লুম্নেন কয়া ককথংসি, চেংলি মশ' পূম্নমক
লৈমায় শীমখ্রে লুম্নেমন। মমীং তম্না চাহুমা
মমস্থ পেমখিবগুম্রে, কিশম্নবা মচীন্দে
পাথম্নকপা চাঞ্জাক্লা লানকম অসি শীমথরে ॥৬॥

সূমন্ত্র—(মথন্দা) অস্থক কনব অঙাং অসিগা লানবা পাউ হাম্নবা কয়ম্না ইচিম্না হায়্নসিগে (বাখল তোম্নগা) ঐখোয়দি

ইক্ষ্বাকুবংশগী যুমদা মতম কুইম' লৈরক্লবনি, থোক্লরবা লানকম অসিদা করি তৌনঙঙাই লৈরি।

চন্দ্রকেতু—(অতকপা ঊকাইবা অমসুং অকিবগা লোয়নবা) ওহ্মোক-পা'ন ; লাম্মী পূরবক কায়রদুনা মমায় ওনম্লে।

সুমন্ত্র—(দোলাই কয়া থোবগী অভিনয় তৌরগা) অচাং অসি মমা বারী বাতাই শাবা য়ারক্লে।

চন্দ্রকেতু—(কাউবগী অভিনয় তৌরগা) আর্য্য! লানবাউ পুবা-শিংনা মসিগী মমিং হায়রম্বদুবু করি ?

সুমন্ত্র—ইবুঙো! "লব" হায়বনি।

চন্দ্রকেতু—

পাম্বোম পাঙ্গল কল্লবা লব কৌবা ইবুঙো!
লাম্নীশিংনা কায়রদে ঐহাক লৈরে অসিদা
চতশিল্লকউ ইনাক্কু' মৈনা মৈদা লুপসন্নু॥৭॥

সুমন্ত্র—য়েংউ, য়েংউ কুমার!

নাপম চাউবা মোংশাগী মচানা মোঙ্গী মোথোনবু
তারগা শাযু হাৎপা তোকপগুম অচাং আসন্ন
কোক্লবদা নহাক্লা তেঙ্গোল হাৎপা তোকথরে।

(মতুংদা ফিংনা চাউথোক্ল. থোং থাংদুনা লব চতলকপা)

'লব—কজৈ, ফজৈ, রাজপুত্র! ইক্ষ্বাকুবংশগী সন্তাননি হায়রবা থাঙ্গৈশেংবনি। অদুনা হপিল্লক্লিবসিনি।

( নেপথ্যদা লাউখোংলবা )

লব—( তমৈ লৈশিল্লরুগা ) হৌজিক্ক ইথুত্তা মায়খিখিবা লেমা-
পতিশিং অসিমা কাপ্পল্লক্কুনা নাপনগা লোয়নমা লেপ্পুনা
মায়গৈ থুদিংদগী ঐত্তোঙ্গা খুৎলাই তমশিল্লক্লি। ঈকাইবা
থজবা মীচোপশিং অসি তুকচৈ।

প্রলয়গী মতমদা মুংশিংনা কন্না হুন্বদা।
সমুদ্রদগী কায়কপা ঈশিংগীদি মপৈনা॥
চাংদা থাইশিল্লুবদা হৌয়কপা মৈগী ময়াদা।
তাকথিবগী মতোওম মায়গৈ মরি মক্তগী।
লাকপা খোল্লাউ অহোবা লাম্মী তেঙ্গোল অসিগী।
মাঙলসমু ঐহাকা অকনঅণাউ মৈমুংদা॥৯॥

( অসি কায়রতুনা খোঙপাংই )

চন্দ্রকেতু—হে অচাং;

অতকপা কংমা মগুণনা থোইদোক হেন্দোক লৈবমা।
মতমা ঐগী মুংশিবা মরুপ ওইরবসিকো॥
ঐগীবি হায়বা খিনীকস্নু মজি মপোৎ চাক্তনি।
অতুমা নপা মচাবু ওৎপা হৌমদবনি।
মজী মপাঙ্গল পম্বীকা তৌকম চন্দ্রকেতুনি॥১০॥

লব—( মুংচাইন অমমুং ফিংমা ওস্তোক্লুগা ) মতিক মগুণ চাউরবা
সূর্য্যবংশ-সন্তানগী চাংলকপা থাচাং অসি খোৎলি কল্লি।

অছুনা মরাম অসিমা কাররদে, মসিগী সম্বাম পীবা ভাই।

( নেপথ্যদা অমুক মিররকপা )

লব—( শাউনা অমনুং মশাবু করি কৈতনা খন্দুনা ) আঃ মকনবা মতাং অসিগা লানবা পাছুনা থেংনগদবদা লাম্মৌশিং অসিনা ঐবু খীংলে। ( লাম্মৌশিংলোমদা চওশিনখি )

চন্দ্রকেতু—আর্য্য য়েংবিয়ু—

মরাও হৌনা মাপনা মিৎয়েংলিবা ঐতোন্দা
তুংদা ঐগী তোঙালনা মতুং ইনা তানবা
তেন্দমরব লীকুংবু থাঙৎলিবা মহাকনা,
তুংমাং মায়কৈ অমীদা হৌররুবা মুংশিংনা
হুযা চুমথাও খাল্লিবা মোঙ্গুম কজরিবসে ॥১১॥

সুমন্ত্র—কুমার নহাক্তুনা য়েংলগা থওবনি, ঐদি পুমওকতুম কুঙবনি।

চন্দ্রকেতু—হে মিংথৌ পুন্নমকঁ!

শগোল শামু মথগী মথক্তদি তোংলিবা,
কবচনা হকচাং কল্লিবা চহীদম্ব হল্লিবা।
মিংথৌ ইথুংতোশিংনা মখোঙমদি চৎলিবা
মথন্দম্র তায়রবা, কৃষ্ণসারচর্ম্মবু॥
থাওরনা ইল্লিবা চহী মতাং মোবনা
মশা মবু থোৎলবা অতাং অসিগা লানবাবু।
পাগথি হোৎনরিবসে রাজা লাল্লবনীকো॥১২॥

লব—(অশাউবগা লোয়ননা) মসিনা ঐবু মুংশিবিবীবা?

( যাথন তৌরগা ) তৌমিংবা তৌসনু !' মতম 'কুইদবা জৃম্ভকাস্ত্রবা তেঙ্গোন অসি 'পঙথহল্লগে (' অসি হায়রবা ব্যাখ্যা- অভিধয় উংথি )

সুমন্ত্র—( ভকিং তকিংবা ) ইবুঙ্গো ! ঐথোয়গী তেক্কোনগী খোল্লাউ ঐমীক লেপথ্রবা কয়িগীনো ?

লব—মাপল চাওবা অসিগী মপাঙ্গল চাংয়েংগে ।

সুমন্ত্র—( কিংবা ) ইবুঙ্গো ! কুমার অসিনা জৃম্ভকাস্ত্র কৌথ্রাখ্রে খল্লি ।

চন্দ্রকেতু—চিংনমিংতাই নৈতে ।

অমম্বর্গা মোংথাঙ্গা    অমি পুল্লপ পুমবনা
অকিবা মশক কউংদ্রে    মুন্না য়েংশিল্লবস্তু
মিং লাইহৎলি' মম্বনা    মামা থাদোক্লবস্তু ।
মীং' অসিবু যাহল্লি    ঐগী লাম্মী পুন্নমক
অয়েকপা লাইগুম নৈবি    জৃম্ভকাস্ত্র শোয়দবে ॥১৩॥

অঙকপমি ! অঙকপমি !

প্রলয়গী 'মতমদা    তাইবংপানবু মাঙহনবা ।
ঙম্বা শাফু কল্লবা    অকিবা মশক কংবা ॥
মুংশিংনথি 'ছল্লবা    অমহৌকস্তু অপুনবা ।
মোংশিংগী মোংথাংনা    মাগী গুহা পুন্নমক ॥
পিঙ্গলবর্ণ ওইরিবা    বিদ্যু-চাংগী চাংদোনগুম ।
উনি জৃম্ভকাস্ত্রশিং    মখোয়শিংসি পাতালগী ॥

, সুংদা উৱীবাৱীমা কোয়শিল্লবা মকমদা ।
চোম্পলৈবা মঙাক্তম মুশিম মুমা নৈরিঙো ॥
মৈগী মৈশা লাংলবা লংত্রিক লংবা পিথাইজম ।
: ৭ পিঙ্গলবর্ণ ওইরবা মত্তালমা ঈরং লংলি ॥
জৃম্ভকাস্ত্রশিংসিমা শীমবা থুংখ্রে আকাশ ॥ ১৪ ॥

✓সুমন্ত্র—মাসিমা জৃম্ভকাস্ত্র কদায়দগী অমুক কংলুরিবা ?

চন্দ্রকেতু—ভগবান্ বাল্মীকিদগী ওইরমগনি থল্লি ।

সুমন্ত্র- ভগবান্ বাল্মীকিদি খুংলাই শীজিন্নদবনি অদুগী মথক্তা
জৃম্ভকাস্ত্রবুদি শূপশীমমক শীজিন্নদবনি । মরমদি
কৃশাশ্বগী মচানি খুংলাই মখোয়শিং অসে ।
বিশ্বামিত্রদা স্নোখি মকমদগী মহাক্কী ।
পীনত্তুনা মহাক্না নৈখি রামভদ্রদা ॥ ১৫ ॥

চন্দ্রকেতু—সবগুণগী মত্তায়বু থোইনা কেম্না তাববদি মন্ত্রজ্ঞ ওইবা
অত্তে মহাত্মাশিংস্ন মশানা খঙবনি ।

সুমন্ত্র—(চেকশিল্লু ইবুঙো ! মহাবীরসি য়োৎক্লে ।

লব অমসুং চন্দ্রকেতু—( মহৈ মচৈ ) ভক্তোক্লা য়েংবদা পেল্লিদা !
( সুংশিমা পুক্লিং য়াওনা য়েংলগা )
উরুবগা মসিবু ঐগী থম্মোই অসিবু ।
পূমচিং ওইনা চীংশিল্লি মুঙ্ভোটবনা পুমহৎলি ॥
পূংকম শেনকম কবদা উরখিব' সিমরা ।
মগুণ থোইদোকপনব মকাৎবুকী মপোক্তা ॥

ইপা ইচা ওইখিবা অদুমক্না তৌবরা ।
ঐগী ঐগীদি ওইবা খঙদবা মরীচুমবা ॥১৬॥

মূমহ—থবাই পানবশিংগী স্বভাবতি অসি চাক্তনি—কনাগুম্বগী
মকমদা কনাগুম্বনা থবাই শোক্না সুংশি; অদুবু মীওইবশিংনা মিৎ চানবদগী খোকপনি, হায়কম লেপকম খঙদবনি,
অমস্তুং ঈশ্বরগী ইচ্ছাদগী খোকপনি হায়রে ।

মরম নৈতনা পোক্লকপা প্রেমদু মাঙবা হৌনদে ।
সুংশিবা হায়বা লংনা তুশিনবনি থম্মোইবু ॥১৭॥

লব অমস্তুং চন্দ্রকেতু—( অমনা অমগী মকমদা )

লেক লেক লাউনা কওবা *রাজপট্টগুম্বব ।
মশাসিদা কনম্না ঐমঃ তেনবু কাপশিগে ।
মসিবু কোঙ্গনিংবনা তুজুং মাঙুংলনবনি ॥১৮॥

তৌইগুম্বস্তুং ঐগী খোইদোক্লবা থৌনাবু ।
খিংবা তম্বা অসিদা খুৎলাই থাবা মতম ॥
নৈরি করি তৌনিঙ্ঙাই মসিদদি চঙজবা ।
থম্মোইদবা খুৎলাইনা করি কারগবনো ॥
ঐগীদমক খুলাইবু পারথৎলবা মতমদা ।
লাল তোক্লগা ঐহাকপু মসিনা করি হায়গনি ।
তক্লবগী নিয়মনা থিংই সুংশি নিয়মবু ॥১৯॥

---

*রাজপট্ট—মণি মথল অমা ।

সুমন্ত্র—(নববু য়েংলগা মপি তাবা মখন্দা) হে পুত্রীং! কদিদী মত্তবা
মত্ত-মত্তবা খল্লিবনো?

মমম অতু আশাগী বিধাতাবা মাঙহনবে।
তংখুবদা উম্বীবা মপান শাংপা হৌনদে ॥২০॥

চন্দ্রকেতু—আর্য্য! সুমন্ত্র! ঐ দোলাইদগী কুমথজনগে।

সুমন্ত্র—কদিগীদমক?

চন্দ্রকেতু বীরপুরুষ অসিবু ঈকায় খুম্নমবা অমসুং ক্ষত্রিয়ধর্ম্ম
চাক্লমবা। মরমদি দোলাই তোংবশিংবা মথোক্তবা চৎপশিংগা লানথেংনবা হৌনদে হায়বা শাস্ত্রজশিংবা হায়রৈ।

সুমন্ত্র—(মখন্দা) ঐদি অবাধা কিবমদা তায়বদি। মরমদি—

অচুম্বা থবক অসিবু ঐনা কয়ক্লা খামদিগে।
তাকং তকিংবা থবকপু ঐনা কয়ম্বা য়াসিগে ॥২১॥

চন্দ্রকেতু—ধর্ম্মগী অমসুং অর্থগী চিংমম্বা মতমদা পিতৃপুরুষশিংমক্লসু চান্নবা মরূপ্নি হায়তুনা হংমম্নিবা আর্য্যনা কদি য়াথল থমবিনিবগে?

সুমন্ত্র—আয়ুষ্মন্! ধর্ম্ম কায়ত্রবা চুম্নবা থবকপু য়াজয়ে।

মসি লানগী মিয়মদি কুইনা চৎমনকপদি।
রঘু শাগৈগী অথৌবা মীশকশিংনা চাক্লম্মি ॥২২॥

চন্দ্রকেতু—তাকপিবা য়াথং অচুম্বনি।

ইতিহাস পুরাণবু বর্ণাশ্রমগী ধর্ম্মবু।
মনুনচিংবা শাস্ত্রবু রঘুবংশগী রীতিবু।
আর্য্য মহল-লম্মবনা খণ্ডবিরিখদি চাকচাশাগাংবন

নৃপম্ন— ( মুংশিনা মপিভানা কোন্দুনা )

ইন্দ্রজিৎপু হাৎখিবা　　লক্ষ্মণ হায়বা মুংশিবা ।
মতম্ পোকপা মপাদো　　ভরাংদনি পোকখিবা ॥
মাগী মচামক্লম্　　অকন লমচৎ চৎলক্লে
দশরথবংশগী　　ময়াতাবা শোয়রোই ॥২৪॥

চন্দ্রকেতু— ( অবাবগা লোয়মনা )

রঘুকুলগী মকোকী　　ধাবামদি লৈত্রবদা ।
ঐখোয়গী বংশ করম্না　　লেভদনা লৈহৌগদগে ।
হায়বগী অবা মৈচাক্লা　　চাক্লি পম্মো অহুম্ ॥২৫॥

নৃপম্ন — অবাবনি ! চন্দ্রকেতুগী মথাহেশিং অসি তাদনা থম্মোই শোকই ।

লব— বীরমশগা লায়বা বাৎসল্যরস ঐগী পুক্লীংদা কাওখিবা ।

থানা থোক্লগা থবোনা　　মুভতাইজবগুম ঐহাকী ।
মিৎকমু ঋসি উক্লগা　　মুভতাইজবনি অহুম্ ॥
ঝণ ঝণ লাউনা হৌরবা　　লীমিবুদি চিংবদা ।
মখোম্মোকপা মচৌবা　　লীক্লং পায়মিংলে পামদোম্না
অকিবা মশক কংলবা　　বীররসম্ মকোক্তু ॥২৬॥

চন্দ্রকেতু—(লোলাইলগী কুমথংরক্তুনা) আর্য্য ! সূর্য্যবংশগী চন্দ্রকেতুনা থুক্লমজনি ।

সুমন্ত্র—

অমাং অভা লৈতবা ওকী শক্তম পুরবা।
ভগবান্ শ্রীবিষ্ণুনা পুরষশ্রেষ্ঠগুণা মহাকী।
লাকচবদি অমমা হৌরোইদবা অশেংবা।
অকনবদি তেজবু য়াইফমবদি পীসনু ॥২৭॥

অমসু

মজী বংশগী হৌরকফম সূর্য্যদেবনা লাকমদা
সুভতাইববু পীসনু গুরুজনখিবিকী
গুরুবশিষ্ঠদেবনা সুভতাইহনবিরসনু।
ইন্দ্রবিষ্ণু বায়ু অগ্নি গরুড়গী পাঙল কংজবো।
রাম লক্ষ্মণ অমিগী ধনুষ্টঙ্কার মল্লনা
মতম লৈবা খিবিক্তা মজী জয়বু পীসনু ॥২৮॥

লব—কুমার! দোলাইথক্তা লৈবমচুম হেন্না মীংথিজে, হেন্না ঐকাই খুন্নবা উৎপিবগী কান্নবা লৈতে।

চন্দ্রকেতু—অচু ওইরবদি মীথোইমীহেনবা ইবুঙ্গোসু দোলাই অমদা লেংথৎপিয়ু।

লব—আর্য্য! রাজকুমারবু দোলাইথক্তা থাজৎপিয়ু।

সুমন্ত্র—মতম্ব চন্দ্রকেতুগী মরা ইয়ু।

লব - ইশাগী শীজিন্নবা পোত্তা করি থম্নিজাই লৈবগে? অদুবু ঐথোয়দি বনদা লৈবদিনা দোলাই তোংবা হৈয়ক্তে।

গুরু—ইবুঙ্গো ! চাওথোকপগী অমসুং মোঙ্লুকপগী য়াঙাংশাঙাংদি
মহাক হৈরে। ইক্ষ্বাকুবংশগী য়ামভদ্রনা নত্তবু উয়মবদি
মহাক্কী থম্মোই প্রেমমা মহী চেন্নমগনি।

লব—য়াজর্ষি অদু অকবা মীনি হায়রমা ভায়। (ঈকাইবগুন)
ভোইগুবসুং

বজ্র মাঙহনবা মীদি মত্তবনি ঐথোয়দি,
তাইবংপানবা অসিদা নিংথৌ মাবু কমামা
মভীক মগুণ ভারগা ঈকাই খুম্নরোইদবা
য়াওবগে অদুম ওইমমক শগোল ভাকপশিংসিগী
বাহৈমা ক্ষত্রিয়শিংসবু থোওইউশিত্তে হায়রমা
শাউবদগী পুর্নীংগী থোকখি অওমবা অমথক ॥ ১৯ ॥

চন্দ্রকেতু—(মোমোম মোক্তুমা) অপোকপগী (য়ামচন্দ্রগী) মভীক-
মগুণ অথোংবা ভারগা ইবুঙ্গোনা খাঙবদা বাবিবয়া ?

লব—ময়ম অসিদা ঐগী খাঙবদা বাবা ১সুং বাদবা ওইনিংবা ওইসনু।
ঐনা হংজনিংনিবদি মসিনি--য়ঘুবংশগী নিংথৌ অদু ইন্দ্রিয়-
খুদুম চমবা নিপানি হায়রমা ভাজে; অদুনা মশাদি মাপম
ভোদবা চাউথোক্তবশি, মাগী প্রজাগী মসুভদসু মাপম ভোদবনি,
মাগী শগোল ভাকপা লাম্মাশিংদি হিংচাবগী বাঙাং অঙনিবা
করিগীনো ?

মুনিশিংনা শাপনবা অঙাওবগী বাঙাংবু
হায়রবৈ হিংচাব'ব'ঙাংনি মরমদি বাহৈ অদুমক
য়েংথিবগী ময়দি খলক্ষ্মীগী মণরি ॥ ৩০ ॥

মরুম অসিনা তাইবংপাম অসিদা গুরুপরম্পরাগী মহুৎরুদা যাগ্রৈহে অহুবু ফজননা হায়রৈ, মহু মত্তববু থাগৎলৈ।

তাবদা নুঙ্ঙাইবা অচুম্বা     যাহৈনা নিংবা থুংহান্নু,
অলক্ষ্মীবু তাম্থোকই     অকবা মিংচৎ পোকহল্লি,
পাপপুম্থ মাঙহল্লি     পণ্ডিতাশংনা অসিগুম্বা
যাহৈবু য়াইফ খিবিক্কী     হায়রৈ কামধেনুনি।।৩১।।

সুমন্ত্র—বাল্মীকিগী পড়ুরাম পুকচেল ফজবা অঙাংদিনা, মুনিশিংগী-গুম্বা সংস্কারনা তিল্লবা যাহৈবুদি হায়রি।

লব—চন্দ্রকেতু! মতমা হায়খিন্দাই "অপোকপগী মতীক মগুণ তারগা থাংবা ঙম্মদবরা" মহুদা খঙনিংলি—ক্ষত্রিয়শিংগী ধর্ম্ম অসি অথম্বা মীদা লৈগদবরা?

সুমন্ত্র—ইক্ষ্বাকুবংশদা পোকপা রামচন্দ্রবু শুপ্নমক খঙদবদগী অহুম্বা ভাঙলেবনি ৎহাক্ল। অহুমা কাহেনবা বাঙাং অহু লেপ্লে।

লাল্মী তেঙ্গোল খিবিকপু     মায়খিকন্দুনা মহাক্লা
থাগৈশেংনা অকনবা     মীগী লমচৎ চৎথরে।
পরশুরামবু ভম্লিবা     রামদদি অসুম হায়গনু।

লব—'মোক্লা' মিংলো অহু পরশুরামবু ওয়নি, অহুতনা করিগী অহুক থাগৎমিঙাই ওইবগে? মরমদি

ব্রাহ্মণশিংগী মপাঙ্গল     মবাহৈদা লৈবনি,
মপাম্বোমদা লৈবনা     ক্ষত্রিয়গী পাঙ্গলনি,

পরশুরাম ব্রাহ্মণনি  খুৎশু-খুৎলাই পায়বনি।
মাবু ঙম্লে হায়রগ  করি থাগৎমিংঙাইবো ॥৩৩॥

চন্দ্রকেতু—( থম্মোই শোক্ল ) আর্য্য! আর্য্য। মথা তানা খুমজুনা কায়দে।

কৌশিক অসিদ মসিনা  হায়কন থঙদব অশোবা
পুরুষাবতার ওইরবান,  ভগবান্ পরশুরাম কাও
মঙোন্দদ বীর মঙবা  ময়োল তরেৎকি অকিবা
অথংবা থিবিক মাঙহনবা  রাম চরিত্র খঙদবা ॥ ৩৪ ॥

লব—রামগী চরিত্র অমস্তং মাগী মতৌকপু খঙদবা কনা য়াওবগে? ঙাংগদবা লৈরবস্ত তোক্লসি।

অহলশিংগী চরিত্র  বিচার তৌবা হৌরদে,
লৈরসনু মথোয়ডু  ক'র নৈননিঙাইবো,
সুন্দগী সুপী তারকা  হাৎলবস্ত মহাক্কী
অখোইবা মিংচৎ মথৌনা  তাইবংপান্দা কাওথিব,
"থর"-গা লাম্লেংননদা  খোঙকম অহুমদং ভুংলোমদা
মায় ওন্দনা হন্দোকথি,  বালি হাৎপা মতাঙদা
কয়াদা হৈ শি। থবমো  পূম্নমক্ক খঙনরি ॥ ৩৫ ॥

চন্দ্রকেতু—হাই! লমচৎ মাইদব। অপোকপবু তাথিবা! মাপল চাউবা শারেদ।

লব—করিনো ঐঙোন্দা নমিৎ থাবা শারিবা!

সুমন্ত্র—অনি অসি শাউনয়ে।

মহৈ মহৈ তেম্নামিংলে  মশা ঈনীক নীরদ্ধে,

হাইবে পুনবা শমশিংনু মহৌশানা তাঙ্গাবা
থম্বাল মামবা মরিৎনু অমুকনু হেন্না তাঙলক্লে,
খোয়না পীগুম অমীগী অগোই শাবগী মতৌনা
তম্বংবা মাইহিং পক্লবা থাজগী, থক্তা পাইম্বিবা
খোইমুনা তোংবা থম্বালগী মতৌগুম কজৈ মমায়না ॥ ৩৬ ॥

লব অমসুং চন্দ্রকেতু—অদু ওইরবদি লানগী মতীক চাবা মকমদা চৎসি ( অসি হায়রগা পুম্নমক চৎখি )

কুমারবিক্রম কৌবা মচাগুবা অঙ্ক লোইরে।

---

# তরুকগুবা অঙ্ক

( অরংবা বিমানদা তোংডুনা বিদ্যাধর মতৈ মনাও চঙলকপা )

বিদ্যাধর—সূর্য্যবংশগী অভাং অমীসিগী থওহোদনা লানকমদা অকিবা শককম ওইরক্লে, ক্ষত্রিয়গী মতীকচাবা মথৌনা উৎনবে, অমীগী মথৌনা উবদা লাই হিংচাবশিংনা তক্লবে। মচুদি প্রিয়ে য়েঙঙু, য়েঙঙু—

অভাং অমী অসিনা মথোল হৌবা লীক্লংদা
তেঙ্গা খোংলগা তেনকাপ্পি লীক্লংগী শরীক মচাম্না
ঝন্ ঝন্ লাউরি থুজিগুম লীরীমা, খোংজি অমীমা
ঝিল্লি কংনা অকিনা অমীগী মকোক অমীনা
লেংলি অভংনা নৈভনা অমুম তৌবা অমীগী

অকিব কংবা লানকল্লা মথং মথং হেল্লক্লি ॥ ১ ॥
মখোয়, মীগী অখোইবা খুৎলাইনা 'তিয়া শীনথরে,
অমীগী য়াইকনবগী খোংখোংলশুম লুল্লবা
ডুন্দুভি মখোল "ডুম ডুমনা" মায়কৈখিবক্তা শীথরে ॥ ২ ॥

অছুনা মখোমা লৈবা অভাং অমীগী মথক্তা, মকাকল্লা শাৎলবা ফজবা সনাগী থম্বালনা কুংনা কুংনা তাগদবা পারিজাৎমচিংবা শুরতরুশিংগী অমৌবা মণিগী মশক ওইবা মরোলদগী শিল্হরকপা লৈহীগা শল্লবদা অমুকসু ফজবা পুষ্পবৃষ্টি-তাবসমু।

বিদ্যাধরী—মতমচাদম' কুপ্লকপা খোংথাং' মঙালগ অতিয়া মগুল অসি পূর্নশীন শীনথ্রে কয়িগীনো ?

বিদ্যাধর—ঙসি কয়িনো ?

বিশ্বকর্ম্মা কৌবগী শাণযন্ত্রদা কাপ্লগা
লৈরবা সূর্য্যমগুলগী তেজগুল্ল' লংলবা
রুদ্রগী অহুমগুরকপা মিৎকী মিৎথক হাংলত্রা ? ॥ ৩ ॥

( থাখল তৌরগা ) ওঃ ! খঙলে, চন্দ্রকেতু হায়বা অভাংসিথা আগ্নেয়াস্ত্র কাপ্লবনি, মাগী মঙালনা পুমশল শল্লবনি।

কিয়াল চৈখোক্তা য়াল্লিবা চাক্লিচাক্লিব চামরমা
মরাং মরাংবা বিমানশিং থৈদোক্লথয়ে লোইনবা,
মৈগী মৈরীশিংসিমা কিয়ালচৈখোক্তা পুল্লিবা
কিগী কিজিশিং অছুদা মিকুপ অমগীদমক
কুহুঁমগীমচু অভাংবগী মচুবুদি পুয়িদো ॥ ৪ ॥

অভকপনি ! বজ্রথগুমকপু চাকথেকপা ঙবা, মথক্তা মৈরীক মকুপ মকুপ পাইথুৎলিবা অকিবাকংলবা মরমর হাইদোক্লবা

ৈমরিমা কিমিঙ্ঙাই ওইরবা মতীক চাওরবা মৈগী মপৈশি। মাগী মৈশ মায়কৈ খুদিংদা লাংলে। অদুমা ঐগী ইশাবা চ'মপোক্‌পীবু খল্লগা লাপ্পা থৈদোকখ্রগে। (মতুমক তোই)

বিদ্যাধরী—ইরাইবককবদগী মক্তেবামুক্তোগুম ঈংলব' মমেক মহাও কায়বা থোৎলবা কমকম লাওবা চায়থোইবগী মশাগা শোক্লবদা মৈশা পুম্নমক লোইমা কোকখ্রে, অদুগীস্তু মথক্তা মিৎ অমীমক মুঙ্ঙাইবদগী উইরুম উইক্লব্লে অমম্ভং কোয়মৈ লৈরে।

বিদ্যাধর—ইবেম্মা! মরম অসিদা করিগুম্বা অমদি ঐমা তৌখি মন্ত্রগা

করিমত্তা তৌরবস্থ মুঙ্ঙাইবতমা অবাবা
কোকহমবমি, মরমদি মামা মাগী চামবা
মী অদুমা মহাক্রী হায়কম খঙদবা পোৎশক্লি ॥ ৫ ॥

বিদ্যাধরী—তত্তুমা কোয়মৈ লৈদুনা কুপ্লিবা মোংথাংবা লৈতেং ওইরিবা অমদি মল্লায় কা'য়বা বাহোঙ্গী থৌরিগুম্বা মুমবা মোংমক্তমা আকাশ পুমকুপ কুপখ্রে, মসি করিমনো?

বিদ্যাধর—মীংথিবমি! মসি কুমায়লবমা কাপ্লকপা বারুণ অস্ত্রগী শক্তিমমি। করে. তত্তুমা তারকপা মোংগী মোংলিমা আগ্নেয় অস্ত্র থামখ্রে।

বিদ্যাধরী—ঐবা পেত্নে ঐশা পেত্নে।

বিদ্যাধর ওস্লোকপনি ! পোৎশক পূম্নমক হেনবু চেল্লবদি মাঙনবগী মরম হেক্তা ওইরকই । মোং মুংশিৎ অক-বনা হুম্বদা ওরং ওরং হায়না তপ্লি তপ্লি খোংলিব মোংমক্তনা খুয়ুখিড়না শুক শুব অমম্বম। তাইবং পানবগী মথবায়পানবাশং-সে পুমকুপ কুপাখিবগুম তোরে । অমুক্তদা পূমউম উমগে হায়না কাখৎলকপা মহাদেবগী খোয়ীচরমদা মথবায় পাম্বা পূম্নমক চাখিবগুম তোরে অমসুং প্রশয়গী মতমদ মারাঙণনা যোগমিত্র তোড়না লৈৎবদা মাগী পূক্লুংদা চঙড়না লৈশিবদগী তোবগুম জীব পূম্নমক থক থক শাক্লি ।

ফজৈ, ইবুঙো ! চন্দ্রকেতু ! নহাক্ন বায়ব্য অস্ত্র শাজিন্নরকপা মতম চাবনি । মরম্নদ

তত্ত্বজ্ঞানন ব্রহ্মাদ  তিলহমখিব জগৎপু
অতুগুম্না নহাকী  বায়ব্যাস্ত্র অসিন
অসুরক্যায় সোংয়াম্বু  মফম অমদা তিলহমখ্রে ॥ ৬ ॥

বিদ্যাধর—ইবুঙো ! অয়াপ্প মকমদগী তফিং তফিংনা থাঙ্গৎলর্‌ মথুৎনা ফিগী ফিজ লৈতুম ( হাইডুম ) ফজবা যাহৈনা লান থামডুনা মিপা মচা অমী অসিগী মরক্তা অচৌবা বিমান অমা হাইশহল্লক্লিব মীশক অসি কনানো ?

বিদ্যাধর—( য়েংলগা ) রঘুপতি রামচন্দ্র, শম্বুকহাৎলগা লেংলক্লি । মহাপুরুষন হায়রকপা  লামখাম যাহৈ তারগা

মাগী মমাগী য়েংডুনা লাম লেপখ্রে লবনা,
চন্দ্রকেতুনা খুরুমখ্রে হৌজিক রামচন্দ্রনা
মচা কংমগুবনা য়াইকববু লৌসল্লু ॥ ৭ ॥

( অসি হায়রগা বিদ্যাধর বিদ্যাধরী অনিমক চৎখি ))

বিষ্কম্ভক

( অতুদগী রাম, লব, অমস্তুং খুরুম খুরুম্না চন্দ্রকেতু চঙলকই )

রাম—( পুষ্পকরথদগী কুমথ কুমথনা )
হে সূর্য্যবংশগী চন্দ্রগী মশক ওইব চন্দ্রকেতু !
চর্ম্মশল্লকউ পরপ পরপ কোল্লো লাউ ঐহোন্দা
উনগুম ঈংবা মশা'গা শোক্লজবদা ঐকাকী
পুরুষৈংগীদি মৈচাকসে পুমকোক ওইনা কোকসল্লু ॥ ৮ ॥

চন্দ্রকেতু—খুরুমজরি—

রাম— ( চন্দ্রকেতুবু কোমথৎলগা মুংশিনা পিভানা কোল্লগা )
দিব্য অস্ত্র কোম্নরিবা মশাদি ভেক্কে-কায়দেকো ) ?

চন্দ্রকেতু—অঙকপ থবক ভৌরবা অমস্তুং য়েংবদা মুংশিববা লবগা থেংনজবদা ঐহাক য়াইকজরি । অতুমা ঐনা হকৎচরি-ঐহাকপুগুম্না অমস্তুং ঐহাকমক্তদগীসু হেন্না থৌজাব মিৎয়েং য়েংবীডুনা অথোইবা মহাবীর অসিবু ইপল ইবুঙোনা মিৎয়েং ভাবিন্নু ।

রাম—( লববু মুন্না য়েংলগা ) ইচাগী মমারবা অমগী মুর্ত্তিদি

ওহোৱা ঈশ্বতি খীংথিজৈ, অকৰা লক্ষণ কয়ানা ছিনবনি।

অমংপু হাকে হায়তুনা
ধনুর্বেদনা হকচাংবু
পুতুনা চোংথোক্লকপনি,
বেদবু তাকে হায়তুনা
ক্ষত্রিয়গী ধর্ম্মনা
মূর্তি পান্দুনা থোক্লকপনি
মসি তাইবংপানবগী
থৌনাগী গুণগী পুণ্যগী
মপৈনা চোংথোক্লক্কুনা
লৈরম্মিবা মতানি ॥ ৯ ॥

অর্থ—অহকপা অথনি! মহাপুরুষ অসিগী মতীক অমম্বুং মশক তশেং তশেংবনি।
আশা প্রেমভক্তিগী অচৌবা ভুতন্তকম অমনি।
থোইদোক হেন্দোকপা ধর্ম্মগী অরূপনি শরাইবা ॥ ১০ ॥
অহকপনি।

মসিবু উরুয়ে হায়রগা থংমচৈনা য়েমথয়ে,
মুত্তহাইবনা থম্বা মুংশিবা মকা লাম্নকই,
হাইগংলমচং অতুনা কদাররদি মাতথুবা ?
তোল্লি হায়বা বাথলনা ঐগী ইরু লূকহল্লি,
কম্নিস্থ তৌবা গুমজদে, তীর্থগী মতৌগুম্নবা
মহাপুরুষ থিবিকী কণ্ঠমেদবা প্রভাবনি ॥ ১১ ॥

অর্থ—অহাং অসিনা পুরক্কা ঐগী অবাবা থিবিকপু
কোকহননা কম্নিগী, প্রেমনা থম্মোইথুম কর্ম্ম মমমমগীদো ?
মমম য়াওদনবু মুংশিবা হৌনবরা হায়বা অসি চুমদবা বাদি।

মহৈ মহৈ পোৎশিংবু তিন্নত্তোৎমহনবজি,,
সুংশিবা প্রেমনা মপানগী মরীবু য়েংবা ত্তোদবনি,
মুখিৎনা হেক্কা থোকপগা থম্বালনা হেক্কা মশাৎলি,
থানা থোক্লগা চন্দ্রকান্ত মণিনা মহী চেল্লকই ॥১২॥

লব—চন্দ্রকেতু! মসি কনাবো?

চন্দ্রকেতু—মরূপ! মসি তাতপাদনি।

লব—চানবা মরূপ মতমা হায়রিবসিনা অতুম্বা ওইরবদি ধর্ম্মগী মতুং ইন্না ঐগীসুনি। তোইগুমন্নং রামায়ণগী হাবিগী মপুঙদা মরু ওইবা পাত্র মরিমক তাতপাদনি। অদুনা কনাবো মুন্না তাকউ।

চন্দ্রকেতু—ঐগী ইপলদি মরূপ! খঙ্বিয়ু।

লব—(মুত্তাইবগা লোয়ননা) উম্! স্বয়ং রঘুনাথমক ওইরে। চসিদি ঐগী ইন্নাইবক কবা সুখিৎনি, নৈপাকী মপুবু উবা ফংজরে। (খোল্লুক্না অমম্নং হয়াওনা য়েংলগা) পিতঃ! বাল্মীকিগী ছাত্র লবনা খুরুমজরি।

রাম—(প্রেমগা লোয়ননা কোল্লগা) লাও, লাও, ইবুঙো! হেন্দোক্না খোল্লুকপনা কাররে। হন্না হন্না চেৎনা কোল্লু
মপুম মরৈ কাবরা থম্বাল নৈনাগুম খোৎলবা
য়েংলবা অমম্নং থাগুম চন্দন মহীগুম ঈংলবা
মশাবুদি শোকপনা ঐবু ইপেল পেলহল্লি ॥১৩॥

লব—(মথন্দা) ঐবু মখোয়না মরম নৈতনা সুংশিবিরি, অপঙবা
প্রস্নোইদা নৈবা অথুপ্পা মরম অমথক্কনা

---

* তাতপাদ—ইপাব

ঐনা মথোয়দা হিংসাগী লমচৎ চৎলুব্রি। ইপুক্লীং অসি য়োনা কৎলুত্রে, থুৎলাইকাওবা হাইগৎলুবে। ( কোংনা ) তাতপাদনা, লবগী মরাম হাকপিয়ু।

রাম—ইবুঙ্গো! মঙগী কব্রি মরামনো ?

চন্দ্রকেতু—শগোল হাক্লিবশিংগী মকমদগী তাতপাদগী থৌনা অহু তাবদা মসিনা বীরপুরুষকী লীচৎ চৎখিবনি।

রাম—মচুদি ক্ষত্রিয়গী নৈতেংনি।

মথৌনা নৈবনা ’তোপ্পগী মথৌনাবু য়েংনবে
মচু মহৌশাগীনি          মন্তে হসি হয়াংগী,
সূর্য্য দেবনা মহালনা      তন্তনা চাক্লবা মতমদা
সূর্য্যকান্তমণিনা           মশাগী তেজ পুথোকপা
চোপই হায়বগীদমক       মন্তে মহৌশাগীনি॥ ১৪॥

চন্দ্র—পিতঃ! মসিনা ঐখোয়বু শাউবন্থ নীংথিজদবা মন্তে, ঙিৎহোং তাবিসি—মায়কৈ থুদিংগী তেজোলশিংসি সুংশিয়বা মরূপ অসিনা কায় জৃম্ভকাস্ত্রগী শক্তিনা লেঙদনা চপ লেপত্রে।

রাম—ইবুঙ্গো! লব! থুৎলাই থাদজিল্লো; চন্দ্রকেতু! মহাকম্ব হাকৃনা নৈন্নিবা অমম্নুং মথৌ তৌত্রবা লান্নীশিংগী মকুক কাজিল্লু।

লব—পিতৃদেবনা তাকপীবা মতুং ইন্না—( অসি হায়বগা খ্যাদনী-অভিনয় তৌই )।

চন্দ্র—তাকপীবা মতুং ইন্না ( অসি হায়রগা চৎথি )

লব—ঐগী জৃম্ভকাস্ত্রগী মখৌ লেপ্লে।

রাম—ইবুঙো। কাপথোকপা লৌশিনবগী মন্ত্রগা লোয়নবা জৃম্ভকাস্ত্র পুম্নমক গুরুগী পাউত্তাকতাগী কংনবা ঙাক্তনি।

ব্রহ্মাদচিংবা লিয়রবা    গুরুজমখিথিরা
বেদগী মঙ্গলগীদমক    চহী লীশিং হেল্লবু
তপস্যাবু তৌরগা    মশাগীদি তেজগী
মশক ওইবা থুংলাইমু    কৎকখিবনি মথোয়না ॥ ১৫ ॥

মতুংদা ভগবান্ কৃশাশ্ব ফুমিনা, চহী লীশিং অমা হেন্না ছন্ত্র ওইনা লৈখিবা কুশিকগী মচানিপা বিশ্বামিত্রগী মফমদা জৃম্ভকাস্ত্র অসিগী মন্ত্রগী মশক ওইবা অথুপ্পা বিদ্যাবু তখিখি। অদুগুম বিশ্বামিত্রনা ঐঙোন্দা তম্বিখি, মসিমি গুরু পরম্পরা, তৌটগুমন্নং কুমার অসিগী মফমদা তম্বিরকপা গুরুদি কনাগে? ঐমা হংলি।

লব—থুংলাইশিং অসি ঐখোয় অনিগী থগ্মোইদগী মশানা হেক্তা থোকচরকপনি।

রাম—( বাখল তৌরগা ) জগৎতা ওইথোকপা কায়বু নৈবগে? হেন্দোক থোইদোকপা পূণ্যগী কলনা ওইবস্থ য়াই। অদুগা ঐখোয় অমীগী হায়রবসিদি করিগীনো?

লব—ঐখোয় ইচিন ইনাও অমা লাইবোক্লি।

রাম—অনিগুমদুদি কনাগে?

মেপথ্যদা—ভাগুায়ন ! ভ'গুায়ন !

বিংথোগী লাম্মীগা লোয়নবা লাম্থেংনবে লবনা
অসি হায়বয়া নহাক্না খোক্লবনি শোয়দনা
অছুদি ভাইবংপানবদা মিংথোয়েন হায়বা বাহৈবা
পুম্নাং ওইনা মাওসনু ওসি ক্ষত্রিয় জাতিগী
থুংলাইগী মৈরি পুম্নমক পুংমুং ওইনা মুংসনু ॥ ১৬ ॥

রাম—ইন্দ্রনীলমণিগী মচুমল্লিবা কুচুনা
অহাং অসিনা কনাগে৷ অমুবা অমোবা মোংবা
লুম্না খোঙলকপা মতমদা মৈশাংলিবা কদম
বুকশুম্না ঐহাকপু মথোলনা ভুক্কুংহল্লিবা ॥ ১৭ ॥

লব—মসি ঐগী ইয়াম্বা আর্য্য কুশনি; ভরতকী আশ্রমদগী হল্লক্লবনি ।

রাম—( পুক্লিং য়াওনা ) অসোমদা কৌশিল্ল্য ইবুঙহো !

লব—কোশিল্লগে ( অসি হায়ত্নুনা খোঙ থাঙাখ )

( মতুংদা কুশ চঙলকপা )

কুশ—( খুঙকপা মুঙ্খাইবা কমস্তং ধৈর্য্যগা লোয়নবা নীক্লংচিংত্নুনা )

মতীক চাউবা মৈবম্ভ মনুদগী হোত্নুনা
মথোয়না ইন্দ্রদেবগী মতেঙ পাংত্নুনা আক্লিবা
নাপন চাউবা নীশিংবু ভুম্না মাঙ্গলনগী

মশা মশাদা পকচবা ক্ষত্রিয় মচাগী মথৌদা
মৈবু থাজুনা লাক্লিবা অচুগুম্বা সূর্য্যবংশগী
মিংথৌশিংগা লোয়ননা শাথেং লাম্বেংনরবদি
অরংবা থুংশু থুংলাইগী মশেক মঙাল থিবিক্লা
আরতিদি ভৌখ্রবা লৈরিমদি তিম্লবা
লৈরুং অসি ঐহাকী থাগৎমিঙোই ওইগনি ॥ ১৮ ॥
( অসি হায়দুনা চাউথোক লেমথোক্লা খোঙথাঙথি )

রাম—ক্ষত্রিয় বালক অসিদা থোইদোক হেন্দোকপ মিপ থোকপগী
মতৌ অম লৈরি। মরমদি

মরোল অচুমগী জীবগী মথৌমাবু মাপীগুম
থম্নুনা য়েংবা মিৎয়েংনি মাপলগা লোয়নবা অতম্বা
খোঙপাং অসিনা পৃথ্বীবু নমথবগুম্নি য়েংবদা
অচাং ওইন ওইরমক চৌংগুম লুম্বা মতৌবু
পুম্নুনা মহাক অসিনা শক্লাইবা বীররসনা
ক্ষত্রগা মাপল কৌবনা লাক্লিবনা কবিনো ? ॥ ১৯ ॥

লব—( চঙশিল্লগা ) আর্য্যগী জয়।
কুশ—ইবুঙ্গো ! "লাব" হায়বা পাউ অসি কবিনো ?
লব—কবিদু লৈতবা লাননি। মাপন পূম্বক থাদোকপিরগা মসিগী
মাক্তা নোল্লক্লা লৈৌবয়ু।
কুশ—কবিগী ?

লব – লৈবিরিবসি স্বয়ং রঘুপতি মক্লি, ইচিন ইনাও অনীমকপু মহাক্লা রাম্না চাবিবি, তাদগা রাম্না মক্লনিংলি।

কুশ— ( বাথল খল্লগা ) রামায়ণ কথাগী নায়ক,বেদ লৈবু চাক্লিবা অদুনা ?

লব—মানি হোয় ।

কুশ—মহাত্মা অদুবু উরজবদি মহাপুণ্যগী মশক্লি, ঐনম্ব পামজবনি; অদুবু কয়ম্বা গৌক্লগদগে হায়বদু লেপ্পা ভমদ্রি ।

লব – গুরুজনশিংগী মকমদা চত্তবা হৌনবগী মবোতদা চত্তবিয় ।

কুশ—হেয়া! কয়িগী ?

লব উর্মিলাগী মচানিপা চন্দ্রকেতু পুকচেল কজবনি অমম্বুং অকবা মীনি ; মহাক্লা ঐবু সুংশিবা মরূপ হায়দুনা মরূপকী লীচৎনা ঐবু পেলহল্লি। মাগী মবীদগী রাজর্ষি অসি ধর্ম্মগী মতুংইন্না ঐখোয়গী ইপানি ।

কুশ—হৌজিক ক্ষত্রিয়দম্ব নোঞ্জবা ভাবিবা !

লব—মাগী মুর্ত্তি, মখোনা অমম্বুং চীংলেম্বা মতৌ উরগা মখৌ পুম্নমক মীওইবনা তৌতমদবা চাক্লনি হায়না অনুমান তৌবা য়াবা মহাপুরুষ অসিবু আর্য্যনা মিৎয়েং ভাবিসি ।

কুশ—( য়েংলগা ) অত্তকপনি ! কয়াদা

তক্ল তক্লবা মুর্ত্তিবো তশেংলবা খোনাবো

চরিত্রববু মসিগী কাব্যগী মশক ওইনবু
রামায়ণগী কাবনা লেংখোকখিবা মতীক চায় ॥২০॥
(মাক্তা চৎশিল্লগা ) পিতঃ! বাল্মীকিগী শিষ্যনা ‘খুরুমজরি।

রাম—আয়ুষ্মন্ ! চৎলকউ লাও।
ঈশিংনা মুংদা থল্লবা লোংগুম্না খোৎলবা
মশাবু ঐনা কোল্লিংই মুংশিবনা মরম ওইহুনা ॥২১॥
( কোল্লগা মথন্দা ) নিপা মচা অসিবু ঐগী ইচায়বে করিনো ?
হকচাং শরুক খুদিংদৈ মাহুৎকপা প্রেমগী
অখোইবা শরুক কুম্লবা জ্ঞান হায়বা শরুরা
হকচাংদগী খোকথুগা লৈবগুম্না তৌরিবা,
মপুংফাবা মুত্তাইবনা লৈথাইরবা থম্মোইগী
রসতনা লেম্বগুম্ব’, অচাং অসিনা ঐহাক্কী
হকচাং-পুম্নবু কোমক্না শীক্রি অমৃত রসবু ॥২২॥

লব—পিতঃ ! মুখিৎ লৈশা কমমথত্রে, সালবৃক্ষগী মরুমদা
পিতৃ দেবনা মতম থম্মদং ( লেঙশীনখিসি।

রাম—মতমা পাম্বহুম্মতায়। ( পূরনক চক্তুনা কনখি )
মোঙ্গমা মচম মক্তম্ কুশ-লব অনীনা
লেম্না কম্বা চৎপম্ সাম্রাজ্যগী লকশণি ॥২৩॥
পুরীং হবা মতালনা তয়ংবা রত্না চৎবগুম,
লৈহি মরিক্কা অশাৎপা থম্বাল লৈরাংদা চৎবগুম

* সম্রাজ্য—সার্বভৌম, রাজ চক্রবর্তী ওইহুনা পামনা।

মশাবা লোয়ঙ্গরকপা     মঙ্গলদ খোইদোকপা
মীপুম থুদিং পেলঙ্কনবা     ফজনা হকচাংদা তুংজরি ॥ ২৪ ॥

অঙ্গং অমী অসিগী মশাদা রঘুকুলগী অঙাংশংগী মমরবা শককম হেনঙোক্লা নৈরক্সু উরি।

অদি অসিগী কুচুদ     চপৌ য়াম্লনা থুম্বুগী
মখোরিগী কুচুনি,     মরেংজুম্ব শৌগী
খণ লাবগী মরেঙ্গুম     থাম লিংম লৈননি,
মেখস্থ নেমদে বাংস্থ বাংদে     পাম্বেম মরু অমীদা,
পুকতপ্লবা মোংশাগী     মিৎয়েংগুম্ব মৎয়েংনি,
কমদল পুডগী পুংখোলগুম     গম্ভীর ওইবা মখোলনি ॥২৫॥

( য়ুম্বা য়েংলগা ওম্বেকপনি ! অমীগী মুক্তি অসিনি ঐগী ইশাগদা মাম্লবা নত্তে।

অঙাং অমী অসিনা     মীভাগস্থ মান্নরি,
য়ুম্বা য়ুম্ব য়েংলগ     থডলকই শোয়দনা।
মৌনা ফুগাইদা শাৎলবা     থম্বালগুম্বা ফজব
মায়খোং চাম্লবী সীতাগী     উরি হম্ব অমূকস্থ ॥ ২৬ ॥
ফুঙ্গাগুম্বা লুমবা     থাগী মঙালনা মীংথিবা
চিনবান অসিস্থ মঙ্গনি,     ফজমবা নাকোংস্থ
সীতাগী নাকোংতুমক্লি,     তৌইগুমস্থং নাসিগী
মমিৎ অমীদি অঙাংবা     য়ুব অমী য়ানপাইবৈ,
অতুম অতুম ওইমনক     মাংলৈ ফজবদাদ ॥ ২৭ ॥

---

* মঙ্গল পুড=মঙ্গলগী মতমদা য়েবা পুড।

মকম অদুদা সীত থাদোকখিবা বাল্মীকি মুনিগী বন অদুদু থাসিন্নি, শাবোত্ত শাদা, চহী মতাও অমম্তুং মথোমা হেনবদনু শোন্নমনা ইচানি হায়রামজৌ'। অতাং অমা অসিদা লক্ষ্মণ কান্তখিবগী মতমদা ঐনা থাল্লবাদ চিত্রদর্শনগী মতমদা ঐনা হায়খিবা বাহৈ হুমক্তনা কংবাম থল্লি। মতমদি "অস্ত্রকান্নশিংদ মথং মথং গুরুশিংনা তাকপিদমদি কংব রাবা অদুদু" হায়বসি অহন লম্মশিংদগী ঐনা তাখি। ইপুরিংগী অপেমব অমম্তুং সুক্তাইবনা চিংমন্নবা আত্ম'বু থাজহল্লি। অদুগী মতুংদা ঐনা সীতাগী গর্ভ অমী শুবে হায়বসি হোজ হোজ থতশিবন্নি।

( পিরাং শিন্থনা )

ঐখোয় অমীগী প্রেমনা হেন্নবদা অম্নম অম্নম
অচিকপদা মহাক্না থাজনরদুনম্নু
ঈকাই খীবী ওইবনা মথিৎ অমী উইশিনখি,
মতম অদুদা ঐহাক্না খুৎনা হায়কেৎ মাবনা
মাগী গর্ভ অমীদি হায়বা শেংনা থতনম্মি,
মতম থম্না লৈমগা মশামকন্থ থতজখি ॥ ২৮ ॥

( কপ্পগা ) অতুদি মখোয় অমীসিদা করম ওৌবা হংলিগে ?

লব—কম্নিবো অাসদে !

তাইবংপানবগী মফমদা হরাও মুত্তাই লীখিবা।
মায়খোংবু ফজহল্লি পিরাংনা লীক্লাতাবা থম্বালগুম ॥ ২৯ ॥

কুশ—ইবুঙো !

সীতাদেবী মন্তুমা কয়ি পোৎশক অমমা।
রঘুনাথগী অরাবঃ ওইবোইদবা লৈবরা ॥
চায়খোইবী লৈতমা তাইবংপানবা অসিমক।
ওইরে উযং অশুকপ ৎ অক মত্তে মাগী প্রেম ॥
থম্বা নাইবোই কায়মব মরুম অসিমা মহাক্লা।
রামায়ণ থত্তদবা মীশুম হংলি কবিগীদমক ॥ ৩০॥

রাম—( মথন্দ ) ওস্থোকপমি! অমীগী বাঙাং অসিদি সীতাগা মরী শুপ্পমক লৈমদবমি ; অদুমা হংলুত্তুমা কায়দে। হে চারুবা থম্মোই! থত্তহৌদমা কবিগী বাৎসল্য প্রেমমা লাত্তলক্লি? মতৌ অসুম্না বাবদগী পুক্লিং লাত্তলবা ঐবু অঙাং অসিমক্ত চাথবিরি। করে পূাক্তং কাজনখিগে। ( কোংমা ) ইবুঙ্ঙো অমী! ভগবান্ বল্মীকিগী বাহৈদগী শিক্ষাথবা রামায়ণ সূর্য্যবংশগী অক্ষ মিৎচৎমা থল্লগমি হায়বা তারে। মতু থরদং তামিংই।

কুশ—মতু ঐখোয়না নৈমশুবমি ; তৌইগুম্বসুং বালচরিতগী অথোইবা অধ্যায়গী শ্লোক অমীথক্তি মীংশিংলি।

রাম—হায়রু ইবুঙ্ঙো!

কুশ—সীতাদেবী রামমা মহৌশামা চামবী ওইরম্মি।
মশাগী গুণমা মহাক্লা প্রেমবু হেনগৎহল্লম্মি ॥ ৩১ ॥
অদুম তৌমা রামসু সীতামা নুংশিজরম্মি।
হেক থক্কায়দমীসু অমীমকী থম্মোইনা।
মহৈ মহৈগী প্রেমবু অদুম্মথত্তবরম্মি ॥ ৩২॥

কুশ—মন্দাকিনী অমসুং চিত্রকূটকী মপাক মকপা বনদা শামবা মরুপদা সীতাদেবীনা য়েংহুন্ন ম নাথম শ্লোক অসি শীখিবনি—

মংগীদমক নুংপাকসে থম্মুমায়ে মাঙদা।
অকোয়বদা বকুলগী মপালনা তারি মোংলিরুম ॥৩৬॥

রাম—(ঈকায়ব, মোমোন্নব মীমোক, প্রেম অমসুং অবাবগা লোয়নবা) অদোং অসি থম্না পঙ্গলি, অদুগী মথক্তা বনদ লৈরিবা হায়বা ঐনা মীঙিও হু রেবি। মতম অদুদা পূঞ্জোং নুম পাঙথিবা থোদোক কয়াগী সাক্ষী ওইবা মকম অদুবু মীংশিংবনা? অবাবনি। অবাবনি!

রতি লীলাগী মতমগী পরিশ্রমদগী শোয়রকপ।
হুমাং মথীক্ত ঈংলব, তপ্ন তপ্ন শীংলিবা॥
মন্দাকিনীগী নুংশিংনা হুম্বদা ফেমে ফেমেব॥
শম্মংনদি শীল্লবা লাইবকথাঙনা মীংথিব॥
কুঙ্কুম চন্দন 'তন্ত্রবস্ত্র থক্তাই অমীমা লংলবা॥
কুণ্ডল য়াওদ য়াওদন মাকোংনা মনীংথিজিন্নবা।
মায়থোং অদু মহাক্কী উবগুম্লি শংশংনা।৩৭॥

(সুখীগুম চপ লেপ্তুম লৈরগা অবাবগ লোয়নন)
অবাবনি!

কুইনা থল্ল থল্লগা শেমগৎ শাগৎলক্লবা।
মাঙদা থম্বগুম্লবা নুংশিজবা মীশক্লা॥
কাম্লবা মতক্মক্লেড নক্তে পূঞ্জোং কাদবদি।

বাথল অহু লেপশ্রগা ভাইবংপোমবা অসিমক ।।
পূমহাত্ত পূমহাত্ত হাওলকই বামৈনা চাকপণ্ডম্ম থম্মোইসে ।৩৮।

নেপথ্যদা—অরুন্ধতী বাওবা বশিষ্ঠ পাম্মাক কৌশল্যা ।

জনক মথোয় পূমমক অচাংশিং থংবৈ ভাবগা ।।
কিমতুনা লাকপবু আশ্রমনা লাপমনখিবা ।
চহীমা অকল ওইবনা কম্না থাংব য়াদবনা ।
পূক্লীমে কম্না য়াওমনস্ত কম্না কুইনা চঙলিবা ।। ৩৯ ।।

রাম—অন্নাবমি ! ভগবতী অরুন্ধতী, ভগবান্ বশিষ্ঠ, ইমা অমসুং জনকস্তু মকম অসিদা । য়ারদ কয়ম তৌনা মথোয়বু য়েংসিগে । ( অন্নাবগা লোয়মনা য়েংলগা ) পিতা জনকস্তু মকম অসিদা লেঙলক্লিবা । ঐদি বজুনা থাবমুক বামে ।

বংশ অমীগী কজবা ভ'ইশেমগী মমীদা
পেমবিম্বিবা বশিষ্ঠ মুন্দিমচিংবমা শোক্লিয় ।
মচা অমীগী অদুগুম্ন নিবাক কর্ম্ম অদুদা ।
পিতাদশরথ জনকনা পুন্দুনা মুত্তাইমখিবা ।।
উরুবগা ঐচাক্কু মচৌবা হিংসাগী মবকপু ।
তৌরুবা মতুঙদা পিতৃসখা জনকপু ।
উজবদা শম্মোইনা লিংশং থোক্লা কাযমথি ।। ৪০ ।।

নেপথ্যদা—কয়াদগী অন্নাবনো কয়াদগী অন্নাবনো !

মহৌশাগী কোম্মকপা প্রভাবমজপ জাইরবা ।

রামবু থংউ উবদা কৌশল্যানচিংবদা ॥
হায়া মূর্চ্ছা কওখিবা জনকনা লৌশিং তারগা।
অবাবগী শম্লেংবা ভুংদা বাম্ভুবাদি ॥ ৪১ ॥

রাম— হ, ইপা ইবুঙো ! হা ইমা ইবেম্মা ! হা জনক !
জনকবংশ রঘুবংশ অনীগী মরম থুদিংগী।
রাইক কয়া থোক্লকম মহাকপু থোঙাওরিবা।
পাপচেল্লবা ঐঙোন্দা মথোঙগী থোক্তাদ কাম্নদে। ৪২।
করে, ঐহাক মথোয় অনীবু হয়াও হয়াওনা কৌরক্থিগে।
( অসি হায়রগা হৌগৎখি )

কুশ অমসুং লব—পিতৃদেব অসোমদা লেঙশিনবিয়কসি।
( অবাবগা লোয়নমা পূম্নমক থোঙ থাংচুনা চৎখি )

কুমারগী মশক থঙবা কৌবা তরুকশুবা অঙ্ক লোইরে।

---

# ৭শুবা অঙ্ক

( মতুঙদা লক্ষ্মণ চঙলকই )

লক্ষ্মণ—তারিবরসে ! ভগবান্ বাল্মীকিনা, ঐখোয়গা অমসুং ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় কোম্নুংগা বৈশ্য অমসুং শৈপাক অসিনা শৈর্বাশিংগা লোয়নণা প্রজাশিংবু কৌরগা অম্নুরশিং-অমসুং

শা উচেকশিং ময়রুকগী অধোইবাশিংগা লোয়নবা অচৎচত্তবা মথবায় পামবশিংবু মশাগী শ'ক্তুমা শ্নৌকমখিত্রে ॥ আর্য্য ( রামচন্দ্র ) মসু ঐখ্রোন্দ' তাকপিখি "ইবুঙ্গো ! লক্ষ্মণ ! মশাম' লেংজবা কবিগুরু প্রবন্ধ অমথক অপ্সরাশিংমা অভিনয় তৌহুমা উৎকদৌরি, মদু য়েংমবগীদমক ভগবান্ বাল্মীকিমা ঐখোয়বু বার্ত্তমম' কৌবখি ; অদুমা যত্র খোংকম গঙ্গামপান্দা চৎলগা ময়'মগী কক্ষম শীল্ল। ঐমসু মী অমসুং লাইগী মশক ওইব' মথবায় পামবশিংবু মতীক চ'ব মকমদ' কমহল্লগ্নে"।

গৃহস্থ হায়বা আশ্রমদ' — লৈশ লৈমা মহাত্মা।
অবাবা মুমিব্রতবু — তাকপিখিব আর্য্যম'।
বাল্মীকি সম্মানগীদমক — মায়কৈ সোমদা লেঙলক্লি ॥১৮

( মতুঙদা রাম চঙলকপ' )

রাম—ইবুঙ্গো ! লক্ষ্মণ ! তাবোকশিং পুম্নমক মকম চানা চাবা কমথেক্কে ?

লক্ষ্মণ—আজ্ঞা।

রাম—তৌইঙুমসুং কুপ অমসুং লববু চন্দ্রকেতুবুগুম্না মতীকচাবা মকমদা কমহন্নগদবানি।

লবকা—মহারাজ' ইবুঙ্গোমা রাম্না সুংশিবি হায়জুনা মমাইদা মতুমক শীতমরুবানি। অতুগ শ্রীযুক্তকী থুম্ন লৈরব,, লেঙশিনবিদি॥

( রাম লেঙশিনখি, পুন্নমকসু কয়খি )

লক্ষ্মণ—ইবুঙ্গোশিং পুন্নমক ! হৌগৎলে ।

সূত্রধার—( চঙলক্লগা ) তিনবিরিবা ইবুঙ্গো ইবেম্মাশিং পুন্নমক ! সত্যবাদী ভগবান্ বাল্মীকিনা অচৎ চত্ত তাইবংপানদা তাকপিরি "ঐনা অ্তাম চক্ষ্না চপচানা উবগা শেংলবা করুণ অমদি অদ্ভুতরসনা তিল্লবা দৃশ্যকাব্য অমা শেম্লে ; মশিনা থৱাৎলুবদগী পুন্নমক্‌ য়াম্না পুক্নীং চঙশিনবিগনি ।

রাম—মতীক চাউবা, ধর্ম্মবু চপচানা খঙলবা মহর্ষিশিংগী অমনি অয়াম থূগম কংহনবনি, সৱগুণগী মণক ওইবনি, চঙবা ঙমদবা মকম নৈতবনি হায়বসি চিংনবিঙচাই ওইদে ।

নেপথ্যদা—হা আর্য্যপুত্র ! হা কুমার লক্ষ্মণ ! লাইবক থীবী ঐহাক বনদা ইথন্দা নৈরি, হাকপীনবা কনা য়াওদে, অসিগী মথক্তা * প্রসব বেদনাশু লাক্লে । হিংবগী আশা নৈত্রবী ঐবু শাহিংচাবজীবশিংনসু চানিংলি । লাইবক চাওবী ঐনা ইশাবু হৌজিক গঙ্গাগী গর্ভদা লুপথহনখ্রগে ।

লক্ষ্মণ—( মথন্দা ) অয়াবনি ! থনবনা অম, থোকপনা অমা ।

সূত্রধার—নিংথৌ রামচন্দ্রনা পৃথিবীকন্যা সীতাবু ।
অচৌবা বনদা শীথরে, প্রসববেদনা কংলগা !
মহাক্না মশাবু গঙ্গাগী গর্ভদা লুপচহল্লিরে ॥ ২ ॥

( অসি হায়রম্লগা চংখি )

---

* প্রসববেদনা—অহাং উমরমদাইগী নাউয়েক ।

রাম—হাদেবি! মিকুপ অমত্তং ভাইরন্মু।

লক্ষ্মণ—আর্য্য! মসি, মাটকমি মাটকমি।

রাম—হা দেবি! দণ্ডকারণ্যদা লৈমিন্নরকপি! মণ্ডী কত্তবা মরাইকবসি রামদগী খোকগ্রবমিকো।

লক্ষ্মণ—মাটকত্তা উৎকদবসিত্বুম মিৎয়েং তাবিসি।

রাম—বজ্রগুম খম্মোই কল্লবা ঐমা য়েংমবগী শেম শাব্ববমি।

(মতুম্ভো অঙাং মিপা মচা অমমম পল্লবী পৃথিবী অমন্থং গঙ্গামা শম্নবী সীতা চন্তলকই)

রাম—ইবুত্তে! লক্ষ্মণ! উখি খণ্ডখিদ্রিবা হৌরককম খন্তেবা অমঘদা চণ্ডশিমবগুম তৌরি; অদ্বুমা ঐবু খরা ভাকউ।

গঙ্গা—স্নাইকবি! সীতে! ভপথখো, লাক্লে অফবা মরাইবক। রঘুবংশ কমবা ঈমুত্তদা পোক্লে মচা'মী ॥ ৩ ॥

সীতা (পুল্লীং ভপথরগা) ইরাইবককবমা ইচামিপা অমী পোক্লে। হা আর্য্যপুত্র!

(অসি হায়রগা বাস্থথি)

লক্ষ্মণ—(রামগী মথোঙদা ভুহুনা) আর্য্য! আর্য্য! ঐথোয় লাইবক কগৎলক্রবমি। রঘু শাগৈগী রাইক মত্তোল খোক্লক্লে। (উরপা) অরাবমি! অবাবমি! আর্য্যদি পিয়াংমক্তমা হকচাং খুম্নহুমা বাম্বুবিরবা! (অসি হায়দুনা হমাই হম্মি)

পৃথিবী—ইবেম্মা! লৌশিং তাবো, লৌশিং তাবো।

সীতা—( লৌশিংতারগা ) ভগবতি ! ইবেম্মবু কমায়ো ? অসিরমা কমায়ো ?

পৃথিবী—মসি, মঙগী শ্বশুরকুলগী দেবতা গঙ্গানি ।

সীতা—ভগবতি ! ইবেম্মবু খুরুমজরি, ইবেম্মবু খুরুজরি ।

গঙ্গ — অশেঙবা ময়মচংবা হেন্নকপ য়াইকবগী মচাক মরলবু কংজরো ।

লক্ষ্মণ—থোক্লামনি ।

গঙ্গা—মসি মঙবু পোকপীনি ।

সীতা—হে ইমা ইবেম্মা ! কিবম অসিদা মঙবা ঐবু উশুবা !

পৃথিবী - লাও, ইমাগী ইবেম্মা ! ( অসি হায়দুনা সীতাবু কোল্লগা-য়াম্থি )

লক্ষ্মণ—( মুঙঙাইবগা লোয়মনা ) লাইবক কন্নবা পৃথিবী অমসুং গঙ্গা দেবীনা আর্য্যাদা চঙজকম পীবিরে ।

রাম— ( উরগা ) থোদোক অসি থোইদোক্লা য়ানবগী মশক্কি ।

গঙ্গা—পুন্নমক খাঙবা ভশ্বী পৃথিবীমক্লমু মচাগী অরাবা কংলি, মরম অসিনা মচাগী প্রেমবা পুন্নমক্তগী হেল্লি । মক্তগা মচাগী প্রেম হায়বসিদি খ্বাইদক্কি মকমদা চপ মান্নবা মরামগী লাং অমসুং খরায় পামবশিংগী থম্মোইদুংদা লৈবা ককপা ভগ্নোইদবা সংসারবু তাইশিন-কাজিন্নবা-লংগী মশক্কি । ইবেম্মা ! বিদেহ-নন্দিনি ! দেবি ! ধাত্রি ! মথোয় পুন্নমক ! পুক্লোং ভপথবিয়ু ।

পৃথিবী—দেবি ! সীতাবু পোকপী ঐনা কয়ম্না পুক্লোং ভপথগদগে ?

কয়ামুক কুইনা সীতানা অরাবা কয়াগা লোয়মনা
হিংচাবশিংগী মরক্তা অহানবদা লৈরক্লে ।
অদোংশুবা থোদোক্তুমি তাবদা হল্লোইনবনি ॥

গঙ্গা—অক্না লুংঙাই কয়'বু তমগদৌশ্নিবা লাইমকপু
খিংবা ভঙ্গা কমাদৈ ভাইবংপামবা অসিদা। ৪ ॥

পৃথিবী—ভাগীরথি! তাকপীশ্নিবা য়াথং অচুম্বনি। মসি রামভদ্রগীদি
মতীক চপ চাদে।
রামনা নহা ওইরিবৈ মতমদা পায়খিবা সীতাগী।
মখুৎপু ঐবু জনকপু মৈরু হায়বা ইন্দ্রকপন্থু।
মচ কাওবমকপুম্নু হন্নমক্ত য়েঙখিদে॥ ৫।

সীতা- অরাবনি! আর্য্যপুত্রবু মীংশিংহনবিরেদে।

পৃথিবী—অ:! নঙগী আর্য্যপুত্রতু কনাদো?

সীতা—(ঈকাইবা অমস্তং পিতাবগা লোন্নমনা) ইমাসা তাংজিনো
তাংজসনু।

রাম—ইমা! পৃথিবি! তাকপিশ্নিবত্তমক ঐদি ওইজরবনি।

গঙ্গা—ভগবতি! পৃথিবি! চংনবিয়ু, সংসারগী কিবম পূরনক
লোইননক থঙকিরগা ঈথত থতদবঙুম্না মনা বিপাগী মকমদা
শাউবিরিবদি কন্নিগী?
ভাইবংপামবদা তাবদা অন্নাবা মিংচৎ অকীবা।
শন্না শনথি, মত্তুঙদা লঙ্কাদ্বীপতা নৈঙ্গুংবা॥
লাঙজদে প্রমাণ তৌরম্মি মক্ত ভারতবর্ষগী।
মী কনানা থাজগনি, ইক্ষ্বাকু কোনা বংশদা॥
পোকপা মীশক থিবিকি নৈদিন্ন মিরম অমা মঙ্গলী।
"পেজহনগাদবনি প্রকাবু" মাস ভ য়াম্ন লুথনি।
মসিদা রামভদ্রনা তৌগদবা কারিনো?॥ ৬॥

লক্ষ্মণ—মথন্তায় পাম্নবশিংগী মকমদা দেবতাশিংনা উদবা থজনা লৈতবনি; অমুক থোইদোক্লা গঙ্গাম। মরম অসিনা ইবেম্মবু পুৎ অদি লোয়না মমাইনা থুরুংজরি।

রাম—ইমা ইবেম্ম'! মহাক্না ভগীরথদগী হৌরদুনা মথঙ মথঙ থৌজানবিরক্লি।

পৃথিবী—দেবি! ঐদি মতম লৈবা খিবক্তা মথোয় পুন্নমকপু চানবনি। তোইগুম্বসু মচাগী অবাবদি হায়রকেৎ থাজমদবনি, অদুনা ঐনা অদু হায়খিবনি, সীতাগী মকমদা লৈবা রামজুগী প্রেমঅদু ঐনা থজদবদি মক্তে।

লাইগী মোংদম্না ইচা সীতাবু থাদোকখিবদা।
পূক্নীং রারবা রামনি, মশাগী থোইদোকপা ধৈর্য্যনা
অমদি প্রজাগী পুণ্যনা হিংদুনা লৈজরিবনি॥ ৭॥

রাম—গুরুজনশিংদ মচা মগুশিংগী মকমদা ইচান্দা চানখিবনি।

সীতা—( কপ্না কপ্না মখুৎ লোয়দুনা ) ইমা! নচাবু মশাদা তিজহনবিয়ো।

রাম—করি ভাকপিরকদগে?

গঙ্গা—চহী নীশিং অমা চুপ্না থিথে।

পৃথিবী—ইবেম্মা! মচানিপা অমী আসবু কুপ্না লেনগদবনি।

সীতা—ঐদি মপু পান্দবীনি।

রাম—হে খম্মোই! ত্রজগী মশক ওইংবা!

গঙ্গা—নবুদ্ধো হিংলিরৈমজদা করিগীদমক মপুপান্দবী ওইরিবা?

সীতা—লাইবক থীবী ঐনা করম্না মপুপানবী ওইগদবা?

গঙ্গা অমসুং পৃথিবী—জগৎকি মঙ্গল পীরিবা মশাবু করিগী থোওইদ্রি।

মঙ্গা নৈনরুবা মরীবা থোইনা শেংলি ঐখোয়গু ॥ ৮ ॥

লক্ষ্মণ—আর্য্য! তাবিসি।

রাম—অতোপ্পশিংনা তাসনু।

( নেপথ্যদা লাউথোংলকপা )

রাম—থোইনা অঙকপা অমা থোক্লবা তারে।

সীতা—অতিয়ানা পুমঙাল চাল্লিবা করিগীনো ?

গঙ্গা—অমসুং পৃথিবী—থঙলে, থঙলে।

কৃশাশ্বনা অহানবা বিশ্বামিত্রনা মতুঙদা।

রামনা মতুগী মতুঙদা তাকপিখিবা মখোয়বু।

থুংলাইশিংদু কোঙলক্লে জৃম্ভকগা লোয়নমনা ॥ ৯ ॥

নেপথ্যদা—সীতে! দেবি! মহাকপু থুরুমজরি ঐখোয়না।

মচানিপা অমীমা ঐখোয় খিবিকী উপায়রি।

চিত্রদর্শনগী মতমদা মসিমক রামনা তাকপিখি ॥ ১০ ॥

সীতা—ঐখোয়গী ইরাইবক কবমা * অস্ত্রদেবতাশিংনা শক কোঙ-বিরক্লে।

লক্ষ্মণ—আর্য্যনা তাকপীখি— "শোয়দনা মচাশিংগী মথুংতা য়োৗরকখিগনি।"

রাম—থুংলাই অথোইবা মখোয়বু থুরুমজরি। মখোয়বু কক্তেবদগী

* অস্ত্রদেবতা—থুংলাই শেনবা লাই।

ধন্য ওইজবনি। হেক মীংশিংজয়কপদা ইচাশিংগী মকমদা য়োৌবিরকনি।

থুংলাই অখোয়বা মখোয়বু        থুরুমজরি ঐহাক্না।
কংজবদগী মখোয়বু        মহৈ য়াঙ্গখিবনি॥
হেক্তা মীংশিংজবদা        ইচাগী মাক্তা য়োৌবিনি।
মতম পূম্নমক্তা মখোয়গী        মঙ্গল ওইবা ওইসনু॥১১॥
পাখংলবা অবাবগী        ঈথকতো অকেপা।
অমস্তুং মুত্তাইজবগা        তিম্নরুবদা মরীক ওইনা।
হৌজিক্তা হাইকম খঙদেবা        কিতম অমা ওইখবে॥১২॥

গঙ্গা অমস্তুং পৃথিবী— মুত্তাইজয়ো, ইবেম্মা ! মুত্তাইজয়ো ! মচানিপা অনীমক হৌজিক রামভদ্রগা মান্নরবনি।

সীতা—ভগবতী অনিমক ! মখোয় অনীগী ক্ষত্রিয় মচাগী তৌকম খোকপা মখোবু কনানা পাডখোকপীগদগে ?

রাম—বশিষ্ঠনা চাক্লিবা        রঘুবংশগী থারাবু।
হেনহল্লিবী সীতানা        মচানিপা অনীগী।
সংস্কার তৌবিগদবা        মীবু কংত্রে 'রাবনি॥১৩॥

গঙ্গা অমস্তুং পৃথিবি—ইবেম্মা ! অয়েম্বদা খল্লুগনু। মরমদি খোম-থাইরবা মতুঙদা অতাং অনীবু ভগবান্ বাল্মীকিগী মকমদা কংচকুগনি, মহাকমক্না অনীমকি ক্ষত্রিয় মচাগী হৌনবা সংস্কারগী থবক পূম্নমক তৌবিরকনি। মরমদি শতানন্দ, বশিষ্ঠ        ঋষি অনিনা জনককো।

রঘুগীদি বংশগী গুরু ওইবগুমছুনা।
বাল্মীকি ঋষিসু বংশ অমীগী গুরুনি॥ ১৪॥

রাম—ভগবতী গঙ্গাগা পৃথিবীগনা খনবিরিবা রাখল রাম্না চুমনি।

লক্ষ্মণ—আর্য্য! মনাই ঐনা থাঙ্গৈশেংনমক মরমশিং অসিনা কুশ অমসুং লববু সীতা দেবীনা পোকপা মচানিপানি হায়না থক্সরবনি।

অমী অসি পোকপদগী থুংলাই লোয়নরকপনি।
বাল্মীকি হায়বা মুনিনা সংস্কার 'পুম্বা তৌবিগ্রে।
চহি তরানিথোই গুথরে অকন অথৌ ওইরক্লে॥১৫॥

রাম—ইবুঙ্ঙো! অহুমনীদনা হরাও নুঙ্ঙাইবনা ইপুক্নীং লাঙবদে! অহুমা মরম ওইহুনা ইহক ঙকপনিদনা!

পৃথিবী—লাক্লো ইবেম্মা! পাতালবু শেংদোকপিরো।

রাম—চাম্নবি! হে ইবেম্মা! অত্তোপ্পা লোক 'মদা চংখ্রবোইরেকো।

সীতা—ইমা ইবেম্মা! মচাবু মশাদা তিনহনবিরো; মচানা তাইবং-পানবগী অহোংবা কিবম অসি পুবা থাংবা ঙমজরবনি।

রাম—করি হায়না থুমকবা?

পৃথিবী—ইবেম্মা! নচানিপা অমীসিনা খোমথাইজ্রিদ্রৈকো অদংদি মহাক্না য়েংথিজুনা লৈয়ু; মতুংদদি নঙনা পাম্বগী মতুংইনা।

গঙ্গা—অহুমক্সি তৌগদবা।

( মতুংদা গঙ্গা, পৃথিবী অমসুং সীতা চংথি )

রাম—সীতাগী করম্না লোক অমদা চৎহুবা ! হা দেবি ! দণ্ডকারণ্যদা নৈমিরৈগী চ'মরবি মরুপ ! সতীধর্ম্মদা লাইগুম্বি ! অতোপ্পা লোক অমদা চৎহুবে'ইরেকো_ (অসি হায়রগা বাহ্মখি ।)

লক্ষ্মণ—ভগবন্ । বাল্মীকে ! ভাকপিয়, এনবিয় মহাকো ক্যব্যগী কারবরু অসিরা ?

নেপথ্যদা—আতোদ্যক* লেপ্লো লেপ্লো । অচৎ চঙবশিংগা লোয়নম্রিবা মর্ত্ত্যবাসী অমসুং অমর্ত্ত্যবাসী থবায় পানবা পুম্নমক ! মহর্ষি ভগবান্ বাল্মীকিনা অঙকপা শেংলবা অমথক ভাকপিরক্লিবসি য়েংউ ।

লক্ষ্মণ—( য়েংলগা )

নৈবদগী মতাগুম গঙ্গাজলনা পাথৎলে ।
লাই অমসুং ঋষিনা অতিয়াসি শীনথরে ।।
গঙ্গাগা পৃথ্বীগা লোয়ননা আর্য্য সীতা দেবীনা ।
ঈমুঙদগী কার'ক্ল অঙকপগী মতৌনি ।। ১৬

নেপথ্যদা অমুকসু—

তাইবং পানবা খিবিক্লা ঈরাৎনিঙাই ওইরিবি !
অরুন্ধতি ! ইবেম্মা ! গঙ্গা পৃথিবী কৌজবী ।।
ঐখোয়নীবু পেলহল্লু মনৌ লমচৎ শেংজবী ।
সীতা দেবী অসিবু মতোন্দা শিয়জরমগে ।। ১৭ ।।

---

*আতো'দ্যক—বাণ'মাচংবা বাদ্যবু তত, মুরজনচিংববু আনদ্ধ, বংশীমচিংববু সুষির, কাংস্যতালমচিংববু ঘন কৌই । মথল মরী অসি পুল্লগনা আতোদ্যক কৌই ।

লক্ষ্মণ—অকবা লাইবক্ল—অঙকপা! অঙকপা! আর্য্য! মিৎয়েং ভাবিয়ু। মিৎয়েং ভাবিয়ু। অৱাবনি! হৌজিক কাউবা জ্ঞান ভাবিদরি।

(মতুংদা অরুন্ধতী অমসুং সীতা চংলকই)

অরুন্ধতী—ইবেম্মা! জানকি! থীমগনু ঈকাই থীবা তৌগনু।
শোকপদা মুচ্ছাইবা মথুৎনা রামভদ্রবু তেকথৎহল্লু॥ ১৮॥

সীতা—(তাপ চঙ্ঙনা শোক্লগা) আর্য্য পুত্র! জ্ঞান ভাবিয়ু।

রাম—(জ্ঞান ভাবগ মুচ্ছাইবগা লোয়নমা) ওঃ! করিনো অসিদে! (য়েংলগা মুচ্ছোইবা অমসুং অঙকপগা লোয়নমা) সীতা দেবীনিম! (ঈকাইবা অমসুং মোমোম মোকপগা লোয়নমা) ইমা অরুন্ধতী, ঋষ্যশৃঙ্গ অমসুং শান্তাগা লোয়নমা গুরুজন পুন্নমক মুচ্ছাইবিরে।

অরুন্ধতী—ইবুঙো! ভগীরথবংশগী লাইয়েম্মী ভগবতী গঙ্গাদেবীনা থোইদোক হেন্দোক্লা পেনবিরে।

নেপথ্যদা—ভাইবংপানব'মপু! রামভদ্র। চিত্রদর্শনগী মতমদা ঐহোন্দা ভাকপিখিব' অৱাহে অদু নীংশিউ "ইমা! অরুন্ধতীনা তৌবগুম্না মরোনুপী সীতাগী য়াইফ ৱাথল থনবিয়ু" ঐহাক্লা মরম অদু পাঙথোকচগ্নবনি।

অরুন্ধতী—মসি মনেম্মোক পৃথিবীনি।

নেপথ্যদা—মমাইদা মচা সীতাবু থাদোকপা মতমদা ইবুঙো মহাক্লা ভাকপিখি "ভগবতি! পৃথিবী! থাগৎনীঙাই ওইবী

সীতাবু য়েংবি থীবিয়ু” মহাক্তি ঐখোয়গী মপুস্ত অমস্তং ইয়াম্ন ওইবনি। অদুনা ময়াথং ঙাকচত্থবী ঐনি।

রাম—অরাবনি। ইরাম্না ইপোৎ কাব্রবা ঐডোন্দা ভগবতী গঙ্গা অমস্তং পৃথিবীনা চানবিরি অদুনা মখোয় পুন্নমকপু থুরুমজরি।

অরুন্ধতী—নৈবাক অসিদা অমস্তং কোম্নুং অসিদা নৈরিবা মী পুন্নমক্তা ঐহাক অরুন্ধতীনি। ভগবতী গঙ্গা অমস্তং পৃথিবীনা থাগৎপগা লোয়নবা সীতাবু ঐডোন্দা শিন্নবিরম্লে, মমাঙতৈদস্ত ভগবান্ অগ্নিদেবন মাসিবু লমচৎ কাম্নদবীনি হায়না লেপ্লিথুবনি; ব্রহ্মাগা লোয়নরবা লাইশিংমস্ত সতী অখোইবীনি হায়না থত্তু-বনি; অদুনা সূর্য্যবংশগী মো ওইবী অমস্তং যজ্ঞভুমিদগী পোকপী সীতাদেবীবু রামচন্দ্রনা অমুক হন্ন' লৌশিনবিন্নসনু হায়রবু নৈপাককী করি মত নৈবগে?

লক্ষ্মণ—আর্য্যা অরুন্ধতীনা থিরপ হায়রবা প্রজাশিং অমস্তং মথবায় পাএবা পুন্নমক্তা আর্য্যা সীতাদেবীবু থুরুমজরি অদুগা মায়কৈ ঙাকপা লাইশিং অমস্তং সপ্তর্ষিশিংনা নৈরাং থুজোক্তা সীতাগী পূজা কৎচরি।

অরুন্ধতী—হে রামচন্দ্র! জগৎকী মবুঙ্গে!

সনামা শাবা মূর্ত্তিগী অশেঙবা মরু ওইরিবী॥
মূর্ত্তি ওইবী সীতাবু অশ্বমেধ যজ্ঞদা।
মতেং ধর্ম্ম কায়দনা লোয়নবী ওইনা থম্মিয়ু॥ ১৯॥

সীতা—( মথন্দা ) আর্য্যপুত্রদি সীতাগী অবাবা কোকপীবা হৈবদি।

রাম— ভগবতীনা ভাকপীবতুমজাই।

লক্ষ্মণ—পূভপেন পেঞ্জরে।

সীতা—হিংজরে হিংজরে।

লক্ষ্মণ—আর্য্যে! ঈকাইব খঙদবা লক্ষ্মণনা থুরুমজরি।

সীতা—ইবুঙেডা! অসুম ওইবমক মতম কুইনা হিথো।

অরুন্ধতী— ভগবন্! বাল্মীকে! সীতাগী মবুক্তগী থোকপা রামভদ্রগী মচানিপা কুশ অমসু লব অনীমকপু পুশিনবিয়কউ।

( অসি হায়রয়গা চৎখি )

রাম অমসুং লক্ষ্মণ—অকবা মোংদম্বা মীংলম্বতুমক থোক্লরে।

সীত—( মপিভানা অমসুং পূক্লিংগী অপাম্বা অমগা লোয়নমা )

ঐগী ইচামিপা অনী অদু কদায়দনো?

( মতুংদা বাল্মীকি কুশ অমসুং লব চঙলকপা )

বাল্মীকি—কুশ! লব! ইবুঙো অনীমক! রঘুনাথ অসিনা মখোয়বু পোকপনি, লক্ষ্মণনা মখুড়ানি, সীতাদেবীনা অপোকপীনি অমসুং রাজর্ষি জনক অসিম মখোয়গী নমাপোকপা মবুথোনি।

সীতা—( মুঙোইবা অরাবা অমসুং অঙকপগা লোয়নমা য়েংলগা )

কুশ অমসুং লব—তা! ইপা ইবুঙো! তা ইমা ইবেম্মা! হা ইবুথৌ ইবুঙো!

রাম—( হরাওনা বেল্লগা ) অহনা মোংদমদগী ইবুঙো মখোয় অনীবু ঐনা কংজয়বান।

সীতা—ইবুঙ্গো ! কুশ ! লব। মচীন মনাও অমীমক চঙশিল্লকউ লাউ। মপোক ওল্লবীগুম্বী মমাবু কুইমা চেজেৎনা কোল্লযো।

কুশ অমস্তুং লব—( কোল্লগা ) পোকপগী মহৈ ম্লাঙ্গববশি।

সীতা— ভগবন্ ! খুরুমজরি।

বাল্মীকি—ফিবম অসিদা পুন্সিচুপ্পা লৈরো ইবেম্ম' !

সীত'—হা ইমা ! ইপ' ইবুঙেড', কুলগুরু,ইমেম্বোকশিং, মপুম্নোইবগা লোয়নবী অ'র্য্যা শান্তাদেবী, লক্ষ্মণগা লোম্নমম্ববা মায়থোং মকা লাম্লবা আর্য্যপুত্র, অহুগা কুশ অমস্তুং লব পুম্নমকপু পুল্লপনা উরে। অহুমা হম্নাওরে, নুঙ্ভাইরে, পুঙ্ পেল পেল্লে।

( নেপথ্যদা মিম্নবকপা )

বাল্মীকি—( হৌগৎস্তুনা য়েংলগা ) লবণাসুর হাৎলম্লগা মথুম্নাগী মপু শত্রুঘ্নস্থ য়েৌম্নক্লে।

লক্ষ্মণ—ম্লাইকবা হায়বসিদি মম্নী চৎপনি।

ম্নাম—পূম্নমকসি উমা উমমক খাজদম্নি মন্ত্রগা মসি ম্লাইকবগী মহৌশানি।

বাল্মীকি—ম্নামভদ্র ! হায়ম্নু—মতগী পেম্নমবা কম্নি তোথো হায়বগে ?

ম্নাম—অসিদগীম্নু হেম্না পামজবদি লৈতবা মস্তে, অহুমকপু মসিনা মওইম্নসনু।

ইমাগুম্বী অমদি গঙ্গাগুম্বী জগৎকী।
ম্লাইকবা পীমগদবা বাম্নি অসিনা পাপতগী॥
কোকথোকপীসনু অহুগা ম্লাইক হেলহলবিসনু।

শব্দব্রহ্ম খঙলবা বুদ্ধি মরা চেৎলবা ॥
বাল্মীকি মুনিগী অভিনয়না উৎপদা ॥
মতীক চাবা অকাওবা থাহৈ ময়াম অসিবু।
পণ্ডিতশিংবা অভিনয়না ঈকাই খুম্নরসনু ॥ ২০ ॥

( অসি হায়রগা পুম্নমক চৎথি )

সম্মেলন কৌবা তরেৎশুবা অঙ্ক লোইরে ॥

লোইরবা